# মাটিহারা লক্ষ্মী



[illegible] ধীরেন সিংহ



মাঙশ্রবা লম্বী

অহানবা ফোঙবা : এপ্রিল ১৯৯৫

ফোঙবা : এ, সন্ধ্যারানী দেবী,
কাংঙবম লৈকাই, ইম্ফাল

মখুম য়েকপা : রাজকুমার জয়কুমার

নম্বা : পদ্মা প্রিন্টর্স (কম্প্যুটরাইজ),
পাওনা বাজার, ইম্ফাল

মমল : লুপা ৪০.০০

# ১

কালেনগী পূর্ণিমা নুমিৎনি। নুমিদাংগী নোং লৈতবা অরূবা অতিয়াদা মকোয় মাম্লরবা থানা তনিক তনিক থোক্লি। সত্যব্রতনা ইমুংগী লময়ায়দা ঙহাক পোত্থাফম খঙদনা হুঙ্গৎ-হুন্দা চৎলম্বদগী মপান্দা থোরকই। থাবলগী ফজবা, কালেনগী নুমিদাংদা শিংৎপা লিরি হুম্না নুংশিংনা পুরকপা গুলাব, লৈহাউ অমদি কবোকলৈগী মনম, থাবলগী মঙান্দা তৃমিন তৃমিন লেপ্তুনা লৈরিবা উপাল-ব্রাপালশিংগী ফজবা, শুক্ষৎনীংঙাই ওইবা শক্তম পুন্নমক অদু মাগী পূক্নীংদা করিমতা চঙদে। মখোয়শিং অদু মঙোন্দা করিমতা অর্থ য়াওদ্রবগুম তৌই।

ঙসি নুংথিল মহাক মাগী নূপী চিত্রাগা থীনা খৎনখ্রে। চিত্রা অসি লুখ্রা ওইরবা মতুংদা মহাক্না পাথং ওইনা লৌবনি। মহাক্কী হান্নগী নূপানা পোকপা, চহী তরামুক শুরবা মচানূপা অমা মপামদা লৈহৌই। নুংথিল সত্যব্রতনা অফিস কুপ্নকপদা নূপামচা অদু স্কুলদগী মমাগী মনাক্তা লাক্লম্নগা কোম্লোঙদগী থোকখিবদা মহাক্না উহৌরে। মদুদগীনি মখোয় অনী খৎনখিবদু। সত্যব্রতনা চিত্রাবু মহাক্কী মচাদু মাগী ময়ুমদা চঙহনবা য়ারোই হায়না কন্না হায়বনি, অদুবু চিত্রানা লোন্না মহাক লৈত্রিঙেদা মচা অদুবু চঙহনবগী ইঙ্গিৎ অদু উবদা মহাক হায়নীংঙাই লৈতনা শাউনীংখি। মানা চিত্রাবু শাউদুনা থীনা চৈবদগী হেন্দুনা খূৎ ফাওবা থাখ্রে। ঙসিদি মাগী থম্মোয়দা য়াম্না খোয়শাউনবা, ফোঙদোকফম খঙদবা ওমচাক্লবা ব্রাখলনা পীক থন্না লৈরে।

চিত্রা লৌরুরবা মতুংদা মাগী পূক্নীংদা ইনুং নুংঙাইতবা, পেন্দবা ব্রাখল কয়া পোকপা হৌরকখি। চিত্রানা মাগী সেবা তৌবা অমদি ইমুং-মনুংগী থবক-ইশ্বাং নোম্বদা করিমতা কায়বা লৈতে; অদুবু মানা তৌরকপা থবক অমদি সেবা খূদিংমক্তা সত্যব্রত পেঙ্গ্লেকপা, পূক্নীংদা নুংঙাইবা ইঙম ঙমদে। মাগী থম্মোয়নুংদা মথন্তা ফাথবা ঙমদনা লাকপা ব্রাখল অমা লৈ মদুদি মাগী নূপী চিত্রানা মঙোন্দা তৌরিবা

সেবা, মাবু নুংশিবা পুন্নমক অদু তৌশিন্নবা ঙাক্তনি, মানা মাগী হৌখিবা পুন্সীগী থৌদোক খুদিংমকপু করিসু কাউরম্রোই হায়বা অসিনি। অদুদগী মাগী খ্বাইদগী নুংঙাইতবা অমনা চিত্রানা মাগী মপামদা হুন্দোক্লম্বা মচা অদুগী মরমদা মতম চুপ্পা খন্দুনা লৈবা, মচা কায়নবগী নুংঙাইতবা চৈনা অমা মাগী থম্মোয়গী কাচিন্দা ফোঙদোকপদি ঙমদনা লোত্তুনা লৈবা অদুনি। সত্যব্রতনা মঙোন্দা হেক হেক শাউদুনা হায় মহাক্না মচা অদুগীদমক অদুক য়াম্না খল্লবদি মপামদা চত্তুনা মাগী মনাক্তা লৈরুবা য়ারগনি। মদু তাবদা চিত্রা মমায় মক্না লূকথদুনা হেক হেক লৈ, করিমতা খুমদে।

সত্যব্রতনা শূমাঙদা চৎনা চৎনা খল্লকই, "ঐনা মাবু নুপী ওইনা লৌরুবা অসিমক অরানবনি।"

মতম অমদা মহাক্না চিত্রাবু লৌবা মতমদদি অদুগুম্বা ৱাখল অদু লাক্কনি খনখিদে। মহাক্না অফবা, কম্খোকপা মীনুংশিগী ৱাখল অমগা লোয়ননা মাবু লৌখিবনি। মপুরোইবা লৈখিদ্রবা মতুংদা মচাগা লোয়ননা মপামদা লৈরবী চিত্রানা পূমঙৌ ফনেক শেত্তুনা নুমিৎ খুদিংগী মচাবু স্কুলদা হেক হেক থিনবা চৎপদা নোংমা মহাক্না থেংনখিবানি। মতম অদুদা চিত্রা চহী কুনতরেৎলোমদা ঙায়রি। মাগী শক্তম, ফীবম-মূর্ত্তি, কুচুগী ফজবনা সত্যব্রতবু শুম্কৎখি। সত্যব্রতনা মাবু অহানবা হায়বদা চিত্রানা য়াম্না য়াখিদে, অদুবু মমৈথঙদদি মাগী পুক্নীং অদু ওনখি। মাঙগী অমদি তুংগী মপোক্কী মরমদা অরেপ্পা করিসু খঙদ্রবা তেল্লবা মীওইবগী পুন্সী অসিগী মনুংদা মী অমনা কয়া য়াম্না অখাঙ কন্না পুন্সীগী নুংঙাইবা ময়াই অমদি মরনাইগী নুংঙাইবা আশা কয়া থাদোক্তুনা লেনবা ঙমগদগে হায়বসি খনবদা অরুবা পোৎ অমনি। পুন্নমক মী মীদদি লৈরে; অখাঙ কনবা, পুক্নীং লাকশিনবা ঙম্বা মীগী মশীং খরা লৈতবদি নত্তে, অদুবু মখোয় অদুগী নুংগী ফীবমদা করি ওইরিগদগে হায়বা অদুদি কনানা খঙলুগনি? চিত্রাসু অখাঙকনবীশিং অদুগী মরক্তা অমনি, অদুবু মমৈথঙদা মাগী অখাঙ কনবগী শক্তি অদু মাঙখি; মাগী শক্তমগী ফজবা, থোৎ-নৌবা, নুংশিবা মতৌ অদুমক্না মাগী অনীংবদু কায়হন্নবগী মরম ওইখি। মানা তৌজরুবা থবক অদুমক্না ঙসিদি মাগী পুন্সীগী নুংঙাইতনবগী মৈরি অমা হৌগৎচরুবগুম থোক্লে। মখোয় অনী নুপা-নুপী ওইনা লৈমিন্নরবা মতুংদা পুক্নীং শেংনা নুংঙাইনা লৈমিন্নবা মীকুপ অমা ফাওবা য়াওখিদ্রি হায়বা য়াই, করিগুম্বা হায়ফম খঙদ্রবা নুংঙাইত্রবা ৱাখল অমনা মখোয় অনীগী থম্মোয় অদু মতম চুপ্পদা

ওৎলি। অদুগা ঙসিগী থৌদোক অদুদগী মখোয় অনীগী মরীদা হেন্না চাউবা ময়ি অমা লাকপগুম তৌখ্রে।

সত্যব্রত কুইনা ব্লাখল খন্দুনা শূমাঙদা হঙ্গৎ-হন্দা চৎলম্লগা ইমুংদা চঙখ্রে।

মথংগী নুমিৎনি। চিত্রাদি ঙন্তানা হৌগত্তুনা য়ুমগী থবক-ইথাং নোম্বা হৌখ্রে। মপুরোইবনা ঙরাং মাবু থীনা চৈদুনা ইমুংগী অচৌবা ঈরাং অমা থোকখ্রবসু মহাক য়ুমগী থবক্তি কায়দনা তৌই। মাগী মমীৎ-মমায়দু ইপোম পোম্মী। মহাক অহিংদু কপ্তুনা লেল্লুরে।

সত্যব্রত য়াহৌ খরা থেঙনা হৌগৎলকই। মহাক ঙরাংগী থৌদোক্তু অদুম নীংশিংবগুম তৌনা মায়থোঙ মক্লা উই, মাগী নূপীদা ব্লা অমতা ঙাঙলক্তে। চিত্রাগী মায়থোঙ, মওঙ-মতৌ পুন্নমক অদুনা মঙোন্দা করিগুম্বা মওঙ অমদা ওৎলবগুম তৌই; চিত্রাবু উবদা মহাক নৌহৌনা শাউনীংবা ব্লাখলদু অমুক পোক্লকই। মাগী ফজরবা শক্তম, অপীকপা ঙৌরবা খূৎ-শা, থবক নোম্বা অমদি চৎপগী মতৌ পুন্নমক অদুনা সত্যব্রতবু খোয়শাউনহল্লি। "অরেম্বা কান্নদ্রবা ঙাক্তনি," মাগী পূক্লীংদা খঙহৌদনা খল্লকই, "মাগা ঐগা নূপা-নূপী ওইবগী অচেৎপা মরী করিসু লৈতে। নুংশিনবা, থাজনবা লৈত্রবদা লৈমিন্নবগী করি কান্নরি?" মাগী নূপীনা মচা অদুদা তূমিন তূমিন্না শেল পীবা, পোৎ-চৈ পীবা শোয়দনা তৌরম্লগনি হায়বসি মহাক ভাবনা খঙই। ঙরাংগী থৌদোক অদু নৌহৌনা নীংশিংলুরগা মহাক হেন্না হেন্না হঙ্গোইবা, পোত্থাফম খঙদবা হৌরকই।

নুমিৎ অদু মহাক চাক চাদনা অফিস কাখ্রে। মহাক সরকারগী লোয়শঙদা অণ্ডরসেক্রিটরি ওইবনি।

মপুরোইবনা অফিস কাখ্রবা মতুংদা চিত্রাসু চাক চাদ্রে। ঙসিদি মহাক মপূক্লীংদা ব্লাখল মওল মওল য়াম্লা খল্লে, মহাক্লা তৌরুরিবা থবক অসি অচৌবা মরাল অমগুম খন্দুনা মদুগীদমক নীংঙমদবা, লাঙতক্লবা ব্লাখল অমা থম্মোয়দা কন্না ফাওরে। য়ুম অদুদা মানা মরম চাদনা লৈশিনবগুম, মফমদুগা মাগা ওইশিন্নদবগুম, শন্নদবগুম মপূক্লীংদা ফাওবা হৌরকই। মপুরোইবগী পূক্লীংদা নুংঙাইত্রিবা ব্লাখল খূদিংমক অদু মহাক ভাবনা খঙই; মদুগী মরমদা মহাক্লা মশা ঙাকথোকচনবা ব্লা অমা ফাওবা হায়নীংঙাই লৈতে, তূমিন্না লৈবা, অসুম খাঙবা নত্তনা মহাক্কী উপায় লৈতে।

সত্যব্রত অফিস কুম্লক্লবসু মঙোন্দা ব্লা করিমতা ঙাঙদে। মাগী চান-থক্লবা থৌরাঙ খূদিংমক চিত্রানা ফজনা তৌই, অদুবু মহাক্লা মদু করিমতা শোক্লুদে।

সত্যব্রত চিত্রাগী মরমদা অসুম কৃপ্পা খন্থরুরগা হেন্না হেন্না তূক্কচবা পোক্লকই, মাগী থম্মোয়দা হেন্না ফত্তবা ৱাখল কয়া লাকপা হৌরকই মদুদি মহাক্লা চিত্রাগী মখূৎ ফাওবা চানীংদবা হৌরে। চিত্রাগী মনেম-মকু লৈরি, অদুবু মখোয়সু থোক্লিবা মখোয় অনীগী খৎন-চৈনবগী থৌদোক অদু করিমতা উশিন্নদবগুম তৌনা লৈ। মখোয়না চিত্রাবু য়াম্না য়াদে, মানা সত্যব্রতদা লৈবদু মচানূপা অদুবু মাঙহনবীরবনি হায়না মখোয়না লৌই, মাগী নুংঙাইতবা থৌদোক খূদিংমক্তা মখোয় খঙজিন্নদে, য়ারগা মহাকপু মপামদা চৎখ্রসনু হায়না তূমিন্না খল্লি।

চিত্রা ৱাখল য়াম্না নুংঙাইতনা লেপ্লে। নোংমা নুমিৎ য়ুংবা মতমনি। (মদু মপুরোইবগা খৎনরবা মতুং নুমিৎ মরি-মঙানি লৈরগনি।) মহাক্লা দলান মথক্তা লৈবা মাগী কাগী থোঙনাউ মপাদা ফমদুনা লৈরিঙৈদা খঙহৌদনা মাগী মচানূপা রোশন অদু কোম্প্লেঙদা হৌবা বোরোই পাম্বী অমগী মরুমদা অমুক লেপ্তুনা লৈবা উরে। মখোয়গী য়োৎনা মমায় পানবা গেট অদু মনুংদা পুনা পাল্লি। অঙাং অদুনা গেটকী অহোবা অমদা মরক মরক্তা য়েংই, মহাক্লা কনাবুসু কৌরক্তে। ময়ুম পানখ্রবী মমা অদু অরাপ্পদগী কৌবগী থৌনা মঙোন্দা লৈতে, অদুম্না তৌবদু মঙোন্দা থোইদোক্লা কিনা, হঙ্গোইনা থোকই। নুংশা মরক অদুদা অঙাং অদু লাঙতক্লবা মতৌ অমগা লোয়ননা করিগুম্বা তাঞ্জা অমা ঙাইবগুম তৌনা লৈ।

চিত্রানা মাবু থোঙনাউদগী উবদা খঙহৌদনা মমীত্তগী পিরাং শিন্থরকই। মহাক্লা থুনমক থোঙনাউদু থিংজিনখ্রে, অদুগা টেবলদা পাকথদুনা কপ্পা হৌরকই। মতম অদুদা মাগী থম্মোয়দা লাকপা চনৈনবা, লাঙতক্লবা, অৱাবা ৱাখল অদু করিগুম্বা ৱাহৈ অমতনা থাবা ঙম্লরোই।

ফনা কুইনা অদুম্না লৈরবা মতুংদা চিত্রা দলানগী মাঙ্গোন্দা অমুক থোরকই। কালেনগী অরংবা নুংশানা য়ৈরবা মনা পুংলবা বোরোই পাম্বী অদুদা নুংশিৎনা হুম্বদা মনাশিং অদু তপ্পা তপ্পা হাই-হুমলি; অদুবু মাগী মচা অদুদি মদুগী মখোঙদা হান্নগুম লেপ্পা উদ্রে, অদুগা গেটকী ময়াদসু লৈবা উদ্রে। চিত্রা নুংগী মূর্তিগুম্না ৱাখলনা ফুম্বঙননা উখোঙদা ঙাথদুনা লেপ্লগা মায়কৈ অদোমদা য়েংদুনা লৈরে, মাগী মমীত্তগী শিন্থরকপা পিগী ঈরা খরা খজাইদা চেন্থরকই। মহাক মপুক্লীংদা খঙই মাগী মচা অদু কনানসু কৌশিনবীদবনা মফম অদুদগী হনখ্রবনি। মহাক মচাদুবু কৌশিনবগী থৌনা অমুক লৈখিদ্রে।

সত্যব্রত অফিস কুম্লক্রবসু চিত্রাগী মনাক্তা চঙদে, মাগা কৌনবা হৌবগী মওঙ লৈতে। নুমিৎ চুপ্পা মঙোন্দা নুংঙাইতবা ৱাখল অমা নন্দুনা লৈ। মচা চঙহনবগী ৱাফম ঙাক্তা নত্তনা মহাক্না চিত্রাবু অসুম খল্লু খল্লুরগা হেন্না হঙ্গোইবা পোক্লক্কুনা লুখ্রা ওইরবা মতুংদা মঙোন্দা লৈবগী ৱাফমদা য়ারকপা অদু ফাওবা ফজনা খনবগী মহুত্তা মাবু হেন্না ফত্তবা, তৌবা ঙম্বী অমা ওইনা খল্লকই।

অসুন্না মখোয় অনী নুংঙাইনদনা নুমিৎ খরনি হৌখ্রে। চিত্রা নুংঙাইতবা ৱাখলনা ওমচাক্লদুনা খাঙবা ৱারক্লবা মীকুপশিংদা করিগুম্বদা খল্লকই মপুরোইবদা লাল্লে হায়জরসিরা, মচাদু মাগীময়ুমদা অমুক লাকপদা চঙহনখিদ্রে, মতুংদসু কৈদৌঙৈদসু অমুক চঙহল্লরোই হায়রসিরা হায়না; অদুবু ৱাহৈ অদু কৈদৌঙৈদসু মহাক্না মচীনবান্দা কাঙথোকপা ঙমদে; মদু খল্লুবদা মাগী থম্মোয়দু হায়ফম খঙদবা অৱাবা ৱাখল অমনা খুদুমচনবা হৌরকই।

নোংমদি মপুরোইবনা অফিস কারমদাইদা চিত্রা থৌনা খরা ফুদোক্কুনা মঙোন্দা ৱা খরদি ঙাঙনগে হায়না মাগী মনাক্তা লেপ্লরে। মহাক ময়াঙ য়াম্না কংশিল্লে, কপ্পুনা লেনবগী মমীৎ-মমায়দু ইপোম পোমখৎলি।

ফমুংদা মখোঙ য়াম্নরগা ফমদুনা খোঙউপ উপশিল্লিবা মপুরোইবদা মহাক্না খোঞ্জেল তপ্পা হায়রকই, "ঙসিদি ৱা খরা ঙাঙনখিসি।"

মাগী ৱা অদু তাবদা সত্যব্রত খরা শুকথনা হায়রকই, " করি ৱা? হায়য়ু, নহাক্না অপাম্বদু করিনো?"

চিত্রা ৱা ঙাঙফম খঙদনা তুমিন্না অদুম মনাক্তা লেপ্পুনা লৈ।

সত্যব্রতনা হান্নগী শকফম অদুমক্তদা চিত্রাবু য়েংলদুনা, মঙোন্দগী পাউখুম ঙাইবা তৌদনা মশাগী অনীংবা অশাউবা ৱাখলদু ফোঙদোক্কুনা ঙাঙবা হৌরকই, "ঐ হৌজিক খঙলে নহাক্কী অনীংবা ৱাখলদু। নহাক নয়ুমদা নীংথিনা নচা য়োক্কুনা লৈরুবনা হেন্না ফরগনি। ঐগী য়ুম অসিদা লৈবদি কয়া নুংঙাইররোই।"

চিত্রা খোঞ্জেল তপ্পা মমীত্তা পিরাং চেন্না হায়রকই, "ঐ মাবু কৈদৌঙৈদসু অমুক চঙহল্লরোই!"

"তানীংদে!" সত্যব্রতনা কন্না লাউরকই, "ঐ নঙগী ৱা শুকতা তানীংদে, মদু ঐঙোন্দা হায়বগী দরকার লৈতে। ঐনা হায়রিবা অসিনি ঙসিমক নহাক নপামদা চৎখিবা য়ারগনি।"

সত্যব্রত থুনা মফি শেৎলগা ব্রা মখা অমুক তারমদনা অফিস কাখ্রে।

চিত্রা ঙসিদি মপুরোইবগী অকোনবা ব্রাহৈ অদু তাবদা খাঙবা ঙমদ্রে। মহাক য়ুমদুদা লৈবা অদু ফাওবা মথন্তা হায়নীংঙাই লৈতনা ইকাইবা পোক্লকই। মপুরোইবা চৎখ্রগা মহাক ফমুংদা মমায় উপশিল্লগা কুইনা কপ্পুনা লৈখ্রে। মাগী পূক্নীং অদু মীকুপ অমা ফাওবা পোত্থাফম খঙদবা হৌরক্লে, থম্মোয়নুংদা লৈরিবা নুংঙাইতবগী মৈচাক অদুনা মাবু মৈরি চামা থোক্লা চাকপা হৌরক্লে। মপুরোইবনা হায়রম্বা ব্রাহৈশিং অদু মাগী মনাকোংনা হন্না হন্না তাবা হৌরকই। মহাক্না হিক হিক কপ্লা থম্মোয় শোকপা খোনফমদা শোল্লকই, "পূন্নমক ঐগী দোযনি, ঐনা থোকহনবা ঙাক্তনি! ঐসি ফত্তবা মী অমনি!"

মহাক কুইনা মাগী কাদগী থোক্তনা কপ্পুনা লৈরে। মহাক মপামদা চৎনবগী মবমদা খনবা হৌরকই। অকনবা পূক্নীংগী থৌইনশিন অমনা মাবু মফমদু থাদোক্লবা কন্না তকশিনবা হৌরকই। মদুগী অরেপ্লা ব্রারেপ অমা লৌনবা হোৎনবদা মহাক ব্রাখলগী অকনবা লাম্হৈং অমা থেংনবগুম ফমুংদা ওন্না থোইনা খাঙবা হৌরকই। হিক হিক লাউনা কপ্লা খোঞ্জেলগী মরক্তা অরাবগী স্বরমপীদু তোয়না তোয়না হোল্লকই, মরক মরক্তা শেংফাত্তবা খোঞ্জেলনা ব্রাহৈ খরা মুরুম মুরুম শোল্লকই।

অদুদগী মহাক খঙহৌদনা ফমুংদগী হৌগৎলক্লে, অদুগা মফি-মবোল শেৎপা হৌরকই, মপোৎ-মচৈ খরা অচৌবা খাউ অমদা হাপচিল্লে।

মতম অদু নুমিৎ য়ুংবা মতুংনি, ইমুংদা মী ইরৈ লৈতে, মনেম্নোকসু কৈথেল কাখি, অতৈশিংনা মাগী মাগী থবক চৎনখি।

চিত্রা মফি-মরোল শেৎপা লোইরগা মপামদা তৃমিন্না চৎখ্রে।

নুংথিল অথেঙবদা সত্যব্রতনা অফিস কূন্নকপদা চিত্রাদু ময়ুমদা লৈরমদ্রবদা মহাক্না য়ুম্লোন্নবা নূপীমচা অমদা মাগী মরমদা হংলকই। অঙাং অদুনা মঙোন্দা তন্নকই, "ইনশ্মা চিত্রাদু খাউ অচৌবা অমা পুদুনা কোম্লোঙদগী ঙসায় রিক্লো তোংদুনা থোকখিবা উই।" সত্যব্রত মপূক্নীংদা খঙলকই মহাক মপামদা চৎখিবা শোয়দনা ওইরম্লগনি। মহাক মফি হোংদোক্তনা ফমুংদা মরু লূক্না তৃমিন্না ঙহাক ফমদুনা লৈখ্রে।

ঙহাক্কী মনুংদা মহাক্কী মমাদু কৈথেলদগী কূন্নক্লে। চিত্রানা মপামদা চৎখিবগী ব্রাসি ইমুংগী মী অতৈ কনাসু  খঙনদ্রি। সত্যব্রতনা মখোয় কনাদসু মদুগী মরমদা হায়দে।

সন্ধ্যা য়ৌরক্লবদা চিত্রানা য়ুমদা লৈবা উদ্রবদা মমানা সত্যব্রতদা মাগী মরমদা হংলক্লবদা মহাক্কা চিত্রাদু মপামদা চৎলম্বা য়াবগী ব্বাদু তন্নকই। মমাদু নুংশা খরা থীনা উরকই, মানা চিত্রাবু নুংশিবগী ব্বাদি নত্তে, মানা মফম খঙদনা য়ুমদগী থোকখ্রগা করিগুম্বা ফত্ত-নুংদা থোক্লবদি মখোয় ইমুংগী মী খূদিংমক চেন্নগদ্রা হায়বগী ব্বাখলদনি।

মমানা হায়রকই, "ঐনা হৌজিক মী থাদুনা মাবু মপামদা লাকপ্রা য়েংহল্লুগনি, করিগুম্বা মহাক্কা ময়ূমদা লৈরম্নবদি ব্বাফম অসিগী মরমদা অমুক খন্ননীংঙাই করিসু লৈতে, মহাক চনীং তানা মপামদা লৈজখিবনা ফরে।" মচানা লুখ্রাবী লৌরকপগী শাউনীংদুনা লৈরিবী মাগী মমা অদুনা থৌদোক অদুগা মরী লৈননা চিত্রাবু চৈ-থাংদুনা ফনা কুইনা মাগী কাদা ঙাঙদুনা লৈ।

সত্যব্রত মমাগী ব্বা অদুদা করিমতা খুন্নক্তে, মায়থোঙ মক্কা মরু লূকথদুনা ফমুংদা তৃমিন্না অদুম ফমদুনা লৈ। মমা থোকখ্রবা মতুংদসু মহাক অদুন্না অদুম তৃমিন্না ফমদুনা লৈহৌই।

ঙসিদি হাঙলবা ইমুং, লৈরিবা পোৎ-চৈ খূদিংমক অদুনা মঙোন্দা করিগুম্বা মওঙ অমদা অব্বাবা পীবগুম তৌরকই। মখোয় পূন্নমক্ক ঙসিদি মঙোন্দা হান্নদগী খেন্নরবা পোৎ ঙাক্তা ওইনা উরকই। খৎনরবসু নহানমখৈ মাগী নূপী চিত্রা মানা হন্নকপদা ময়ুমদা লৈরম্মী, মঙোন্দা পেন্দবা কয়া লৈরবসু নূপী ওইবীগী তৌবা হৌনবা সেবা খূদিংমক অদু মঙোন্দা তৌরম্মী, অদুবু ঙসিদগীদি পূন্নমক অদু তৌররোই। করিগুম্বা অমা পূমব্বাৎ ব্বাৎপা, পূমহাঙ হাঙবগুম মপূক্লীংদা ফাওরকই। মীকূপ অদুদা মাগী ব্বাখল অদু অদুক্কী মতিক চমন্নে, মহাক করি তৌগদগে হায়বা করিমতা খঙদে।

সন্ধ্যা মতুংদা মমানা মঙোন্দা চিত্রাদু মপামদা লৈহৌরে হায়না খঙহন্নকই। মহাক্কা মাগী মমৌনূপী অহল সত্যব্রতগী মতৈমবু চিত্রাগা য়ুম্নোন্ননা লৈবী রজনী কৌবী নূপী অমগী ময়ুমদা থাদুনা তৃমিন্না পাউদু লৌরকপনি। রজনী হায়বী অসি মখোয়গী লৈকাইদুদগী চিত্রাখোয়গী লৈকাইদা ওঙবী নূপী অমনি।

সত্যব্রত পাউ অদু তাবদসু মায়থোঙগী অহোংবা থোইনা লৈতে। মহাক করিগুম্বা ব্বাখল অমদা অদুম উংবগুম তৌনা লৈ।

## ২

চিত্রা মপামদা লৈরবা মতুংদা মচাগীদমক্তা মপুং ওইনা খন্দুনা মতম লেল্লে। মহাক্কা খল্লকই মানা ময়ুম পাল্লুবা অদু তশেংনা অচৌবা অরানবা খোঙথাং অমনি। পুন্সী অসিদা নুপা-নুপীগী থম্মোয় শেংবা নুংশিনবা মরীদু লৈত্রবদি য়ুম পানবা হায়বা অসি অরেম্বনি হায়না মহাক্কা খল্লকই। চহী নৌরিঙৈদা মঙোন্দা লৈরম্বা পুক্নীংগী ঈরাং কয়া অদুসু হৌজিক্তি মাঙখ্রে। হৌজিক্তি মচা অদুনি মাগী আশা, সত্যব্রতবু কায়নবগী হকচিনবা নুংঙাইতবা, অরাবা মাগী থম্মোয়দা থোইনা লৈতে। মাবু নীংশিংবদা চিত্রা থোইনদুম শাউনীংবা পোকই। মচাগীদমক্তদি মহাক মমীত্তা মপি তাবা ঙম্মী, অদুবু সত্যব্রতগীদমক্তদি মহাক করিগুম্বা নীংশিংলুবা থৌদোক অমতগা মরী লৈননা মমীত্তা মপি তাবা ঙমদে। মপুরোইবা অদুদগী মহাক কান্নবা কয়া ফংখ্রে – শেল-থুম, পোৎ-চৈ, সনা লুপা কয়া, অদুবু মঙোন্দগী নুংশিবদি মপুং ফানা ফংবা ঙমখিদে। মহাক্কা খল্লি মাগী অনীশুবা মপুরোইবা অদুনা মাগী শক্তি ঈরাংদা চুন্না ঙাওখিবতনি। মহাক্সু মপুরোইবা অদুবু থম্মোয় শেংনা পুক্নীংদা অখাকপা অমতা লৈতনা নুংশিবা ঙমখিদে।

লুরিবা ৱাফম অমখক্তংদি অশেংবা নুংশিবগা য়ান্নমক কন্না মরী লৈনবা নত্তবসু মীওইবগী কান্নবা নত্তগা দরকারগী ওইবা পোৎ অসিনি; পুন্সীদা নুপী অমনা মপুরোইবদগী কয়া য়াম্না মতেং নত্তগা কান্নবা ফংবা, মচাদগীনা কয়া য়াম্না ফংবা, অদুগা অমুক নুপা অমনা নুপীদগী নত্তগা মচাদগী কয়া য়াম্না মতেং নত্তগা কান্নবা ফংবা – পুন্নমক অসি য়াম্না অকক্কনা খঙবা ঙমদবা চমন্নবা পোৎ অমনি। চিত্রাসু মসিগুম্বগী মরমদা খল্লুরগদি হেক হেক চমম্লে। মহাক অরেপ্পা খঙদবা পুন্সীগী করিগুম্বা অমম্বা লম্বী অমদা খোঙ থাংজিল্লিবগুম নীংই।

মাগী মপামদু চাবা থকপা খরমখৈ ৱাত্তবসু থোইনা নুংঙাইবা ইমুং নত্তে। মাগী মপাদু লৈখিদবা কুইরে। মপানা সরকারগী থবক অমা তৌরম্বগী পেন্সন খরা

ফংবগা, মমানা ফিরোল খরা শাদুনা শূ-নোমদুনা হোৎনবগা ইমুংদু পুবা ঙল্লবা হোৎনৈ। মমানা মচানুপী অমদি মশূবু লুনা তৌরবসু শেল-থুমগী মতাংদদি মখোয়বু থোইনা মতেং পাংবা ঙমদে। চিত্রাগী মৌপ্পা অমসু লংফৈদা লাইরিক তম্ত্রি, মাগীদমক শেল থানবা হোৎনবদা ইমুংদু ৱায়। মরম অদুনা চিত্রাসু মথন্তা ফিরোল শাদুনা শেল তান্নবা হোৎনৈ।

মাগী মচানা তম্রিবা স্কুল অদু অফবা স্কুল নত্তে, মানা মচাগী লাইরিক ফাওবা শুনা লৈবীবা ঙমদে। মচাদুগী পুক্সীবু শেস্বগী, তুংগী শেল-থুমগী ফীবমগী মরমদা খল্লুবদা মাগী ৱাখলদু লৈচিল থাংবগুম মমশিল্লি। অঙাং অদুগী অচম্বা মায়থোঙ, তুংদা ওইরকপা য়াবা ফীবমগী মরমদা করিসু খঙদবা মতৌ অদু উবদা মহাক থৱায় য়াম্না ৱায়, তূমিন তূমিন্না চিন্তা তৌই।

নোংমা সন্ধ্যা য়াচঙবা মতুংনি। চিত্রা ফি শাবা লোইরগা ইমুংদা থবক নোম্রিঙৈদা মখোয়গা য়ুম্রোম্ননা লৈবী, মরেপ খরা ৱাংবী রজনীনা মাগী থোঙ ময়াদা চেপথদুনা য়েংলকই।

"করিনো, ইনম্মা রজনী?" চিত্রানা মঙোন্দা হংলকই।

রজনীনা চিত্রাগী মমা খঙহন্নীংদবা মওঙদা নাশোল পীক্না হায়রকই, "য়েংউ, চিত্রা, সত্যব্রতদু ঐখোয়দা লাক্কুনা ফমহৌই, নঙগা ৱা খরা ঙাঙননীংই, নঙবু অমুক্তা কৌথোকপিরকউ হায়হৌই, অদুনা ঐ নঙগী ননাক্তা লাক্লিবনি।"

মাগী ৱাদু তাবদা চিত্রা শকফম খরা হঙ্গিনখি, মহাক্না খজিক্তং কংনা হৈনীংদনা নোক্লগা হায়রকই, "হুম, মহাক্না ঐগা ৱা ঙাঙননীংলিবা? মদুগী করি দরকার লৈ?"

সত্যব্রত লাকপগী ৱাফম অদু মাগী ইমুংগী মীশিংনা খঙলক্লবদি মহাক য়াম্না ইকাইজে, মহাক্না মঙোন্দা ময়ুম পাল্লুবা মতমদুদা মমানা মাবু য়াম্না শাউখিবনি, মাবু ময়ুমদা চঙহন্লোই ফাওবা হায়খিবনি, অদুবু মহাক্না নুংঙাইতনা মখোঙনা থোংনা মপামদা হল্লক্লবা অদুদা মমানা ৱা ঙাঙফম খঙদনা মাবু লৈহনখিবতনি। হৌজিক সত্যব্রত লাকপগী শমিন খজিক্তং ফংলবদি মমাদু য়াম্না শাউরক্কনি হায়বা মহাক খঙই।

মাগী মতৌ অদু উবদা রজনীনা হায়রকই, "কমদৌসিগে অদুদি? মহাকপু চৎহনখ্রোরা?"

চিত্রাদু থোঙজিন্দা লেপ্লগা মীকুপ খরা ৱাখল খল্লকই, খঙহৌদনা মাগী পুক্লীংদা করিগুম্বা ৱাখল অমা লাকই; সত্যব্রতনা মাবু ময়ুমদা লৈরিঙৈদা নীংতম্রা থীনা ঙাঙ-

শকখিবা পুন্নমক অদু নীংশিংলক্লুনা মহাক মঙোন্দা করিগুম্বা খরদি পেন্না হায়নীংলকই। মহাক খঙই ময়ুম ময়া অদুদদি সত্যব্রতনা মঙোন্দা করিসু তৌবা য়ারোই।

চিত্রা অচেৎপা খোনফম অমদা হায়রকই, "ফরে, ইনম্মা, চৎলম্লে ঐ লাক্লগে।"

রজনী চৎখ্রবা মতুংদা মহাক ফমুংদা ঙহাক্তং মরু লূকথদুনা ফম্লগা ৱাখল খন্দুনা লৈ। শাউনীংবা, নুংঙাইতবা অমদি ৱারৌবনা খূদুমচনখিদুনা মহাক মশাদু পোত্থাফম খঙদে, স্বরমপী ফৃয়না হোল্লকই।

মহাক মাগী ফমুংদগী হৌগৎলক্লে। মাগী মায়থোঙদু ঈংই, মোংহাদে। মহাক্না মচানূপাদু কৈদৌরিবগে হায়না তূমিন্না য়েংলকই, মহাক্কু মবোক্কী কাদা মবোক্না ৱারী লীদুনা লৈবা উরে।

চিত্রানা মদুগী খুদোংচাবা লৌদুনা মাগী কাগী থোঙ অদু তপ্না ঙাশিল্লম্লগা মখাথংবদা লৈরিবা রজনীখোয়গী য়ুম্লোমদা লাক্লে।

থাবল মুশি মুশি ফৈ। তরেৎনি পানবা থাগী মঙালদু শূমাঙগী মচী খরা অমসুং হিঙ্গোলগী মনা-মশীং হৌবা মফম খরদা শন্দোক্লুনা ঙাল্লি। মঙাল অদু মাঙ্গোন্দা য়ৈরক্তে, অদুবু মদুগী মমি শামিবা মঙাল খরদি চঙলকই।

চিত্রানা য়েনখারোমদগী ফাওজিন্দুনা চঙলকপদা উরে মাগী মপুরোইবা সত্যব্রত অদু মাঙ্গোলগী ফক্লাং ময়াদা লৈবা অশাংবা ফাল অমদা মরু লূক্না ফমদুনা লৈরি। চিত্রা মাঙ্গোন্দা মোংহাদনা চঙলক্লুনা মাগী মনাক্তা লেপ্লরে।

"ফম্মু, ৱা খরা ঙাঙনসি," সত্যব্রতনা হায়রকই।

চিত্রাদু ফমদে, উখোঙ ময়াদা লেপ্লুনা লৈ।

সত্যব্রতনা অমুক হায়রকই, "ঐ নঙগা অরোইবা ৱা অমা ঙাঙনবা লাক্লিবনি। নহাক নয়ুমদা অদুম লৈবা ঙম্লগদ্রা?"

চিত্রাদু পাক খুম্লক্তে, মীকূপ খরদং ৱাখল খনবগুম তৌনা লূকথদুনা লৈরুরগা হায়রকই, "অদোম্না ঐবু তাম্হোক্লগা ৱাফম অদু করিগী হংবীরিবনো?"

সত্যব্রত মানা হায়রুরিবা ৱাফম অদুগী অর্থ থোইনা য়াওদবা মতৌ অদুগী খল্লুবদা মথক্তা ইকাইবা পোক্লকই, মহাক্না অফিস কারমদাইদা চিত্রাবু চৈ-থাংদুনা মপামদা চৎখিনবা কন্না হায়খিবা ৱা অদু নীংশিংলকই। মহাক খঙই চিত্রানা খুম্লক্লিবা পাউখুম অদু কোচি থাংবা, ময়াক য়াওবা পাউখুমনি।

মহাক্না হায়রকই, "ফরে, অমবু ওইরবসু অমবু ওইরবসু নহাক লৈবদি ঙম্নগনিদনা?"

চিত্রানা খজিক্কং কংনা নোক্লদুনা হায়রকই, "হুম, মদুগীদি হংবগী দরকার লৈতে, ঐ ঙম্নগনি খন্দুনা লাক্লবনি। অদোম্না লাক্লিবা অসিমক অর্থ লৈতে। ঐখোয়গী ইমা খঙলক্লবদি য়াম্না ইকাইজৈ।"

মাগী ৱাহৈ অদু তাবদা সত্যব্রত থুক লাউরকই, তৃমিন্না ৱা ঙাঙফম খঙদনা লৈ।

চিত্রা পেন্না হায়নীংবা মওঙদা অমুক হায়বা হৌরকই, "ঐনা অদোমগী য়ুমদা লৈরিঙৈদা ঐবু থীনা তৌবীখি। ঐ মফমদুদা লৈবদু নরকতা লৈবগা চপ মান্নখি। ঐবু অহানবদদি নুংশিবিবা থৌজাল উৎপিবা মওঙদা ঐঙোন্দা অচৌবা তাৎ অমা তৌবীখি, নত্ত্রা? অদুন্না তৌবীরমদ্রবদি ঐ কৈদৌঙৈদসু অদোমগী নাক্তা লাক্লম্লোই। ঐ হৌজিক্তি অদোম্বু চপ চানা খঙলে। হৌজিক্তি ঐ য়ুমদা নীংতম্না লৈজরগনি। অদোমগা করিগুম্বা ৱা অমতা ঙাঙনবগী দরকার লৈতে।"

"পুরা নীংতম্নগে, অসিরা?" সত্যব্রতনা চমম্নবা মওঙদা হায়রকই।

চিত্রানা খুম্নকই, "উম, অশেংবমক্লি ঐ হৌজিক পুরা নীংতম্বা পাম্মী – কনাগীসু মীখা থাদনা হিংবা। ঐ পুন্সী অসিমগী অদোমগী নাক্তা লাক্লরোই, করিগুম্বা ফীবম অমতদসু অদোমগী মতেং নিরক্লোই। ঐবু মীতোপ অমনি হায়না লৌবীরো। নহাক্না ঐবু থৱায় পান্দবা মওঙদা নহাক্না অপাম্বা মতুং ইন্না থবক খূদিংমক তৌহনবা পাম্মী, নঙগী নুংঙাইনবগীদমক চুম্নগী হংনা শাবা মীগুম শীজিন্নরগা হঙ্গৎনা ৱা অমতা ঙাঙহনবা পামদে। মদু অরেম্বা, নশাগীতা য়েংবা ৱাখল য়াওদবা মওঙ অমনি।"

চিত্রানা সত্যব্রতবু 'অদোম' হায়রম্বদগী খঙহৌদনা কনখৎলকপা খোঞ্জেল অমগা লোয়ননা 'নঙ' হায়রকপা মতাং অদুরাইদা সত্যব্রত মাগী ৱাদু তাদুনা ফম্বা ফাওবা ঙম্নক্তবা পোক্লকই। মাগী মশাদু শাউনীংবা অমদি ইকাইবনা থক থক নীক্লকই। মাগী য়ুমদা লৈরিঙৈদা চিত্রা অদুক কনবা খোনফম অমা ফাওবা মঙোন্দা ঙাঙখিদে, ঙসিদি চিত্রাদু অতোপ্পা শায়োন অমগুম মাগী মমীত্তা উরকই। সত্যব্রত শাউনীংলবসু মফম অদুদদি থৌনা ফৃদোকপা ঙমদে, খঙহৌদনা লাকপা অচৌবা অহোংবা মরী, মফম মতম অদুনা মাবু ইপঙ পঙশিলহল্লি, ইশোন শোম্বহল্লি।

"ফরে," মহাক্না হায়রকই, "হৌজিক্তি নহাক্না অনীংবা অপাম্বা খূদিংমক অদুম নীংতম্না তৌরো। নঙোন্দা ঐগী হক করিসু লৈত্রে। ঐ চৎলগে। ঐ নঙগী অশেংবা পূক্নীংগী ফীবম অদু খঙনীংদুনা লাকপনি।"

সত্যব্রত হৌগৎলক্লে।

শূমাঙ অমদি হিঙ্গোলদা মমি শেংফাত্তনা ঙাল্লিবা থাবলগী মঙাল অদু থানা মরক মরক্তা অতিয়াদা চাইনা লৈবা লৈচিল মরক্তা চঙখিবগা লোয়ননা অমুক অমুক মমশিল্লি।

চিত্রাসু লৈথোক্লুনা ময়ুম্লোমদা চঙখ্রে।

সত্যব্রতসু ইমুংদা চঙখিবা রজনীদা চৎলগে ফাওবা হায়রমদনা কোম্লেঙলোমদা থোরক্লে। অতিয়াগী মনীং মায়কৈদা ফনা য়াম্না চৎখ্রবা মচেৎ ওইবা থাগী মঙালদুদা উ-রা খূদিংমক মূশূক মূশূক মুনা উই। নুমিদাংগী ঈংলপ তৌবা নুংশিৎনা তপ্না তপ্না শীৎলকই। অতিয়াদা নুমিদাংগী উচেক অমনা পাইদুনা অমুক অমুক মরক মরক্তা খোংলকই। সত্যব্রত মখোঙনা তপ্না লূকথদুনা চৎলি। ঙসিগী অসিগুম্না ইকাইবা, নুংঙাইতবা থৌদোক মহাক পুক্নীদা অমুক্তা থেংনখিদ্রি। মহাক্কী নূপী চিত্রানা মফম অদুদা মানা করিসু তৌবা ঙম্মরোই হায়বগী মওঙদা মাবু থীনা ঙাঙলকখিবা রাহৈশিংদু মাগী মনাকোংনা হৌজিক ফাওবা তারি। মহাক ঙসিদি মপুক্কীং য়াম্না নুংশিবা পোক্লকই। মাগী রাখলদু অদুক্কী মতিক চমম্রে মদুদি মানা চিত্রাগী মফমদা তৌখিবা থবক, খনখিবা রাখল অদু চুম্রা, চিত্রানা ঙাঙলকখিবা অদুনা চুম্রা হায়বসি ফাওবা মহাক করিমতা খঙবা ঙমদে। নুংঙাইতবা পুক্নীং হূম্বা ফীবম অমদি মঙোন্দা কল্লা থোক্লরে। মহাক চিত্রাগী মনাক্তা চৎলমদবনা হেন্না ফৈ হায়না মথক্তা খল্লকই।

ময়ুম য়ৌরগা মহাক মাগী কাদা ফমদুনা ফনা কূইনা নুংঙাইতনা রাখল খন্দুনা লৈ। চিত্রানা নহানমখৈ মাগী ময়ুমদা লৈরিঙৈদদি হায়বা ঙম্নমদবা মাগী থম্মোয়গী ওইবা রাহৈ কয়া মনীংতম্না ফোঙদোক্লুনা মঙোন্দা পেন্না ঙাঙলকপা খোনফম অদু মহাক হূম্না হূম্না তাদুনা লৈ। মহাক্না খঙলকই নূপা অমনা নূপী অমগী মফমদা লৈবা অধিকার অসি য়াম্না ঙমখৈ নাইবা, মফম মতমগী মখা য়াম্না পোনবা পোৎ অমনি। মহাক্না খল্লকই, "ঐনা নমথদুনা থম্বীরে হায়না খল্লিবা মাগী অপাম্বা, অনীংবা পুম্নমক্কু ঐ খঙই। মহাক্কী মচা অদু নীংতম্না হকথেংননা য়েংশিনবদা ঐনা করিসু হায়দবা, থোইনদুম ঐনা অঙাংদুবু লূনা তৌবা অসিনি। মদুদি ওইথোক্তে, ঐ রাফম অদু খনবদা তূক্কচৈ। ফরে, মহাক মচাগীদমক্তা পুন্সী চুপ্পা কখোক্লসনু, ঐ মাবু কৈদৌঙৈদসু য়ুম অসিদা অমুক পুশিল্লরোই!"

# ৩

সত্যব্রত য়ুমদা নায়তোম তানা লেনবা হৌরক্লে। মহাক করিগুম্বা অমা পুমম্নাং ম্নাংপগুম পোখাফম খণ্ডদবগুম তৌনা লেল্লি, মফম খণ্ডদবা অম্নাবা ম্নাখল কয়ানা মাগী মকোক্তা চঙলকপা য়াওরকই। মতম অদুদা মহাক মাগী তুংগী পুন্সীগী অমম্বা শক্তম অমা মপুক্লীংদা উরকই, স্বর হোনবদা অম্নাবা ফাওরকই। অসিগুম্বা লনাইগী নুংঙাইতবা ম্নাখল অসি অফিসতা লৈরগা খরা কাউই।

মহাক নুমিৎ খুদিংগী অফিসতা গুন্না চৎলি অদুগা থেঙনা হল্লকই।

মহাক অফিসকী থবক হৈবা, চেকশিনবা, পুকচেল শেংনা থবক তৌবা, শেপ্পা-থুমজা তৌবা পামদবা মীওই অমনি। মাগী মতৌ অসিদা অফিসকী মী অতৈনদি মাবু নৌক্লে, মহাকসি মতমগা চুনদ্রবা মী অমনি হায়দুনা তুমিন্না করেম্নে। মমান্নবা অফিসার কয়াদি মখাদা থবক তৌবা মীওইশিংগা মান্নদুনা শেপ্পা-থুমজাগী থবক তৌই, মদু মতমগী চৎনবী অমনি হায়না খন্দুনা অচুম্বনি হায়বগী মত ফাওবা পী। মদুদা মহাক মপুক্লীংদদি শাউনীংবা পোকই; অদুবু অদুগুম্বা মত পীবা মীওইশিং অদুগা মহাক মরৈদি য়েংনরুদে, মরমদি মরৈ য়েংনবা হায়বসি মহাক্লা খ্বাইদগী পামদবা পোৎ অমনি, মদুনা তরং তরং লৈজবা অচুম্বগী মশক অদু করিগুম্বদা হেন্না চমম্রহনবা, চয়েংনবা ফীবম অমদা তাহনবা য়াই, অদুগা কান্নদবদা মী অমগা অমগা শাউনহনবা, মুক্রবা থোকহল্লি হায়না মহাক্লা খল্লি।

মাগী অফিসকী থবক্তা থম্নায় য়াওবা মতৌ অসিনা মখাদা লৈবা মীশিংদি ম্নাদুনা মাবু শাউবা ফাওবা য়াওই।

নোংমা নুমিৎ য়ুংবা মতমনি। নুপীশিংনা মশীং হেন্না ফম্বা অফিসকী কা অমদা নুপী অহুমথক টেবল ময়াদা ফম্মিন্নরগা ম্নারী শারকই। মখোয় অহুমগী মনুংদা অমদি কুচু য়ান্না ঙৌই, মশক ফজে, লাইবক্তা বিন্দী অঙাঙবা অমা নম্মী, মমীত্তু পুক্লীং হুনীংঙাই ওই, ম্নারী শাবদা মোমোন নোক্লা শাই। মাগী মমিং সরয়ু কৌই।

অতোপ্পা অনী অদুদি কুচু কয়া ঙৌদে, কুলৈ কুচুনি। অমনা মমায় খরা চপ্পী, ব্রা ঙাঙবদা মখূৎ-মশা য়াম্না য়াওই, য়াম্না হৈ-শিংনা উই। মহাক্কী মমিং তোন্দোনবী কৌই। অতোপ্পা অদুনা মমায় কোয়দানৈ, মী মুন্না য়েংগল্লি, মমীৎ-মনা তথক তথকই। মাগী মমিং চান্দনী কৌই। মখোয় অহুম য়াম্না কে-নাল্লি। মখোয় অহুমগী মনুংদা সরযুদি লৈশাবীনি, তোন্দোনবীনা ময়ুম পাল্লবীনি, অদুগা চান্দনীনা ইঞ্জিনিয়ার অমদা অতোম্বী ওইনা চেল্লুরগা অহল-লমন্না খাইদোক্লদুনা ময়ুমদা লৈরবী অমনি। সরযুদি থবক্তা জোইন তৌরকপা চহী অমরোমদা ঙায়রি, অতোপ্পা অনী অদুদি হান্না অফিস অদুদা থবক তৌরম্লবনি। হান্না লৈরম্লবী মখোয় অনী অদু শেল চাবা য়াম্না হৈ, মখোয়না মীঙোন্দগী পৈশা খজিক্তং লৌদ্রিবমখৈ থবক ইতৌ তৌদে, ফাইল নমশিনবগী থবক য়াম্না তৌগল্লি। সরযুসু থবক চঙলকপা কুইদ্রিঙৈদা মখোয় অনীনা তম্বীবদগী মীঙোন্দগী শেল চাবা থৌদোক অমা থোকখ্রে, মদু সত্যব্রতনা খঙলক্তুনা সরযুদা চৈবা মতাং অমা য়াওখি। মদুগী মতুংদগী সরযু অদুগুম্বা শেঞ্জা-থুমজাগী থবক অদু অমুক তৌখিদ্রে।

ঙসি মখোয় অহুম ব্রারী অসুম শানরকপদা তোন্দোনবীনা খঙহৌদনা অসুন্না হায়রকই, "ঐখোয়গী অফিসারগী নূপীদু খাইনখ্রে হায়না তায়না।"

"করম্বা অফিসারনো?" সরযুনা হংলকই।

"হেরা, খঙদ্রিব্রা মচা চেনবী লৌবদো?"

সরযুনা মদু তাবদা শকফম খরা ওন্না উই। মহাক খঙই তোন্দোনবীনা করেম্নদুনা হায়রিবদু সত্যব্রতবুনি।

"কৈদৌনরে হায়বগে?" চান্দনীনা ব্রারী অদুদা নুংঙাইবগুম তৌনা সরযুগী মতৌ অদু থোইনা য়েংলুদনা হংলকই।

"কনানা খঙলুনি? মচা চেনবী অদুনা মাগী নুংঙাইতনবা খরদি তৌরম্বা তারেদনা, অদুনবু খাইনরিবনি," তোন্দোনবীনা হায়রকই।

"নূপীদুগী মরাল ঙাক্তা ওইরমগদ্রনে?" চান্দনীনা হায়রকই।

"করিগী ওইরম্লোইদৌরিবনো? মীনুংশি চাউবা, মীগী ঙাক্তা খনগনবা অফিসার সত্যব্রতনা লুখ্রাবী অদুবু য়াম্না থব্রায় তানা নুংশিনা মশাগী ওইজবা য়েংদনা লৌখিবনি। মানা নূপীদুবু থীনা তৌবীরমগনি থাজদে," তোন্দোনবীনা অর্থ লৈনা মমীৎনা নোক্তুনা করেম্নবা মওঙদা হায়রকই। অফিসার সত্যব্রতনা পাখং ওইনা

লুখ্রাবী নৃপী অমা লৌখিবা মতমদা মখোয়দা য়াম্রা ঙক্লা থোকখি, হৌজিক ফাওবা মখোয় অনীনা মাবু তৃমিন তৃমিন্রা হেক হেক করেন্নবা তোক্লি।

মখোয় হীরম অদুগী মতাংদা ব্রারী শাবা নুংঙাইবগুম তৌনা মখা চখরকই। চান্দনীনা হায়রকই, "অদুদি মহাক নৃপী অমা অমুক লুহোংলরোইদ্রা?"

"কনানা খঙলুনি? মদুদি মাগী পুক্নীংগী ওইবা ব্রানি," তোন্দোনবীনা হায়রকই।

সরযুদি ব্রারীদুদা কয়া য়াওরক্তে, তৃমিন্না মখোয়না ঙাঙনবা তাদুনা লৈ।

তোন্দোনবীনা অমুক মখা তানা হায়রকই, "মহাক্না অমুক লুহোংগে নীংজরবসু করম্না লৈশাবীনো মহাকপু পাম্বীগদবা? চন্নদ্রবা অফিসার – মশাদা হৈনীংবা য়াওদ্রবা – অদুগা অচুম্বা চৎলিবনি হায়দুনা শেংলিঙৈদা কার অমা ফাওবা তোংবা ঙমদবা – হৌজিক্কী মতমদা মাগুম্বা মীওইদা কনানা লৈবীগদগে?"

নহা ওইবগী মীৎয়েং অমদগী য়েংদুনা অসিগুম্বা চহী খজিক্তং লৈশিল্লবা অফিসার অসিবু তোন্দোনবীগুম্বা অফিসকী নৃপী খরনা মমল য়াওদনা হেক হেক ঙাঙই। ব্রাখল য়াওরবসু য়াওদ্রবসু, লমচৎ চুন্নবসু চুমদ্রবসু নহা ওইরিবা অফিসার, ডাক্তর, ইঞ্জিনিয়ার কয়াবুনি মখোয়না য়াম্নমক মমল লৈনা লৌরিবা; শেঙ্গা-থুমজা তৌদুনা কার তোংবা, অকে-অমৌদা তাউবা, মীনাই থম্বা ঙম্বা মীওইশিংবু মখোয়না থাক য়াম্রা ব্রাংনা খল্লি। পুন্সীগী মশক খরা হেন্না খঙজিল্লবা, ঈংথরবা সত্যব্রতগুম্বা মীওই অসিদি মখোয়না চুম্না হিংলিবা, রাগ য়াওদ্রবা, কান্নদ্রবা, অচম্বা মূর্তি অমগুম খল্লি।

মীতোপ খরা চঙলক্তুনা অফিসকী চে-চাংগী মরমদা ব্রা খরা হংলবদগী মখোয়গী ব্রারী অদু লেপখ্রে।

মতম খরা হৌখ্রে। নোংমা ইখঙ খঙহৌদনা সরযু অফিস অদুদগী অতোপ্পা অফিস অমদা ট্রান্সফর তৌবগী ওর্দর থোরক্লে। তোন্দোনবীনা মাবু কায়নরমদাইগী মমাঙদা চাক অমুক্তং চামিন্নসি হায়দুনা মাগী ময়ুমদা চাক কৌই। নুমিৎ অদু নোংমাইজিং নুমিৎ অমনি। সরযু অয়ুক্তা মমান্নবী অদুগী ময়ুমদা লাক্লে।

মতমদু মেরা থানি। নিংথমথা চঙলকপা হৌরকপগী প্রকৃতিগী অনৌবা শক্তম অমা উৎলকই। নোংজুথা লোইখিদুনা খোঙ্গং খুৎকংলে, উপাল-ব্রাপালশিংদা অশংবা মনা-মশীংনা জুম জুম লাউনা পাল্লি। ঈংলপ তৌবা নুংশিৎনা অনৌবা

ঋতুগী পাউজেল্লকপগুম পুক্লীংদা অনৌবা রাখল কয়া পোকহল্লি। ঋতুগী শক্তম অদুনা করিগুম্বা অরেপ্পা মফম খঙদ্রবা আশা, ঈখৌলাংবা অমদি লাঙতক্লবা রাখল অমা থম্মোয়দা ফাওহল্লি।

ঙসিদি সরযু মপুক্লীং ইনৌ নৌই, মমান্নবী অদুগা ফম্মিন্নরগা ইমুং-মনুংগী, অফিসকী, অতৈ হীরম কয়াগী মরমদা রারী শারকই। অফিসকী মরমদা শারকপদা সরযুনা খঙহৌদনা হায়রকই, "তোম্দোনবী, নহানদি নহাক্না কারক্তবা নুমিৎ অদুদা ইকাইবা থৌদোক অমা থোকখ্রে।" (তোম্দোনবী নুমিৎ অদু মশা ঙমদদুনা অফিস কাদবনি।)

"করি তৌরবগে?"

"য়েংউ, নুমিৎ চুপ্পা ঐখোয়দা চৈগনবা তামো সত্যব্রতনা ঐগী ট্রান্সফর ওর্দর থোক্লকপদা ঐবু মাগী কাদা কৌশিল্লগা মদুগী মরমদা হংলবা মতুংদা অসুন্না ঐঙোন্দা হায়খি, 'সরযু, অসুম লৈমিন্নবগী খরা চৈ-থাংবা তৌনখ্রবসু শাউবা য়াদে, মতুংদা থবক ফজনা তৌনবা হোৎনৌ।' মাগী রাদু তাবদা পুক্লীং নুংশিদুনা মাগী টেবল মনাক্তা লেপ্লা লেপ্লা ঐ খঙহৌদনা কপথোক্লুরে। ঐ মাগী রাহৈদুগী পাউখুম অমা ফাওবা পীবা ঙমদনা ইকাইদুনা মাগী কাদগী থোরক্লে। ঐবু মানা অঙাওবীগুম খল্লম্বসু য়াই।"

মাগী রাদুদা তোম্দোনবীনা মমীৎ লাওথোক্লুনা হায়রকই, "মহাকপু অদুম্নগা হায়ব্রনে? মাগী পূকচেল অদু অদুম্নগা পেখরকপা য়াওব্রা? অঙকপনি। ঐখোয় মাগী মখাদা থবক তৌবীশিং অসি মানা মী ওইনা শূকঙাঙ ঙাঙদবদুদা ঐদি মাবু পঙশাউদা শাউনীংদুনা লৈরিবনি।"

"ঐসু ঙকই। মানা নোংমা ঐবু শেঙ্গা-থুমজা তৌই হায়না চৈখিবদু নীংশিংলিব্রা? মদু তাকোকঙাওনা (মহাক ফোর গ্রেড অমনি) মাগী কাদা চঙদুনা তমথোক্লুবদগীনি। মতুংদদি ঐ অদুগুম্বা থবক্তু অমুক তৌদ্রে, নঙনা খঙলিবদুনি। অদুবু থবক শোয়বগীদি মানা ঙাঙলক্কদ্রা হায়বগী নুংশাথীবদি অদুম লৈ।"

তোম্দোনবী থৌদোক অদু নীংশিংই, মানা মরু ওইনা ঈনশিন্দুনা সরযুনা অরানবা থবক অদু তৌরুবনি, অদুবু সত্যব্রতনা ঙাঙলিবদু অচুম্বনি হায়বা থোইনা খন্দনা মহাক্না নাকল অমরোমদা সত্যব্রতবু অদুম হুন্দুনা হায়রকই, "ঐদি মাসি ওস্লোক্না হৈনখিদ্রে, মীগী মরাল থিরগা নুংঙাইবা মী ওইনা তৌরদনা। করিগীনো

ঐখোয়বু মানা অসুক য়েংশিল্লিবসি? মহাক্না ঐখোয়বু মী ওইনসু ঙাঙদে। মহাক্না অসুন্না হায় হায়না তায় ঐখোয়সি থম্মোয় পান্দ্রবী, হৌনলোনচৎ য়াওদ্রবী চুন্নগী মূর্ত্তি অমমমনি, নূপী ওইবীগী মতৌ অমতা য়াওদ্রবী ঙাক্তনি। মহাক খঙদে ঐখোয়সু মীনি, নূপী ওইবীগী হৌনবা নুংশিবা, কপ্পা, থম্মোয় নৌথবা পুন্নমক হে। করিগীনো মানা ঐখোয়বু অসুক হন্থনা উরিবা? মহাক্না খল্লম্বা য়াই মাগী মচা চেনবী, মীনুংশি য়াওদ্রবী নূপী লুখ্রাবী অদুগুম্না ঐখোয় পুন্নমকসু থম্মোয় পান্দ্রবী ঙাক্তনি হায়না।"

সরযুনা লূকথদুনা অতপ্পা খোঞ্জেলদা হায়রকই, "অদুবু তোন্দোনবী, নুমিৎ অদুদদি ঐ খঙলকই মহাকসি মপালথোংদা ঐখোয়না উরিবা অদুগুম্বা অদুক য়াম্না পূকচেল কনবা মী নত্তে, মাগীসু অথোৎপা মীনুংশি চেনবা থম্মোয় লৈ। মহাক্না অফিসকী থবক্তা নীংথিনা অচুম্বা তৌনীংবদগী ঐখোয়বু পেন্দবা মওঙদা ঙাঙবা ওইবসু য়াই।"

তোন্দোনবী খজিক্তং চঙক্লনা সরযুনা ঙাঙলিবা অদু তাদুনা লৈ, মহাক্তি মমান্নবী অদুগী মত অদু য়ানীংদে।

সরযু মমান্নবী অদুগী মমাঙদা খরা ইকাইরকই, মতাং চাদনা মঙোন্দা মশাগী থম্মোয় নৌথবা ব্বাখল অমা ফোঙদোক্লুরব্রা হায়না খন্দুনা তূমিন্না ঙহাক লৈখ্রে। তোন্দোনবী ময়ুম পাল্লবী, শিংলবী নূপী অমনি, ব্রাহ্মণগী ইঙ্গিৎ খরদংনা মমান্নবী অদুগী পূক্নীংগী ফীবম অদু ইরায় লায়না ব্বাখলনা লাম্বা ফংই। মমাঙদসু চান্দনীগা মাগনা সত্যব্রতবু তূমিন্না হুন্দুনা ঙাঙবা, চৈবা অসিনচিংবা তৌবদা সরযুনা ব্বা ইঙাঙ ঙাঙদনা লৈখিবদু মহাক নীংশিংই। সত্যব্রতগুম্বা মীশক অমগী মরমদা মমান্নবী সরযুনা আশা তৌবা মানবা মওঙ অদু মহাক্না য়াম্না পামদে। অহানবদা, সরযুদি মশক-মতৌ ফজরবী লৈশাবীনি, অদুগা সত্যব্রতদি নূপী থিকরুবা মীশক্নি। অনীশুবদা, সত্যব্রতনা অফিসকী থবক তৌবী নূপীশিংবু হন্থনা য়েংই, সরযুবুসু মহাক্না মমল য়াম্না লৌবা ঙমগনি থাজদে। লৈশাবী ওইরিবী সরযুনা মঙোন্দা আশা তৌবা হায়বসি মশাগী ইজ্জত মাঙবনি। অদুবু তোন্দোনবী মমান্নবীদুগী ব্বাখল অদু কয়া খঙজিন্নদ্রে, মদু খূদক্তা য়ৈথবগী মহূত্তা হয়েং তাঞ্জা চাবা মতম অমদা হায়গে হায়না খল্লে।

মখোয় অনী ফম্রিঙৈদা তোন্দোনবীগা য়ূমথংননা লৈবী অতোপ্পা মমান্নবী অমসু কাদুদা চঙলক্তুনা মখোয় অনী হান্নগী ব্বারী অদু শাবা লেপখ্রে।

সরযু নুমিৎ অদু মমান্নবীদুগী ময়ুমদগী হল্লক্রগা ফমুংদা হীগুনা ব্রাখল খন্দুনা লৈ। মহাক হান্নগী অফিস অদুদা অমুক কাররোই খল্লুবদা মপুক্লীং ইনুং নুংশিবা পোকই। কায়নরমদাইগী মতমসিদা মহাক খঙহৌদনা অফিস অদু থাদোক্লীংদবা পোক্লকই, হৌখিবা থৌদোক খৃদিংমক নীংশিংলুরগা মখোয়শিংদুগী মমল খঙহৌদনা য়ামখৎলকপগুম নীংলকই।

মীওইবগী থম্মোয়নুংদা শান্নরিবা আত্মাগী নত্তগা ব্রাখলগী লিলা কয়াশিং অসি অঙকপগী মশক্তি, মখল-মথেলনি, অরেম্বা ওইথোকপা য়ারোইদবসু কোঙ্গায়নি, অদুবু লিলা অদুদি লোইবা লৈতে। সরযুগী থম্মোয়দসু অদুগুম্বা অঙকপা ব্রাখলগী লিলাশিংনা লোন্না মকা ফোংদনা নীংতম্না শান্নরি। মদুদা মাগী পেঞ্জবা, নুংঙাইজবা লৈ। মখোয়দুবু মাগী পুক্লীংনা লাকশিল্লুবা ঙমদে।

নুমিৎ খরনিগী মতুংদা সরযু অনৌবা অফিস অদুদা অমুক কারে। অহানবদা মহাক মীনৌশিং তিন্নবগী ইকোই কোইরম্মী, অদুবু মখোয়গা শকখঙনরবা মতুংদদি খরা নুংঙাইরক্লে। মঙোন্দদি মী হায়বসি অয়াম্বা তিন্নরগা নুংঙাইবা ঙাক্তনি হায়না লৌই, মীনসু মঙোন্দা মাগী শুক্ষ্মৎনীংঙাই ওইবা মগুণ কয়াদগী মাবু লূনা তৌই, মঙোন্দা পুক্লীং চিংশিল্লি। মহাক মশক-মতৌ ফজবতা নত্তনা ব্রা ঙাঙবদা মী খোনবী, ব্রারী-ব্রাতাই শাবদা করিগুম্বদা মতাং চানা ফাগী-জুগায় তৌদুনা মীবু শুক্ষ্মৎপা ঙম্বী মীশক অমনি।

অদুবু মহাক্না নুংঙাইতবা অমদি মফম অদুদসু শেঞ্জা-থুমজা অদুম তৌরম্মী, নুপী অয়াম্বশিং অদুসু শাজৎ কয়া য়াওদে। মখোয় শেল চাবদি য়াম্না হৈ, অদুগা থবক্তি ফজনা তৌদে। মখোয়না মখোয় মশেল পৈশা থানদুনা লুডো শান্নবা, করিগুম্বদা নুপাশিংগা ফাওবা পৈশা থানদুনা শান্নবা অসি তৌই। অসিগুম্বা মতমদা মহাক্তি থবক শৃদুনা লৈ। অফিসতা অমোৎপা তৌবা, থবক থৌশাদবা মীওইশিংবু মহৌশা সত্যব্রতনা হেক হেক ঙাঙখিবা অদু মহাক হৌজিকসু নীংশিংলি; অদুগা কায়নরমদাইগী মতমদা মহাক্না মঙোন্দা হায়খিবা, "মতুংদা থবক ফজনা তৌনবা হোৎনৌ," হায়বা ব্রাহৈশিং অদুসু মহাক ফজনা নীংশিংলি। সত্যব্রতনা মাবু নোংমা চৈখিবা মীকুপ অদুদগী মাগী পুক্লীংদা লাকখিবা অহোংবা ব্রাখল অদু মহাক কৈদৌঙৈদসু কাউদে।

মহাক মহৌশা অহানবা থবক চঙলকপা কুইদ্রিঙৈদা মশাদা নাপল অমা

কারম্মী, অচুম-অরানগী বিচার তৌবা কয়া গুন্ত্রমদে, নৌনা তলব চাবগী, নৃপাশিংনা মাবু মমল য়াম্রা খনবগী মথস্তা পেম্বোকচবা ব্রাখল অমা লৈরম্মী; অদুবু কোন্নদি মদু অপগুবা মতৌনি হায়বদু খগুজরকখি। পূন্নমক্তগী নৃপী ওইবগী মতৌ, মগুণ লৈবা, নোল্লুকপা হায়বা অসিনা মরু ওই হায়বদু মহাক্না খগুলকখি। সত্যব্রতগী মতৌ উবদগী মাগী পুক্নীংদা অহোংবা ব্রাখল কয়া লাকখি। মী অমনা নোল্লুকপা নত্তনা নাপল তৌনীংগাই মরম করিসু লৈতে হায়বসি মহাক্না চেৎনা থাজরকখি।

# ৪

চিত্রা মতম খরা ইমুংগী মীশিংগা পূন্না চারম্নগা হৌজিক্তি মচাগা মাগতা তোঙান্না চারে। মাগী মৌপ্বানূপা অজিত অদু ইঞ্জিনিয়ার তম্বা লোইদুনা থোরক্লগা এস,ও,গী থবক পায়রে। থবক তৌবা ইকুই কুইদনা মহাক লুহোংলে। মহাক লুহোংলবা মতুংদনি চিত্রানা নুংঙাইরক্তদুনা মচাগা লোয়ননা তোঙান্না চারিবদু। মহাক্না ফি শাদুনা পৈশা থোক্লবা হোৎনবদু চাবা ফাওবা নীংথিনা কোন্নদে। মমানা করিগুম্বদা মঙোন্দা শেলগী মতেং খরা পাংলবসু মদুনা মাগী অব্রাৎপদু মেনখৎপা ঙমদে।

নোংমদি রজনীনা সন্ধ্যা মতুংদা মাগী মনাক্তা কোয়থোরক্লে, অদুগা মখোয় অনী মাঙ্গোন্দা ফম্মিন্নদুনা ৱারী শারকই। চিত্রাগী ইমুংদা মৌ লাক্লবা মতুংদা মঙোন্দা থোক্লিবা নুংঙাইতবা খূদিংমক রজনীনা খঙই। অদুবু মানা চিত্রাগী ইমুং-মনুংগী ওইবা ৱাফম অদুগী মরমদদি ৱা ঙাঙলক্তে। (রজনী চিত্রাদগী চহী খরা হন্নবসু মখোয় অনী মরূপকুন্না লোয়নৈ।)

মহাক্না খঙহৌদনা চিত্রাদা হংলকই, "চিত্রা, সত্যব্রতদু মহৌশা ঐখোয়দা লাক্লম্বা অদুগী মতুংদা নহাক্না অমুক্তা উন্নদ্রব্রা?"

"ইনম্মা, তোক্লসিদা মাগী ৱাদু," চিত্রানা হৈনীংদবা খোনফম অমদা হায়রকই, "উনসু উন্নদে। উন্নবগী দরকারসু লৈতে।"

"নহাকপু থাঙ্গৈশেংনা মাগী মনাক্তা শূকচৎ চৎলরোইদ্রা?"

চিত্রানা অচেৎপা খোনফম অমদা হায়রকই, "চৎলরোই, ইনম্মা, ঐ য়ুমসিদা অদুম লৈরগদবনি। মাবুদি ইচানা হেন্না মরু ওই।"

"অদুদি নহাক মতম অমদা মাগী মনাক্তা করিগীদমক ৱাখল অদু খনবা ঙমদনা চৎলুরিবনো?"

ৱাহং অদু চিত্রাদা খ্বাইদগী নুংঙাইতনা থোকপা ৱাহংনি। মদুগী পাউখুমদি মহাক কৈদৌঙেদসু পীবা ঙম্নরোই। নূপী ওইবীগী অশোনবা মীকূপ খরা লৈ,

অদুগুম্বা অশোনবা মীকৃপ খরা অদুদা মহাক্না অফ-ফত্তগী ৱাখল খনবা ঙমখিদনা সত্যব্রতগী নাক্তা চৎখিবনি। ৱাফম অদুবু মহাক্না করম্না ময়েক শেংনা তাকপা ঙমগনি? মদুগী মরমদা মশামকসু য়াম্না চমন্নবা থোক্লিবনি।

চিত্রা মমায় খরা মক্না তৃমিন্না লৈ।

রজনী খঙই মহাক ৱাহং অদুগী পাউখুম কৈদৌঙৈদসু পীবা ঙম্লোই। মহাক মমা-মচাগী কৃপ্পবা মরীদুগী ৱাফমগা মরী লৈননা মখা তানা ঙাঙলক্লে।

অদুবু চিত্রানা ঙহাক্কী মতুংদা মশাগী অনুতাপকী ৱাখল অদু ফোঙদোক্লদুনা অতপ্পা খোনফম অমদা হায়রকই, "ইনম্মা, ঐ কোন্নতা খঙলকই, ঐনা তৌরুরিবা থবক অদু অচৌবা অরানবা অমনি। ঐ কৈদৌঙৈদসু মাগী মনাক্তা চৎলম্লোইদবনি।"

"ফরে, হৌখিবদি হৌখ্রে, কমদৌনি? হৌজিক্তি নহাক্না নচাগীদমক্তা হোৎনরগে খল্লিবা অদুসু অফবা ৱাখল অমনি।"

মখোয় অনী ঙহাক তৃমিন্না লৈনরবা মতুংদা রজনীনা অমুক হায়রকই, "অদুবু, চিত্রা, সত্যব্রত অসি অদুক হান্না মীনুংশি য়াওদবা মীদি নত্তে, নহাক্কী শেল-থুমগী অরাবগী ৱাসি মঙোন্দা খঙহল্লবদি মানা মতেং খজিক্তং ওইরবসু পীরকপা য়াই।"

সত্যব্রত মখোয় অনী খৎনরকপা মওঙ, লৈনরিবা পুরক্কীংগী ফীবমদু কয়া মুন্না খঙদনা রজনীনা ঙাঙলকপা মতৌদুদা চিত্রা কয়া পেন্দ্রে। মহাক্না শাউরপ্পা হায়রকই, "ইনম্মা, মদু ওইথোক্তবা ৱানি, ঐ মঙোন্দগী পৈশা অমা ফাওবা পামদে, মাগী মতেং নিদুনা হিংগদবগী শরূক শিখিবনা হেন্না ফৈ।"

চিত্রাগী পুরক্কীংগী ফীবম মতাদুদা রজনী তৃমিন্না অমুক লৈখ্রে।

নক্লবা বামোনগী মান্দোপতা সন্ধ্যার্ত্তীগী মখোল তারকই। কাংশিগী মখোলনা অহাঙবা মালংদা ইপোম হৌনা কুইনা নৈদুনা লৈ। নিংথমথা চঙলকপগী মতমদু ফনা য়াম্না ঈংশিল্লক্লে। মালংদু অপাবা লৈচিলগী মফোল খরা থাংই। পূর্ণিমা মতুংনি, হৌজিক ফাওবা থাবল থোরক্ত্রি।

ঙহাক্কী মতুংদা রজনীনা অমুক হায়রকই, "চিত্রা, মহাক্না করিগুম্বা নৃপী অমা অমুক লুহোংখিবা থোক্লবদি কমদৌনি?"

চিত্রানা খুম্নকই, "ইনম্মা, মদুদা ঐ অমুক কল্লকপা নত্ত্রগা খনবনবগী মতম অদু হৌখ্রে। হৌজিক্তি পুন্নমক মাগী খুশিনি, মানা অপাম্বা অমা তৌবদা ঐনা করিসু হায়নীংঙাই লৈতে।"

মখোয় অনী ঙহাক অমুক তৃমিন্না লৈনখ্রে।

রজনী খঙলকই চিত্রাগী পুক্কীংদু য়াম্না কনশিনখ্রে, মঙোন্দা পুন্সীগী হৈনীংবা পুন্নমক মাঙখ্রে।

ঙহাক্কী মতুংদা রজনী ইমুংগী মীনা কৌরক্তুনা ময়ুমদা হনখ্রে।

চিত্রাদি মথন্তা মাঙ্গোলগী সিড়ি ময়াদুদা অদুম ফমদুনা ল্লাখল খন্দুনা লৈহৌই।

# ৫

সত্যব্রত সরযুনা অফিস অমদা হোংখ্রবা মতুংদা মাগা উন্নখিদ্রে। সরযুগী মশক-মতৌ ফজবা, ঙাঙব-শকপদা মগুণ লৈবা অদু উবদা করিগুম্বদা মাগী পুক্নীংবু শুক্ষৎখি, অদুবু চহী মতাংনা নত্ত্রগা মাগী ফীবম্না ওইবা য়াই মাগী থম্মোয়দা অকনবা ৱাখলগী ঈথক হৌরক্লে। মাগী পুক্নীংদা মথন্তা অসুম্না ফাওবা খল্লকই মহাক্কীদি অদুগুম্বা মতম অদু লোইখ্রে। ফজবী, শুক্ষৎনীংঙাই ওইরবী নূপী অমবু উবগা চুম্না খরমখৈ খোয়দাবা, অপাম্বা পোক্লবসু মদুনা মাগী থম্মোয়বু মপুং ফানা খূদুমচন্দুনা পুক্নীং লাকশিনবা ঙমদবা অদুদি নত্তে। অদুগা মাগী ফীবম অদুনা কনাগুম্বী নূপী অমতনসু মাবু মরু ওইনা লৌদে হায়না মহাক্না খল্লি।

লৈশাবী অমদা মহাক্না নুংশিবা হায়বা অসিমকসু দোষ অমনি হায়না মহাক্না খল্লি। মখোয় কনাগুম্বী অমতদসু মহাক্না মাগী নুংশিবগী ৱাখল ফোঙদোক্কে খন্দে। শম্না হায়রবদা মহাক পুন্সীগী নুংঙাইরবা মঙলানগুম্বা জগত্তা ঙাওবা, পুক্নীং ফাথবা ঙমদবা মতম অদু লাম্থোরক্লে। নহা ওইরিঙৈদা মাগী পুক্নীংদা ফাওখিবা নুংঙাইবা, ৱাখল ঈথক হৌবগী ফীবম অদু হৌজিক অমুক হোৎনদুনা ফাওবা ফংবা ঙমগদবা মান্দ্রে।

মাগী থম্মোয়দা লৈরম্বা থাজবা, নুংশিবা ঙম্বগী শক্তিদু ইমাঙ মাঙখ্রে। মতম অমদা চিত্রাগী ফজবা শক্তম, মওঙ-মতৌ অদুনা মাবু শুক্ষৎখিবা, মাবু নূপী ওইনা লৌখিবা মতমদা মঙোন্দা ফাওখিবা মীনুংশিগী ৱাখল, নৌনা লুখ্রা ওইরবী নূপী অমনা পুন্সীগী অৱা-চৈথেং কয়া থেংনগদবা অদুগী মরমদা খন্দুনা মহাক্না নুংনাংবা পোকখিবা, মাবু লৌবদা করিগুম্বা অফবা, মশাগী ওইজবা থাদোকপা, কখোকপা থবক অমা তৌবগুম ফাওবা খনখিবা পুন্নমক্তু মহাক করিগুম্বদা হেক হেক নীংশিংই। মতম অদুদদি মহাক্না খনখি চিত্রানা মাগী ৱাখল অদু মুন্না খঙদুনা মাবু লুনা তৌগনি, মঙোন্দা নোঞ্জগনি, মতম পুন্নমক্তা মাগী (মশানা খঞ্জবা) পুকচেল

চাউবা থবক অদু কাউরোই হায়না। অদুবু মাগী ব্লাখল অদু ওন্ন-তৈনখি, চিত্রানা মাগী অনীংবা ব্লাখল অদু মুন্না খঙবা ঙমখিদে, মানা মশাগী ওইজবা থাদোকপনি খনবা থবক অদু করিসু অর্থ লৈতবা অরেম্বা ওইখি। মহাক খঙই চিত্রাদগী মানা অশেংবা নুংশিবা অমা কৈদৌঙৈদসু ফংখিদে।

মহাক হৌজিক হৈনীংবা অমতা য়াওদনা লেল্লি।

মহাক্কী মরল-মথুম খরমখৈ লৈ, ফজরবা চেক্কী য়ুম লৈ। মাগী নায়তোম তানা, নুপী নহা অমুক থিবগী ব্লাখল খন্দনা লেনবা মওঙ অদু উবদা মাগী মরী-মতাশিংনা মনাক্তা মখোয়গী মচানচিংবা থন্নিংবগী ইঙ্গিৎ উৎপা য়াওই; অদুবু সত্যব্রত কনাগুম্বগী মচা-মশূগা লৈমিন্নবগী ব্লাখল খন্দে, মদুগী মনুংগী অরুবা ব্লাফম কয়াশিংদু মহাক উই। হৌজিক মহাক্কী মমা-মপা, মচীন-মনাউ লৈরি (মহাক্কা পোকমিন্নবা ময়ুম পানখ্রবী মচল অমগা ময়াম্বা অমগা মখোয় অহুম শুই), তুংগী পুন্সীগীদমক্তদি মহাক অদুক য়াম্না ব্লাদে। মহাক্কা হেক হেক অসুম্না খল্লি, "মীওইবনা মশাগীদমক্তা নুংঙাইনবা, শোয়দ-ঙামদনা লৈনবা শীন্দুনা ঙম্বমখৈ হোৎনজরবসু অনীংবা অদু হেক্তা থুংবদি নত্তে, মীওইবগী তৌবা ঙম্বা শক্তি অসি য়াম্না ঙমখৈ নাই। কনাগুম্বনা শোয়দ-ঙামদনা নুংঙাইনা হিংনবগীদমক আশা কয়াগা লোয়ননা মরল-মথুম কয়া তানশিল্লি, ফুরা-দলান কয়া শাই, মচা-মশূ কয়া পোকই, অদুবু লাইবক থীবদগী করিগুম্বা খঙহৌদনা মাগী পুন্সী অদু খাঙুথক্তা লোমখিবা মতমদা মহাক্কা পুন্সীদা শোয়দ-ঙামদনা, নুংঙাইনা হিংনবা হোৎনরম্বা থৌরাঙশিং অদু করি কান্নরিবগে? মহাক্তু নুংশিরবা ইমুং-মনুং, লন-থুম খূদিংমক থাদোক্লনা চৎখ্রে, মীওইবগী পুন্সী অসিমক য়াম্না অরেপ্পা নাইদ্রবা অমনি।" অদুম্না খনবা মতম অদুদা মহাক মীওইবা পুন্নমকপু খঙহৌদনা নুংশিবা পোকই, অদুগা অমুকসু মখোয়গী অরেম্বা নাপল অদুগীদমক্তা মখোয়বু শাউনীংবসু পোকই। অমবু ওইরবসু অমবু ওইরবসু মী অতৈগী পুন্সী মরেলগা মান্নদবা অনৌবা পুন্সী মরেল অমা লেল্লগে হায়না মহাক্কা খল্লি।

নোংমা নুংথিল অমা সত্যব্রতগী মপা চন্দ্রহাসকা মাগী নুপীগা মাঙ্গোন্দা ফমদুনা ব্লারী শাবদা মাগী নুপীনা চিত্রাগী মরমদা পল্লকপদা মপানা শাউনা পীশুম শৃক্লুনা হায়বকই, "তোক্রো মাগী ব্লাদু, ইকাই খঙদবী, ইচাবু নমদুনা ফাবীরকপী তৌঙম্বী লুখ্রাবী অদুগী ব্লাদু। ঐখোয়না মঙোন্দা করিসু থীনা তৌরুবসু লৈতে,

মতৈ-মনাউ খৎনবদগী চৎচখিবনি। মানা য়ুমগী মৌ ওইনা লৈরম্বদা ঐখোয়না য়াখিবা অদুমক ঐখোয়সি ফমনখ্রবনি. . .।"

সত্যব্রতগী মমানা মপুরোইবগী মত অদু শৌগত্তুনা মরক থৎলদুনা হায়রকই, "অওইবনি, ঐখোয়না মাবু করিসু থীনা তৌরুবা লৈতে। মহাক্তনা ইচাবু মাঙহল্লম্বনি। ইচাগী তুংগী পুন্সীদা লাকপা অৱাবা থৌদোক পুন্নমক্কী দায়িত্ব মানা ওইগদবনি।"

লুখ্রাবী লৌরুরগা নুপী থিদনা লৈরিবা মচানুপা অদুনা অমুক নুপী থিয়ু হায়বা য়াদ্রবদি মাগী পুন্সী অসি য়াল্লা নায়তোম তানা নুংঙাইতনা লেলহৌরগনি হায়না মখোয়না খল্লি। মখোয়দি অহল ওইরক্লে, সত্যব্রতনা লুহোংবা উদনা করিগুম্বা শিখিবা থোক্লবদি হায়বা ৱাখল ফাওবা মখোয়না খল্লি, মাগী লুহোংদুনা লৌবী নুপী অমদি মচা-মশূশিং মখোয় উনীংবনা থৌরাংই। অদুবু সত্যব্রতদি মখোয়গী ৱাখল অদুদা থোইনা পুক্নীং চঙলুদে।

# ৬

সরয়ু মাগী অনৌবা অফিস অদুদা হোংলকপা চহী অমরোম খরা হেনখ্রে। সত্যব্রতগা মরী লৈননা শান্নরম্বা ব্রাখলগী লিলা অদু খরমখৈ মমি শামখ্রে; মদু চুন্নগী ওইরোইদবা মঙলানগুম্বগী লিলা অমা ওইখ্রে। মাগী মরূপ অনী তোম্দোনবী অমদি চান্দনীনসু সত্যব্রতগী মফমদা মাগী পুক্লীং থিংজিনবা অদু শৃকপাম পামদে। নোংমা ফাদোক মানা মরূপ অনীদুগা থেংনবদা সত্যব্রতগী মরমদা হংলুবা থোক্লবদি মখোয়না অসুন্না খুন্নকই, "করিগীনো নঙনা নৃপী থিরুরবা, হৈনীংবা পোক্তবা মীশক অদুগী মরমদা হংলিববু? মহাক মহৌশাগী মহৌশা অদুনি – তুফক তুফাই চনবা, নুংঙাইবা হৈতবা। মঙোন্দা করিসু অহোংবা লৈতে। অফিস কাবা, থবক শৃবা, অদুগা ময়ুমদা হনবা অসিনি মাগী নুমিৎ খৃদিংগী থবক। করিগুম্বদা মীবু মরম চাদনা চৈবা অদুসু তোক্ত্রি।" (শেল চাবা, থবক লৈথোকপগী চৈবা অসি মখোয়না মশাগী মরালগীদমক চৈবনি হায়না খনবগী মহূত্তা মখোয়দা মরম চাদনা চৈবনি হায়না লৌই।)

সরয়ু মদু তাবদা তৃমিন্না লৃকথদুনা লৈ।

সত্যব্রত অয়াম্বা মতমদা ব্রাখল নুংঙাইতনা লেপ্লি। মাগা মী কয়াগা ব্রাখল চানদবা অসিনা মাগী নুংঙাইতনবগী অচৌবা মরম অমনি। মহাক্না অচুম্বনি, ফজবনি হায়না খনবা কয়া মী অতৈনা ওন্ন-তৈননা তৌরকপা উবদা মহাক থাঙবা য়াম্না ব্রায়। মহাক ব্রাখল খনগনবা মীওই ওইনা তৌই, মীওইবশিংগী অশোয়বা লীচত্তা পেন্দবা অসি মাগী পুক্লীংদা য়াম্না থুনা ফাওগল্লি, মখোয়গী নাপল, ওইজবা থিবা, তৌশিন্নবা অসিনচিংবসি মহাক খাঙবা য়াম্না ঙমদে। মরম অদুনা মহাক অসি ময়ামগা মান্নদবা মীওই ওইনা তৌদুনা লৈ। করিগুম্বা মতমদা হীরম অমগী মরমদা ময়ামগী মতকা মাগী মতকা চাউনা খেন্নবা য়াওই। মতম অদুদা মহাক মশাগী

অনীংবা অদুগী মতুং ইন্না চুমদ্রীং চত্তুনা তৌনীংবা অমা তৌবা মীওইনি। মরম অদুননি মহাক্না লুখ্রাবী ওইরবী চিত্রাবু লৌরুরিবা অসিসু। মানা নীংবা মততা, তৌরুবা থবক্তাময়ামগী মীৎয়েংগা চানদবদগী তায়োন্নবা ওইনা থোক্রুবসু মহাক মদুগী করিসু থৌশাদে। মহাক মশাগী মততা চেৎনা থাজবা, অনৌবা রাখল মওঙ অমা খনগনবা মীওইনি।

অসিগুম্বা মীওই ওইরগসু মহাক অতোপ্পা মীনা খঞ্জবা রাখল মওঙদা য়ৈখায়বা পীদুনা মীবু মশাগী মততা খোন্দুনা পুনবা হোৎনবা মীওইদি নত্তে। মহাক মী খুদিংমক্কী রাখল মখলশিংবু ব্যবহার তৌই।

মহাক্কী ব্রজমোহন কৌবা উকিল মরূপ অমা লৈ। মখোয় অনী অসি অঙাং ওইরিঙৈদগী লাইরিক তম্মিন্নরকই, লুনা তিন্নরকই। মখোয় তোঙান তোঙানবা পুন্সীগী শিনফমদা চৎনখ্রবসু মরক মরক্তা উন্নবা, অয়ুক্তা রাকিং চৎমিন্নবা, য়ুমদা ফম্মিন্নদুনা রারী শাবা অসিনচিংবদি হেক হেক তৌই। মখোয় অনী করিগুম্বদা পুন্সীগী অরুবা হীরম কয়াগী মতাংদা খন্ন-নৈনদুনা রারী শাই।

নোংমা নুমিদাংরাইরম ব্রজমোহন সত্যব্রতখোয়দা লাকই। নোংমা নীনিগী মমাঙদগী সত্যব্রতদি হকচাং ঙমদদুনা অফিস কাদনা ফমুংদা হীপ্পুনা লৈ। মহাক্না লাকপা মতম অদুদি সত্যব্রত ঙমদবা খরা ফরে। ব্রজমোহন্না কোর্ট অমুবা অমা লীৎলগা নাকন্দা মখুৎনা ফাইল অমগা খবর অমগা পুন্না য়েপ্লদুনা দলান মথক্তা লৈবা সত্যব্রতগী কা তন্না কাখৎলকই। মহাক মী রাং-চাউই, মশক ফজে, মোমোন নোকল্লি, অরুবা হীরম কয়াবু ইরায় লায়থোক্লা খনবা, পুন্নমক মানা জয় তৌবা ঙম্বগী মওঙ উৎপা, মমীৎ-মনা শিংবা, জ্ঞান লৈবা মীওই অমনি। মহাক রা ঙাঙবা য়ান্না ফৈ, উকিল অমা ওইনা য়ান্না মমিং চৎলবা মীশক্লি।

"কমদৌরিবগে, হকচাং ঙমদ্রব্রা?" মহাক্না থোঙজিল কানশিল্লগা মাগী হৈনবী মোমোন মীনোক অদু নোক্রদুনা হায়রকই।

"উম, ব্রজমোহন, চঙলকউ ফম্মু," সত্যব্রতনা মাগী মরূপ্তু চঙলকপা উবদা ফমুংদা হীপ্লম্বদগী তপ্পা মশাগী শরূক খরা হৌগৎলদুনা হায়রকই, "কোর্টতগী হল্লক্লিবা নত্রা?"

"উম, বাজাররোমদসু ঙহাক চখোক্লুরে, নহাক রাকিং চৎপা থোরক্তবা অদুদা কৈদৌরবগে খন্দুনা হংবা লাক্লিবনি।"

"হকচাং ঙমদবা খরদি ফরে, নোংমা নীনি লৈরবদি চখোকপা ঙম্বসু য়াই, লোক-লাইহৌ তৌবনি।"

সন্ধ্যাগী মাঙ্গোন্দা ধূপ থাবগী মনম্না কা অদুদা ফাওজিল্লকই। শূমাঙদা অপীকপা অঙাংশিংনা চেন্দুনা, লাঙদুনা শান্নবগী মখোল তায়।

ব্রজমোহন সত্যব্রতগী ফমুংগী খূয়া ওইরপ্না নাকন্দা নোংপোক ওন্দুনা থাবা উগী সোফা অশাংবা অমদা তুমিন্না ঙহাক ফমদুনা লৈ। মহাক সত্যব্রতগী অচীকপা, নায়তোম তাবা পুন্সী অদুগী মরমদা ৱাখল খনবা মাল্লি। মরূপ্তুগী নূপী লৈতবা মতৌ অদুনা মহাকপু নুংঙাইহন্দে।

সত্যব্রতনা চিত্রা লৌবা মতাংদা মহাক্না য়াম্না য়াখিদে, মহাক্না লুখ্রাবী অদুদা মীনুংশি উৎপদু অরেম্বা কান্নদবা ৱাখলনি, মদুগী অফবা ফল লাক্লোই হায়বসি মহাক্না মরূপ্তুদা কন্না হায়খিবনি, অদুবু মাগী ৱাদু তাদনা সত্যব্রতনা চিত্রাবু লৌখি। ঙসিদি মহাক্না হায়খিবা পূন্নমক অদু চুন্নরে।

সত্যব্রতসু মদুগী ইকাইবগুম করিগুম নোংমতা মাগী মরূপ্তুদা চিত্রাগী ৱা হৌদোক্তে।

ব্রজমোহন্না মরূপ্তুগী ওইরিবা ফীবমদুগা মরী লৈননা নুংঙাইতনা হায়বা হৌরকই, "নূপী অমা লৈবা ফৈ (মদু চিত্রা ওইবা য়াই, ওইদবা য়াই, মহাক্না মদুগী মরমদা করিমতা অকক্পনা পল্লক্তে), ইমাগা বাবাগা কয়াম কুইনা হিংখিগনি? হয়েং নোংমা নঙগীনি হায়বা মী অমতা লৈরক্লোই। হৌজিক্তি নারবসু ইমানা অসুম সেবা তৌরমগনি, অদুবু হয়েং ইমা লৈখিদ্রগা অসুন্না নারক্পগা কনানা নঙবু সেবা তৌবীগনি? নহাক্কীনি হায়বা মী অমতসু লৈত্রগা করম্না নুংঙাইনা, চনীং তানা হিংবা য়াগনি? মীনুংশি হায়বা অসি নিবা য়াবা পোৎ অমা নত্তে। মী অতৈদগী মদু হেক্তা ফংলোই।" ৱাফমশিং অসি হায়রগা ব্রজমোহন ফমুংদা ফম্লিবা মাগী মরূপ অদুগী পুক্নীংগী ফীবম খঙনীংবগুম তৌনা মীকুপ অমতং তুমিন্না লৈ। অদুদগী মানা হায়রিবা ৱা অদু সত্যব্রতনা পুক্নীং চঙনা তাদুনা লৈবা উবদা মহাক্না মখা অমুক শমথরকই, "মী হায়বসি তমথিগ্রবা জীব মখল অমনি, মীগী অঙকপা মীনুংশি য়াওদবগী ৱারী কয়া লৈ, মখোয়দু কোর্টতা লোইনা লৈরবনি – মপা-মচা, মচীন-মনাউ হাৎনবগী, মতৈ-মনাউ হাৎনবগী, মরী-মতা য়েংথিনবগী – মখোয়সি নত্তবা মীওইবগী থম্মোয় পান্দবগী খূদম ময়েক লানা উৎপা কেস কয়ানা

মশীং নাইদনা পৈদুনা লৈখ্রবনি। মীওইববু মশক মুন্না খঙগে হায়রবদি কোর্টকী কেস নৈনবদা অদুম লৈরে।"

"উম, হায়য়ু হায়য়ু," সত্যব্রতনা ফমুংদা ফন্নগা ফল্লাংদা ঙাথদুনা মরূপ অদুগী ৱা অদু পূক্লীং চঙনা তারদুনা হায়রকই।

মতম অদুদা সত্যব্রতগী মমানা চা লোল্লগা পুশিল্লকই। মহাক্না ব্রজমোহনবু হরাউ-হরাউ কৌদুনা চা অদু পীরম্নগা অমুক থোকখ্রে।

ব্রজমোহন মমাঙদা লৈরিবা চাগী কপ অদু পায়খৎলদুনা হায়রকই, "সংসারদা মীনা মশাগী ওইবা মী লৈতনা হিংবা হায়বসি মীনা নুংশিবিবদি লায়রদুনা উশিত্তবনা হেল্লি. . .।"

"উশিত্তবা! করিগী?" সত্যব্রত ৱাহৈ অদুদা খরা ঙকপগুম, নুংঙাইতবগুম তৌনা মরক থৎলদুনা হায়রকই।

ব্রজমোহন মানা পায়রিবা কপ অদুদগী চা অমুক্তং চিংলদুনা হায়রকই, "মদুগী মরম কয়া লৈরম্বা য়াই, ঐ মুন্না খঙদে, অদুবু মী লৈতবা মীশিংদা মীনা উশিত্তবসি হেক হেক তৌই হায়বা অসিমদি খঙই। মদু হেক্তা ফোঙদোক্তবসু য়াই, ইঙ্গিৎনা উৎপসু য়াই, তৌবতবু মদুদা নুংঙাইতবা অমদি অদুম লৈরে। মদু ঙাকথোক্লুবা য়াবা পোৎ অমা নত্তে। ফরে, মসিগী ৱাসি তোক্লসি, ঐ মীনা কয়া য়াম্না ফত্তবগে হায়বা অদুগী মরমদা অমুক্তং হায়গে। হৌজিক মচা পোক্তবী নূপী অমগা অয়োকপা মচাগা তৌনবা কেস অমা ঐগী মরূপ অমনা পায়রি। য়োক্লিবা নূপামচা অসি নূপী অদুগী মরী-মতা অমগী মচানি, পীক্লিঙৈদগী মহাক্না মচা শক্তুনা নূপামচা অদুবু য়োক্লকপনি। নূপী অদুনা মাবু চাউরগা লুহোংবীরে। খরা লৈরগা নূপী অদুগী মপুরোইবা অদু লৈখিদ্রে। অয়োকপা মচানূপা অদু শেল নীংথিনা থোক্তে। নূপী অদুনা মপুরোইবনা থনম্বা পৈশা, লন-থুম পুন্নমক পুথোক্তুনা ফজরবা য়ুম অমা শারে। খরা লৈরগদি লুখ্রাবী অদু অয়োকপা মচা অদুনা থীনা তৌবদগী লৈবা ঙমদদুনা মপামদা চৎখ্রে; য়ুম-হিঙ্গোল অদুদা অয়োকপা মচা অদুনা লৈহৌরে। মখোয়দু মানা লৌনবা তৌরকপদগী লুখ্রাবী অদুনা শাউদুনা মঙোন্দা য়ুম-হিঙ্গোল অদু পীদনবা অয়োকপা মচা অদুগা কেস তৌনরকপনি। মসিনি মীওইবগী ৱারী।

"অতোপ্পা নুংঙাইতবা থৌদোক অমগা লৈ। মদু ঐখোয়গী ইন্দুবালাখোয়গী লৈকাইদা থোকপনি (মোগী নূপী ইন্দুবালা অসি করিগুম্বা ৱারী-ৱাতাই শাবদা মহাক্না

হেক হেক পনগল্লি)। মমা-মপা লৈত্রবী মথন্তা পোকপী লৈশাবীমচা অমবু মখুরা-মন্দোলনা য়ুম-হিঙ্গোল অদু মিহৌবগীদমক্তা হূ পীজদুনা তমথিবা মওঙদা হাৎখিবগী থৌদোক্লি। মদুগী কেস অদুসু কোর্টতা লৈ। মসিনি মীওইবা! মসিদা নত্তে, কয়া কয়ানি মীওইবগী তমথিবগী ৱারী।"

ব্রজমোহন ৱারী অদু লীবা লোইরগা সোফাদা ঙাথদুনা তৃমিন্না ঙহাক্তং লৈ। চা অদু থকপা লোইরগা মানা চুরুট অমা চমখৎলগা অমুক হায়রকই, "কোর্টতা লাক্লিবা মীওইবগী ফত্তবগী, য়েংথিনবগী, তমথিবগী ৱারী কয়া অসিদি লীবগী লোইবা নাইররোই। মী হায়বসি শা মখল অমনি হায়বা অসিমক তশেংনা অচুম্বনি। মখোয়গী মরক্তা ইশাগী ওইবা মী লৈতনা নায়তোম তানা হিংবা হায়বসি য়াম্না খুদোংথীনিংঙাইনি।"

অদুদগী মহাক ফনা কুইনা তৃমিন্না অমুক লৈখ্রে।

মতম অদু পৃং তরেৎলোম তারক্রে। নোংপোক ওন্দুনা হাংদোক্কুনা লৈরিবা থোঙনাউদা থাবল থোরকপা উরে।

ব্রজমোহন মাগী মরূপ সত্যব্রতদা মাগী ওইরিবা পুন্সী অদুগী মরমদা পেন্দবা উত্তুনা অনৌবা পুন্সী মরেল অমা হোংনবা কন্না মত পীদুনা ৱারী কুইনা শারম্রগা মাগী মনাক্তগী হনখ্রে।

সত্যব্রতদি মরূপ্তুগী মত অদুদা করিমতা হায়ফম খঙহৌদে।

ব্রজমোহন হনখ্রবা মতুংদা মহাক মাগী কা অদুদা মথন্তা হীপ্পুনা লৈহৌই। মরূপ অদুনা হায়রম্বা ৱাশিং অদুদগী মানা কাউবা ঙমদবা অমতংদি, "মীনুংশি হায়বা অসি নিবা য়াবা পোৎ অমা নত্তে," হায়বা অদুনি। ৱাহৈশিং অদুনা মাবু ৱাখল য়াম্না খন্থহল্লকই, নুংশিবগী, থৌজালগী, মী মশেল হেক্তা মতেং পাংনবগী মরমদা থাজনা, পূক্নীং লুম্না লৈরম্বা ৱাখলগী মঙলান কয়া অদু কায়হল্লকই, ভাবনা শাগৎপা ফজবগী শক্তম অদুগা চানদবা পুন্সীগী অকোকপা অশেংবা মশক অদুগী মরমদা মহাক্না খন্থরকই।

কা অদু ইচীক চীকই। মদুদা মাগী নূপী চিত্রাগা লৈমিন্নরম্বনি। মাগী নূপীগী মখুৎমক্তা তৌরম্বা লৈতেং কয়া, থেৎলম্বা লাই কয়া হৌজিকসু লেঙদনা লৈরি। চিত্রানা হীপ্লম্বা ফমুং অদু লৌথোকখিবা নত্তনা অতৈ পোৎকী পোত্থমফমশিংদি থোইদোকপা কায়দ্রি। অতোপ্পা খেন্নবা অমতংনা চিত্রা চৎখ্রবা মতুংদা মানা পোৎশিং অদুদা অমুক্তা থোইনা পূক্নীং চঙলুদবা মরম্না লৈতেংগী পোৎশিং অদু উফুল

পকপা, মিরাং থাংবা কয়া য়াওই। য়ুমগী নুপী লৈতবগী পুমহাঙ হাঙবা, লৈরিবা মওঙ খুদিংমক্তা করিগুম্বা খুৎ অমা য়াৎপগী ইঙ্গিৎ অদু উই।

সত্যব্রত মাগী মরূপ অদুনা হায়রম্বা অদুগা মরী লৈননা মাগী ওইরিবা ফীবম অদুগী মরমদা নৌহৌনা য়াখল য়াম্না খন্থরকই। অদুবু মাগী পুক্নীংদা করিগুম্বা অরেপ্পা অমতা খঙবা ঙমদে।

ঙহাক্কী মতুংদা মাগী মমানা মাগী চান-থক্লবা থৌরাঙ খরা তৌরক্লুনা কাদুদা চঙলক্লে।

# ৭

সরযু নূপা অমগা লুহোংনবগী অহল-লমন্না হায়ন-শীংনবা হৌরক্লে। রাফম অসি মাগী মমান্নবী তোন্দোনবীগা চান্দনীগা নোংমা মখোয়গী ময়ুমদা লাকপদগী খঙখিদুনা মখোয়না অফিসতা শন্দোকখ্রে। সত্যব্রতসু নোংমা অফিসতা লৈরিঙৈদা পাউ অদু তারে।

মহাক থৌদোক অদু নোংমদি শোয়দনা থোক্লরগদবনি হায়বা খঙই, মদুদা মহাক থোইনা ঙক্লে। মদু থোক্তনবা মহাক্না মীশক অদু কনশিঞ্জনবা মওঙদা করিগুম্বা পূক্লীংগী রা অমতা হৌদোক্লে হায়নসু খন্দে, অদুবু থৌদোক অদুনদি মাবু খঙহৌদনা অরাবা পীরকই।

সরযুনা মাগা কায়নরমদাই মতমদা মমীত্তা পিরাং শিন্থখিবা অদু মহাক নীংশিংলি। মদু চুন্না কায়নরমদাইগী নুংঙাইতবনরা নত্ত্রগা মাবু নুংশিবদগীরা মহাক করিমতা খঙবা ঙমদে, মদু মহাক খঙগে হায়নসু হোৎনখিদে। মাগী ওইরিবা ফীবম অদুনা মহাক মাগী পূক্লীংবু অদুকী মতিক লাকশিন্দুনা লৈবা পামখি, সরযুদা রা অমা ফাওবা হায়গে খনখিদে। অদুবু মীশক অদুগী মমল অদু ঙসিদি নৌহৌনা য়ামখৎলকপগুম তৌরকই, মাগী পিরাংদুগী অর্থদু মপূক্লীংদা মথন্তা মখল কয়া থোক্লা হনবা হৌরকই।

নোংমা মাগী মরূপ ব্রজমোহন্না মঙোন্দা লুহোংনবা রা হায়বা মতমদা মহাক্না সরযুবুদি নীংশিংখি, অতৈ অতোপ্পা মীশক অমা ফাওবা নীংশিংখিদে; অদুবু মহাক্না সরযুদা লুহোংনবা রা হায়বা অদু ওইথোক্তবা, থোইদোক্লসু মদু মাগী মরাল অমা ওইনা ফাওবা খন্দুনা মাগী পূক্লীংদু লাকশিন্দুনা লৈখি।

মহাক পূকচেল শোনবা মী নত্তে, নাতৈ চাদবা মওঙদা মশাগী ওইজবা থিবা, করিগুম্বা খুদোংচাবা লৌবগী রাখল মহাক খন্দে। কনাগুম্বগী থবক থৌরম খূদিংমক করিগুম্বা য়ৈখায়বা অমতা থোইনা পীদনা মশাগী ওইফম থোকপা ওইখিবা অদু

মহাক্কী অপাম্বনি। সরযুনা মহাক্কী ময়ুমদা নত্তুবসু নুংঙাইবা পুন্সী অমা লেনখিবা য়াই হায়না মহাক্কা খল্লি। মীওই কয়ানা মশাবু মরু ওইনা খঞ্জদুনা মশামক নত্তুবদি মী অতৈ পুন্নমক মমল য়াওদ্রবা ঙাক্তনি হায়না খনবা অদু মহাক্তি য়ানীংদে। সংসারগী হৌনশা ওইনা নুপা-নুপীশিংনা মশা মশাগী নুংঙাইবা, পামজবা মওঙদা পুন্সী লেন্নরি; মহাক্কা মখোয় কনাগী পুন্সী মরেলবু লাল্লি নত্তুগা চুম্মী হায়না মত পীরুবা পামদে, মসিগুম্বগী মরমদা মহাক্কা তৃমিন্না পূক্কীংদা খনবা ৱাখল কয়া লৈরগসু মহাক মতম লৈবা খিবিক্তা তৃমিন্না লৈ। নুপী অমনা মাগী মনাক্তা লৈরগা শোয়দনা নুপীদুগী খ্বাইদগী নুংঙাইবা পুন্সী ওইগনি হায়বা মহাক কৈদৌঙেদসু খনবা ঙমদে।

সরযুগী হায়ন-শীংনবগী থৌদোক অসিগা মরী লৈননা মহাক তৃমিন্না নুংঙাইতবা পোক্কবসু মহাক মাগা তশেংনা মরী লৈনবা মীওই অমসু নত্তে। মহাক্কা মঙোন্দা করিসু হায়রুনীংঙাই লৈতে।

নুমিৎ অদুগী নোংঙানবদা সত্যব্রতনা অফিস কুন্নকপদা মাগী মরূপ ব্রজমোহন অদু লম্বীদা থেংনৈ। মহাক কোর্টতগী থোরকপগী মাগী কোট অমুবদু লীৎলি, ফাইল খরসু হান্নগুম নাকন্দা য়েপ্লি। মখোয় অনী লম্বীদা মতেক খরা ৱারী শাদুনা চৎমিন্নে। সত্যব্রতনা মাগী মরূপ অদুদা সরযুদু কনাগুম্বা মীশক অমদা অহল-লমন হায়নদুনা লুহোংখিবা য়াবগী পাউ অদু তম্নকই। (ব্রজমোহনসু সরযুবু মশক খঙই, করিগুম্বদা মহাক মরূপ্তুগী অফিসতা মহৌশা চৎপদা মাবু উখ্রে।)

"মতম খরগী মমাঙদা নহাক্কা সরযুদা ৱা খর্বদি হায়রমগদবনি," ব্রজমোহন্না লম্বীদা চৎনা চৎনা হায়রকই।

সত্যব্রতনা মাগী মরূপ্তুগী ৱাদু তাবদা তৃমিন্না মীকৃপ অমতং লৈরুরগা হায়রকই, "ঐ মঙোন্দা নুংশিবগী ৱা অমতা কৈদৌঙেদসু হায়গে হায়না খনখিদে।"

"করিগী?"

"মহাক লৈশাবী অমনি, চহীসু ঐনা য়াম্না হল্লি। মদু নাতৈ চাদবা অমনি হায়না খল্লি।"

"নুপানা নুপীদগী চহী য়াম্না হনবা কয়া লৈ, অদুগা নুপী থিরুরবা মীশক অমদা কনাগুম্বীশিংনা ময়ুম পানবদা করিসু থোইনা খন্দবসু লৈ।"

"অদুবু ঐদি মদুগী মরমদা লুনা খল্লি," সত্যব্রতনা হায়রকই, "নুপা কাঙলুপ্না মদুদা মাগী দোষ লৈতে হায়না খনবদু ঐদি পামদে। মদু মশাগী নুংঙাইবা, ওইজবা থিবা, নুপীগী হক থুগায়বিবা, মখোয়বু হন্থনা য়েংবীবা মওঙ অমনি। নুপীশিংনা

মদুগী মরমদা করিসু খন্দে হায়বদু ঐ য়ানীংদে। মখোয়সু মীনি, ফোঙদোকপা ঙমদ্রবসু মখোয়দা পূক্নীংগী নুংঙাইতবা অমদি শোয়দনা লৈগনি, নূপা অদুবু থম্মোয় শেংনা মথম্তগীনি হায়না খনবা কৈদৌঙেদসু ঙম্রোই।"

মতম অমদা মানা চিত্রাবু লৌরবা মতুংদা থম্মোয় শেংনা মাবু মহাক মথম্তগীনি হায়না কৈদৌঙেদসু অমুক্তা খনবা ঙমখিদবা অদু মহাক নীংশিংলি, মদু নূপী অমগী মফমদসু করিগী থোক্নোইদগে হায়বসি মহাক্না খল্লি। ৱাখল কয়া থম্নরুদনা লৈমিন্নবা মী য়াম্না লৈরম্বা য়াই, অদুবু মদুদা থম্মোয়গী ওইবা, আত্মাগী ওইবা অশেংবা মরী অমা লৈনৈ হায়বসি মহাক কৈদৌঙেদসু থাজবা ঙমদে। মদুদা নমথাক নত্ত্রগা পূক্নীং শেংনদবা অমা য়াওরি, মদু মহাক মশামক মুন্না খঙগ্রবনি। মপালথোংগী ইন্দ্রিগী অপাম্বা খরদা শুস্কৎনদুনা নত্ত্রগা পুন্সীগী হিংবগী দরকার খরা থুংনবগী ওইনা অদুম লৈমিন্নরবসু মদুগী নুংগী ওইবা নুংঙাইতবা অদুদি মতম পূম্বদা কোক্নীংঙাই ওইদে।

ব্রজমোহন্না মাগী মরূপ্পুগী ৱাখল লুথনা খনগনবা মতৌ অদুদা কয়া পেন্দবা মওঙদা হায়রকই, "নূপী অমগী পূক্নীংগী ওইবা ৱাফম্বু নহাক্না করম্না হান্না লোইনা হেক্তা খঙগদগে? মখোয়গী তোঙানবা সংসার লৈ, তোঙানবা থাজবা লৈ, তোঙানবা ৱাখল মখল লৈ।"

"লৈরম্বা য়াই, অদুবু মখোয়সু মীনি, মী অমগী পূক্নীংদা ফাওফম থোকপা অদুদি ফাওগনি। মখোয়গী মরক্তা ওক্তবা, ফত্তবা, অরানবা থবক তৌবদা করিসু খনবীদবা, মদুদা পেন্থোকচবা কয়া লৈরম্বা য়াই, মখোয়শিং অদুগী ৱাখলনা তোঙানবা অমনি। ঐনা হায়রিবা অসিনা ৱাখল শেংবা নূপী অমগী ৱানি।"

মাগী ৱাহৈ অদু ব্রজমোহন ভাব ইতা তাবা ঙমদে, মহাক্না হায়রকই, "অদুদি করম্বা মরীনো নূপা-নূপীগী মরক্তা ওইহন্নীংবা নহাক্না খ্বাইদগী পাম্বা মওঙ?"

সত্যব্রত খজিক্তুং হৈনীংদনা নোক্লকই, অদুগা হায়রকই, "মদুদি য়াম্না চমথ্রবা ৱানি, অমুক হায়রুবগী করি কান্নগনি?"

"হায়য়ু, হায়য়ু," ব্রজমোহন্না খঙনীংনা হায়রকই।

"থম্মোয় শেংনা নুংশিনবা নূপা-নূপী অনীগী অহানবা লুহোংবা, অদুগা পুন্সী তোলোইনা হিংমিন্নবা।"

"অদুদি নহাক্না চিত্রাবু লৌরুরিবা করিগীনো?" ব্রজমোহন্না খরা লকক তৌনা হংলকই।

সত্যব্রতদু শকফম খজিক্তং হঞ্জিন্না হায়রকই, "ফরে, মদুগী ৱাদি তোক্লসি, মদু শাংথ্রবা ৱানি, হৌজিক অমুক নীংশিংলুদুনা কৈদৌরুগনি?"

ব্রজমোহন্না ভাবনা খঙলকই সত্যব্রতনা হায়রিবা অসি চিত্রা লৌরুবা মতুংদা কোন্নতা মপূক্লীংদা ফাওরকপনি, চিত্রাবু লৌদ্রিঙৈগী মমাঙদা মহাক অসুন্না কৈদৌঙেদসু খল্লমদবা য়াই।

মতম অদুদা মখোয় অতোপ্পা মরূপ অমসু থেংনদুনা ৱারী অদু মতাং অদুদা শমজীনখ্রে।

ব্রজমোহন্না ময়ূম য়ৌরগা চা থক্লা থক্লা মাগী নূপী ইন্দুবালাদা সত্যব্রতগা মাগা উন্নরক্কুনা ৱারী শারকপগী মরমদা তল্লকই।

মাগী নূপী ইন্দুবালা অসি মরেপ ৱাংই, ৱাশি লৈ, মমায় কোইতক তৌই, মনাতোন তুম্মী, ৱা ঙাঙবদা নুংশি, নোকপদা উবা চাং মান্নবা য়াতোন অদু য়াম্না ফজে। মহাক ব্রজমোহনগা নুংশিনদুনা চেল্লগা লুহোংবনি, ইনাক-কৈরাক খুল্লবা ইমুংগী নূপীনি। মখোয় অনী পূকচেল তিন্ননা য়াম্না নুংশিননা লৈ।

ব্রজমোহন্না সত্যব্রতগী মরমদা ৱারী শারকপদা মাগী নূপীদা হায়রকই, "মহাক অদুক্কী মতিক নীংবা কায়খ্রে, মঙোন্দা পুন্সীবু নুংঙাইনা য়েংবগী, নুংঙাইবা আশা তৌবগী ৱাখল খুদিংমক মাঙখ্রে। অসুম মথন্তা পঙহিং হিংবা, অদুগা নোংমা সংসার অসি থাদোক্কুনা চৎখিবা অসিনি মাগী ৱাখল। চিত্রা লৌরুবদগী নূপীদা মাগী থাজবা পুন্নমক মাঙখ্রে, মাগী নূপীদুনা মাবু থাঙ্গৈশেংনা নুংশিবা ঙমখিদবা, মানা য়ানীংদবা মওঙ কয়া তৌখিবা অদুনা মহাকপু তশেংনা ফীবম অসিদা তাহনখিবনি।"

"থৌদোক অদুমতং থেংনরগা মহাক অদুক য়াম্না নীংবা কায়রিবা করিগীনো? করিগুম্বদা নূপাদগী নূপীনা শরূক চামা হেন্না মীনুংশি চাউই, ঙাকপি হৈ, খাঙবা কল্লি – মদু মহাক খঙদ্রে," ইন্দুবালানা লূকথরগা নূপী ওইবীগী নাপল অমগা লোয়ননা মপুরোইবদা হায়রকই।

ব্রজমোহন্না ইন্দুবালাগী ৱাহৈ অদু তাবদা মাগী ৱাশি লৈবা মায়থোঙ অদুদা নুংশিনা য়েংলকই, মাগী নূপীগী ৱাহৈ অদুনা মখোয় অনীগী নুংশিনবা অদু হেন্না চেৎশিন্নহনবগুম মপূক্লীংদা ফাওরকই।

মপুরোইবনা মঙোন্দা য়েংলক্লিবা মীৎয়েং অদুগী অর্থ অদু খঙবগুম তৌনা ইন্দুবালা মাগী ফজরবা পানা থেক্কৎনা হৌরবা মমীত্তুনা মপুরোইবদা য়েংদুনা অমুক

হায়রকই, "নৃপী অমগী নুংশিবনা মাগী চোকথরবা পুন্সী অদু শোয়দনা অমুক তেকখৎহনবা ঙমগনি।"

"অদুবু লুরিবদি মহাক নৃপী থিরুরবা মীশক অমনি, নহাক অমুক্তং হায়য়ু, লৈশাবী অমনা মদুগী মরমদা করি খনবা য়াবগে?"

খঙহৌদনা হংলকপা মপুরোইবগী লুরবা ৱাহং অদুগী পাউখুম পাক শীফম খঙদনা ইন্দুবালা ঙহাক চঙক্লনা তুমিন্না লৈ। মীকুপ খরা অদুগ্না লৈরুরগা মহাক্না হৈনা নাকোইননা খুন্নকই, "ঐনা ঙসায় হায়খিবদুনি, ঐখোয়না নখোয়দগী শক্লক চামা হেন্না অখাঙ কল্লি, মহাক্না মচা চেনবী লুখ্রাবী অমা লৌরুবদা অদুক য়াম্না পুক্নীং পেন্দবা, নুংঙাইতবা পোকপা অদুগ্নদি নৃপী অমনা তৌদবা য়াই। নৃপী অমনা খ্বাইদগী পেঞ্জবা অসি মপুরোইবদগী ফংবা মপাল নাইদ্রবা নুংশিবা অদুতনি; মদুদা মহাক পূমপেন পেম্লোকচদুনা অতৈ পূন্নমক কাউথোকপা ঙম্বসু য়াই।"

ব্রজমোহন মাগী নৃপীগী ৱাহৈ অদুদা পেনবগুম তৌনা পুক্নীং চঙনা তাদুনা লৈ।

ইন্দুবালানা অমুক হায়রকই, "মহাক্না সরযুদা অমুক্তংদি হায়গদবনি।"

"মদু সত্যব্রতনা কৈদৌঙৈদসু য়াগদবা লৈত্রে।"

ইন্দুবালানা সত্যব্রতগীদমক খনবদা থৱায় ৱাবগুম তৌনা শকফম হঞ্জিন্না লৈ। মহাক্না স্বরমপী অমুক্তং হোল্লগা হায়রকই, "অদুদি করি উপায় লৈবগে?"

সরযুগা লুহোংনবা হায়নবা মীশক অদু ফিসরি অফিসারনি, মাগী মমিং জয়ন্ত কৌই। নোংমা নৃপা অদু সরযুগী অফিসতা লাকই। মহাক থৌওইনা সরযুবু য়েংবা লাকপা মাল্লি। মীশক অদু থোইনা ফজবদি নত্তে, মী মুনং তৌই, মরেপ কয়া ৱাংদে, মশাদু ফুল্লৈনৈ, নাতোন শূমাঙদা কোই খজিক্তং থাকই। মহাক্না চৌকিদা ফমদুনা সরযুগী মমান্নবী অমগা ৱারী শাদুনা লৈ।

নৃপা অদুনা মমান্নবীদুগা ৱারী শানা শানা সরযুদসু মরক মরক্তা ফল্লপ ফল্লপ য়েংলকই। অসুম্না ঙহাক ৱারী শারবা মতুংদা নৃপা অদু কাদুদগী থোকখ্রে।

মহাক থোকখ্রবা মতুংদা মমান্নবী অদুনা মাগী মনাক্তা চঙশিন্দুনা লেপ্লগা মোমোন নোক্লুনা হায়রকই, "সরযু, ঐগী ইনাক্তা ৱারী শাদুনা ফল্লম্বা নৃপা অদু কনানো খঙব্রা?"

"কনানো? ঐদি খঙদে।"

"মহাক ফিসরি অফিসার অদূনি . . . খঙলেদনা নঙবু য়েংবা লাক্লিবনি।"

মমান্নবী অদু নূপা অদুগা মুন্না খঙনদুনা সরযুগী ময়ূমদা নূপাদুগী অহল-লমন থাজীন্দুনা মাবু লুহোংনবা হায়ন-শীংনবা অদুদা শীল্লিবা মীশক অমনি। মাগী ৱাহৈ খরদুনা সরযু ভাব লোইনা তাই।

সরযু খজিক্কং শৃক্তোক্তুনা মমায়দু খরা নৈথোক্লগা হায়রকই, "তোক্লসি, অমুবী, মদুগী ৱাদু।"

মমান্নবী অদুনা অমুক হেন্না হৌনা নোক্লদুনা সরযুনা শৃরিবা চে অদু নাকল অমা মখুৎ নাম্মনা খুমজিল্লগা লক্লদুনা হায়রকই, "মশক ফজদে অসিরা? মশক ফজদ্রবসু মগুণ নৈরগা লোইরে।"

সরযু পীশুম শৃক্তুনা কলম অদু থল্লগা চৌকিদগী হৌগত্তুনা চৎকে তৌরকই।

মমান্নবী অদুনা মাবু লেংজুমদা পায়দুনা ফারগা ৱা মথং মথং ঙাঙদুনা লক্লগে তৌরকই। তাঞ্জা অদুদা মখোয়গী কাদা অফিসার চঙলক্তুনা নূপী অদু মাগী চৌকিদা চঙশিন্দুনা থবক শৃবা ফমখ্রে।

নুমিৎ খরনি হৌখ্রে। সরযু মমান্নবী অদুগী মমাঙদা নূপা অদুবু য়ানীংদবা মান্না উৎখ্রবসু মহাক তশেংবদি লুহোংবা অদুদা কন্না য়ানীংদবা ৱাখল ফোঙদোরক্লে। মহাক্না অহল-লমনগী অনীংবা অদুবু য়াম্না মরু ওইনা খল্লি, মখোয়গী য়াথং অদু মহাক হীক্তোকপা পামদে।

সরযুগী অহল-লমন্না মাগী লুহোংনবগী মতম অদু থুনা লেপশিল্লক্লে। মতম অদু ফাইরেন থানি। মহাক সত্যব্রতগা অমুক্তা উন্নখিদ্রে। লাপ্পবা, উন্নখিদবগী করিগুম্বা অঙকপা কাউহনবা ঙম্বা মতমগী যাদু অমনা মাগী পৃক্লীংদা শান্নরম্বা লিলা কয়াদু য়াম্না মমি শামহনখ্রে। মাগী পৃক্লীংদু হৌজিক্তি ইতাউ তাউই। হৌনবী মতুং ইন্না অহল-লমন্না হায়বা ইন্দুনা পুন্সীগী অনৌবা খোঙথাং অমা থাংনবা খনবদু নত্তনা মাগী অতৈ থোইদোকপা অনীংবা ৱাখল নৈত্রে।

মাগী লুহোংনবগী নুমিৎ অদু নোংমা নোংমগী নকশিল্লক্লে। মদুগী থৌরাঙ অয়াম্বা লোইরে, হৌনবী মতুং ইন্না মীশিংদা বার্তোন তৌবা হৌখ্রে। মাগী মরূপ কয়া খুদোলপোৎনচিংবা থিনবা লাকই। মাগা হান্নগী অফিসতা থবক তৌমিন্নরম্বী কনাগুম্বী মমান্নবশিংনা অফিসকী ৱারী শারকপদা সত্যব্রতগী মরমদা চুন্না পন্দুনা ৱারী শারকপা য়াওরকই, মদুদা সরযু মমায় মক্না নুংগী মূর্তিগুম তূমিন্না ফমদুনা লৈ।

তোন্দোনবীসু নোংমা মাগী মনাক্তা খুদোলপোৎ থিনবা লাকই। মখোয় অনীতা সরযুগী ফমফমকাদা ফম্মিন্নদুনা ৱারী শারকই। সরযু মাগা ৱারী শাবদা ময়ুম্বু নুংশিবা মওঙদা মমীত্তা পিরাং চেল্লকই।

মাগী পূক্লীংগী ফীবম অদু খঙবগুম তৌনা তোন্দোনবীনা থেমজিন্দুনা হায়রকই, "সরযু, হৌজিক করি ৱানীংঙাই লৈবগে? মসি ঐখোয় খূদিংমক্তা থোক্লিবা ঙাক্তনি। য়েংউ, মসি নঙগী অফবা তাঞ্জা তানখৎলকপনি, তুংগী পুন্সীগী নুংঙাই-য়াইফনবা ঈশ্বরদা খুরুমজগদবনি।"

সরযু মাগী হান্নগী ফীবম অদুগুম্না লুকথদুনা লৈ, পাউখুম অমতা পীরক্তে।

তোন্দোনবীনা মাগী পুক্লীং নুংঙাইতবা অদু থৈদোক্লবা অতোপ্পা হীরম অমা হৌদোক্লদুনা অমুক হায়রকই, "নহাক্কী বার্তোন্নচিংবা ইমান্নবশিংদা তৌগদবা অদু তৌখ্রবা?"

"উম, তৌখ্রে, অদুবু মী খরদি চিখরি।"

"ঐখোয়গী অফিসকী মী য়াওব্রা? মখোয়গীদি ঐনা পুখিবসু য়াই।"

সরযু মাগী হান্নগী অফিসকী মরমদা পল্লকপা অদুদা সত্যব্রতবু নীংশিংলকই। মতম অদুদা মাগী পুক্লীংদা ফাওরকপা ৱাখল অদু য়াম্না চমন্নবা মওঙ অমনি। কনাগুম্বা মতম কুইনা উন্নখিদ্রবা মী অমবু পুক্লীংদা কাউরক্লবসু অরোইবা ঙইনা আশাগী ঙমখৈ অমা থমদুনা কায়নরমদাই মতম য়ৌশিল্লক্লবদা থম্মোয়দা করিগুম্বা ফোঙদোকফম খঙদবা অৱাবা, লাঙতক্লবা, পুক্লীং নৌথবা ৱাখল অমা পোকপা মতৌ অদুনি ঙসি মঙোন্দা ওইরিবা।

সরযু অতপ্পা খোনফমদা মহাক্কা মহৌশা নোংমা হংখিবা অদুগুম্না ঙসিসু হংলকই, "তোন্দোনবী, তামো সত্যব্রতদু কমদৌরি?"

তোন্দোনবীদু মাগী ৱাহং অদুদা খজিক্তং শুগত্তুনা কয়া থৌশাদনা খুম্নকই, "কৌদৌনি মাগী হান্নগী হান্না অদু মঙায়, থোইদোকপা অহোংবা লৈতে, অফিসকী থবক চাং নাইনা শূবা, লোইরগা ময়ুমদা হনখিবা অসি মঙায়।"

মাগী অতেনবা কয়া থৌশাদবা পাউখুম অদুনা সরযুবু নুংঙাইহন্দবগুম তৌনা উই, মহাক মায়থোঙ মক্লা তুমিন্না লুকথদুনা লৈ।

মীকুপ অমতং অদুম্না লুকথদুনা লৈরুরগা মহাক্কা হান্নগুম অতপ্পা খোনফমদা কৌরকই, "তোন্দোনবী।"

"করিনো?"

"নহাক্কা মহাক্কা ব্বারী অমুক্তা শাদ্রব্রা?"

"করি শাদনি? অফিসকী মরী লৈনবা হীরমদা শাই, অদুবু লনাইগী ওইবা মরমদদি ঙাঙনদবা কুইরে।"

"অদুবু তোন্দোনবী, করিগুম্বা মতাং চাদুনা লনাইগী ওইবা ব্বারী হৌদোক্লবা থোক্লবদি মাগী খাইনগ্রবী নূপী অদু লৌশিন্দুনা লৈমিন্নবা অমুক্তং হায়বীয়ু।"

"করিগীনো?" তোন্দোনবীনা মাগী ব্বাহৈ অদুদা পেন্দবা মওঙদা খরা ঙক্লা হংলকই।

"করিসু নত্তেদা, মী অমা ওইনা মাগী মথস্তগী ওইবা পুন্সী মরেল অদুদা নুংঙাইতদুনা হায়বনি।"

তোন্দোনবী সরযুগী থম্মোয়নুংগী ওইবা ব্বাহৈ অদুগী অর্থ শেংফাত্তনা ভাবনা লাম্বা ঙম্লকই। অদুবু মহাক্লা মদুগী মরমদা করিমতা ফোঙদোরক্তে। মহাক্লা ইচম চন্না হায়রকই, "মাগী খাইনগ্রবী নূপী চিত্রাদি মাগী মনাক্তা কৈদৌঙৈদসু অমুক লাক্কদবা লৈতে। মখোয় অনী তাইশিন্নবা য়াবগী ফীবমদা লৈতে। করি অমুক হায়গনি? মখোয় তশেংনা য়েংথিনবা, য়েক্নবা, নুংশিনদবা ফীবমদা লৈ। মসি ঐনা মহৌশা মাগা ব্বারী অমুক শাবদা খঙখিবনি।"

সরযু ব্বা অদু তাবদা নুংঙাইতনা উই, মহাক মদুগী মরমদা ব্বা অমুক মখা তারকখিদ্রে।

# ৮

সরযুগী লুহোংবা নুমিৎ অদু ফাইরেনগী তরানি পানবদনি। নুমিত্তু সত্যব্রত অফিস ওন্না কারক্তুনা থবক শৃদুনা লৈ। মহাক অফিসকী মীনা ব্বারী শানবদগী নুমিত্তু সরযু লুহোংবা নুমিৎনি হায়বা খঙই। নুমিৎ অদুদি মহাক্কী পুক্নীংদু তমফম খঙদবা অৱাবা ৱাখল অমনা খূদুমচল্লি। সরযু মাগী কনাসু নত্তে, নোংমা ফাওবা মঙোন্দা পুক্নীংগী ওইবা ৱা অমা ফাওবা হায়খিবা নত্তে; অদুবু করিগীনো খঙদে ঙসিদি মঙোন্দা লাক্লিবা অৱাবা ৱাখল অদুনা মকা ফোংদনা মাগী নুংদা মৈশা পীবা হৌরকই। মহাক মাগী অফিসকী চৌকিদা ফমদুনা ৱাখল ইতাউ তাউনা লৈ।

অসুম্না লৈরিঙৈদা চাপরাসীনা ফাইলনচিংবা মথং মথং পুশিল্লকই। মহাক ফাইলশিং অদু য়েংদুনা চে-চাং শূবা হৌগ্রে। ঙহাক্কী মতুংদা মাগী কাদা অফিসকী থবক্কা মরী লৈননা মী খরসু মাগা ৱারী শাবা চঙলকই। মখোয়গা ৱারী শারগা মহাক নুংঙাইতবা অদু খরা কাউই।

নুমিৎ অদুগী নুংথিলদু অফিসকী নুপী কয়া সরযুগী লুহোংবা চৎনখিদুনা মখোয়গী ফমফমশিংদু ইহাঙ হাঙনা উই।

মহাক অফিসতগী কুম্লক্লগা ময়ুমদগী অমুক চখোক্লে, নুমিত্তু ৱাখলদু ইনুং নুংঙাইতনা লেল্লে। নুমিদাংদা তৃপ্তা য়াদনা মহাক য়াওল তোয়না ওন্দুনা লৈ, মফম খঙহৌদনা মীৎচিদগী পিগী মরিক খরা চেল্লখিদুনা মোন অদু ইচোৎ চোৎলকই। পিরাং অদুগী অর্থ করিসু লৈতে, অদুবু মদু মহাক খাম্বদি ঙমহৌদে। মতম অদুদা মহাক চুম্নতা নীংশিংলকই নোংমা কায়নরমদাই মতমদা সরযুসু মাগী মমাঙমক্তদা পিগী ঈরা শিল্লখিবদু। থৌদোক অদুনা মখোয় অনীগী পুক্নীংদা করিগুম্বা খরা ফাওনবগুম খনবা নত্তনা অতৈ ৱাখল করিসু লাম্বা ফংদে।

থা অমরোম হৌখ্রে। হৌজিক সত্যব্রতগী পুক্নীং অদু খরা অমুক কনশিনখ্রে; থোৎ-নৌবা, নুংশিবগী ৱাখল পুন্নমক মাগী পুক্নীংদগী মাঙখ্রে। নুপা-নুপী য়ুম পানমিন্নবা অসি চুন্নগী অর্থ য়াওদবা অঙাং ওইরিঙৈদা শান্নবগী মওঙ ওইনা মহাক্না খনবা হৌরকই। পুন্সী অসিমক মঙোন্দা অর্থ য়াওদবগুম, মসিদা মীওইবনা তৌরিবা পুন্নমক অসিগী পান্দম করিনো খঙদবগুম, অরেব্দা কৈদৌঙৈদসু ফংলরোইদবা পোৎ অমা থিরিবগুম, কনাগুম্বা অমনা ঐখোয়বু যাদু তৌদুনা শুমদুনা পুরগা করিসু লৈতবা করিগুম্বা অহাঙবা মফম অমদা থম্বীনবা শীনবগুম মহাক্না খনবা হৌরকই। পুন্সীদা চুন্নগী হৌনবী নীতি-নিয়মগী ওইনা থবক খরা তৌদুনা লেনবা, দরকারগী ওইবা পোৎশক খরা থুংহন্নবা হোৎনবা অদু নত্তনা মাগী অপাম্বা হায়বদু পুরা মাঙখিবগুম তৌখ্রে।

অফিসতসু মহাক নুংঙাইফম ইখঙ খঙদে, নায়তোম তানা অদুম লৈ। অফিসকী মীশিং অদুগা মত চানদবদগী মখোয় কনামতগা মহাক নক্না তিন্নদে। মখোয়নসু মাবু কৈদৌঙৈদসু মশক খঙদে, মরু ওইনা লৌদে।

ময়ুমদসু মহাক চীক্না লৈবগী হৌনবা করিগুম্বা অমা ইৱাৎ ৱাৎপগী পোত্থাফম খঙদবা মতৌ অদু হেক হেক কন্না মপুক্নীংদা ফাওরকই। অসুন্না তৌরকপা মতমদা মহাক ময়ুমদগী চখোক্লগা ৱাখলদু খরা পোত্থাবা য়াওই। নোংমা নিংথমথা চঙলকপা মতমগী নুমিদাংৱাইরম অমা মহাক অসুন্না চখোক্লুরগা হল্লকপদা বাজারদা মাগী মরূপ ব্রজমোহন থেংনরুরে। ব্রজমোহন মাগী মনাক্তা চঙশিল্লক্লগা মাবু কৌদুনা হৱাউ-হৱাউ হায়রকই, "সত্যব্রত, কদায়দা চৎলিবনো?"

"অসুম চখোক্লুবনি।"

"হৌজিক য়ুমদা হল্লগদ্রা?"

"উম, হল্লসিরা খল্লিবনি।"

"হোটেলদা চা অমমমতং থক্লুখিসিদনা।"

মখোয় অনী ৱারী শাদুনা বাজারগী অনকপা হোটেল অমদা চঙমিন্নরক্লে।

ব্রজমোহন চা থক্লা থক্লা হীরম কয়াগী মরমদা ৱারী শাবা হৌরকই। মহৌশানা মহাক ৱা ঙাঙখ্রবদি হনবা নাইদে। অসুন্না ঙাওলম্বদগী খঙহৌদনা করিগুম্বা অমা নীংশিংলকপগুম তৌনা মহাক্না হংলকই, "সরযুদি কমদৌরি?"

"মহাক লুহোংখ্রে," সত্যব্রতনা মায়থোঙদা থোইনা অহোংবা লৈতনা হায়রকই।

মদু তাবদা ব্রজমোহন্না ঙক্না হংলকই, "অওইব্রা? নহাক্না মঙোন্দা করিমতা ফোঙদোকপা ঙমহৌদ্রে?"

"ঐ ফোঙদোক্কেসু খনখিদে, ঐনা নোংমা নঙোন্দা হায়খিবদুনি।"

ব্রজমোহন সত্যব্রতনা মহৌশা হায়খিবা পুক্নীংগী ওইবা ৱা কয়াদু নীংশিংলকই। মহাক নুংঙাইতনা তৃমিন্না লৈ।

হোটেলগী লাঙবা, মী অতৈনা ৱারী শাবগী মখোল, গ্লাস, কপ-প্লেটকী মখোলদু হেনগৎলকই।

মখোয় অনী চা থকপা লোইরগা থোরক্লে।

ব্রজমোহন্না লম্বীদা চৎনা চৎনা হায়রকই, "মগুণ লৈখ্রবী নূপী অমবু নহাক্না থৌশাদনা থাদোকখ্রে।"

"থৌশাদবদি নত্তে, ঐ মাগী মগুণ পুন্নমক মুন্না খঙই, অদুবু . . . ফরে। ঐ মসিগী মরমদা হায়ররোই।"

ব্রজমোহনসু মাগী মরূপুনা মদুগী মরমদা ৱারী শাবা পামদবদু উবদা ৱাফম অদুগী মরমদা মখা তানা হংলক্লে। মখোয় অনী লম্বী মতেক খরা ৱারী শাদুনা চৎমিন্নরগা কাযনরে।

ব্রজমোহন ময়ুম য়ৌরকপদা মাগী নূপী ইন্দুবালা মাঙোন্দা ফম্নদুনা মপুরোইবা লাকপা ঙাইদুনা লৈরম্মী। মপুরোইবনা গেটতগী চঙলকপা উবদা মহাক ফম্নম্বদগী হৌগৎলকই।

"কৈদৌরিবনো মাঙোন্দা?" ব্রজমোহন্না হংলকই।

"মতম ফত্তবা অসিদা নুংশাথীদুনা ঙাইরম্রিবনি, করিগীনো অসুক থেঙলিবা?"

"সিবু থেঙবা কৈব্রা? নুমিৎ তাখিবা কুইখিদ্রি।"

"অদুবু কোর্টতগী হল্লকপদি থেঙলে। কনানা খঙগনি ? হল্লকপা মতম হেন্থরকপা অসিদা কদায়দা চৎলমগদগে, কৈদৌরমগদগে খঙ-দবনিনা . . .।"

"মী খরা উন্নরক্তুনা তৌরিবনি," ব্রজমোহন্না শন্না পাউখুম পীরগা ইমুংদা চঙলক্লে, মাগী মতুংদা ইন্দুবালা চঙলক্লে।

ব্রজমোহন্না ফমুংদা ফম্নগা ফূরিৎ লৌথোক্লুনা হায়রকই, "ঙসিদি সত্যব্রতদু লম্বীদা থেংনদুনা ঙহাক চৎমিন্নদুনা ৱারী শারকই। সরযুদু কনাগুম্বা নূপা অমদা লুহোংখ্রে হায়না মহাক্না তম্মী।"

মদু তাবদা ইন্দুবালা হাইফেৎ ঙক্না হংলকই, "অওইব্রা? কনাদা মতৌ করম্না?"

"অহল-লমন্না হায়নবা কনাগুম্বা নূপা অমদা ওইরমাল্লে।"

"ওম্লোকপনি, মরূপ্তু নুংঙাইরম্নরোই," ইন্দুবালানা মপুরোইবনা লৌথোরকপা ফূরিৎ অদু ফমুংদা থূপ্না থূপ্না হায়রকই।

"অদুবু সত্যব্রতদি নুংঙাইতনা উদে, অঙকপনি। মদু থোইনদুম ওইফম থোকপা থৌদোক অমা ওইখিবগুম তৌনা মহাক্না খল্লি। মহাক্কী পুক্নীংগী ফীবম অদু করিনো খঙদে, য়ুম পানবগী, নূপী অমবু লনাইগী ওইনা নুংশিবগী ৱাখল অসি মঙোন্দগী লাপ্না লৈবগুম তৌখ্রে।"

ইন্দুবালানা ফূরিৎ থূপ্না অদু লোইরগা ঙহাক ৱাখল খল্লগা হায়রকই, "উম, ঐ খঙই মদু নীংবা কায়বদগীনি, মঙোন্দা অচৌবা অৱাৎপা অমা লৈরে। নূপী অমগী কখোকপা সেবা, থম্মোয় শেংনা নুংশিবা অদু ফংখিদবদগীনি।"

ব্রজমোহনগা মাগী নূপীগা মখোয় অনীগী মপুক্নীংদা ফাওনরকই মদুদি মখোয় অনী থম্মোয় শেংনা নুংশিননা লৈমিন্নবা অদু ফিদমগী ওইবা নুংঙাইবা য়ুম্বান অমনি; কনাগুম্বা অদুম্না থম্মোয় শেংনা নুংশিননা লৈমিন্নবা ফংদবা নত্ত্রগা নাম্মা ৱাৎলবা মীশিংদু মখোয়না লাইবক থীরবা মীওইশিংনি হায়না খল্লি। মতিক চারবা, মগুণ লৈরবা সত্যব্রতগুম্বা মীশক অমনা অদুম্না নায়তোম তানা, য়ুম্বান চাদনা লেনবা অদু মখোয় য়াম্না নুংঙাইতে।

ব্রজমোহন্না মাগী নূপীগী মত অদু য়ানীংনা হায়রকই, "অওইবমক্কি, চিত্রা লৌরুবদুনা মাগী পুন্সীগী ফীবম অসি অসুম্না ওইহনখ্রবনি।"

# ৯

চিত্রা শেল-থুম নীংথিনা থোক্তবগী অৱাবা কয়া মায়য়োক্লবা হেন্নকই। মচাদু চাউখৎলকপগা লোয়ননা পৈশাগী দরকার কয়া লাকই, অদুবু মহাক্কী খুত্তা পৈশাদি লৈতে। অঙাং অদুগী অপাম্বা, অনীংবা অমতা মহাক্কা থুংহনবা ঙমদে। হীরম কয়াদা – শেংপা চাবদা, লাইরিক তম্বদা মমান্নবগা মীমান্নবা ঙমদবগী অঙাং অদুদা মথন্তা হন্থনা খঞ্জবগী ৱাখল অমা লৈরে।

চিত্রানা মচাবু তমহল্লিবা স্কুল অসি 'দি আইদিয়ল হায় স্কুল' কৌবা ফত্তবা সরকারগী স্কুল অমনি। ক্লাস অমমমদা ছাত্র-ছাত্রী তরা-কুন্দগী হেন্না তমদে। হৌখিবা মেত্রিক পরীক্ষাদা স্কুল অদুগী ছাত্র অনীখক্তমক থার্ড ডিভিজন্দা পাস তৌই, মদুগী মমাঙগী চহীদদি ছাত্র অমা ফাওবা পাস তৌখিদে। ওজা অয়াম্বা লাইরিক তম্বীবদা পুক্নীং করিমতা চঙদে, স্কুল কাদবা অসি মখোয়গী হৈনবীনি, কারবসু ক্লাস নীংথিনা লৌদে, পৈশা থানদুনা ছত্তুং নত্তগা লুডো শান্নবা অসি মখোয়গী মরু ওইবা থবক্নি। নোং তারবদি ছুটি থাবগা চপ মান্নে, ওজা কনামতা ক্লাসতা চঙদ্রে, ময়ুমদা চৎনীংবা ছাত্রশিংনা অদুম চৎখিবদা কনাসু থিগৎপা তৌদে।

স্কুল অদুদা হেডমাষ্টর ওইরিবা মীশক অদু বিধু কৌই, মশা পাবা, মকোই খাকপা, য়ু য়ান্না থকপা মীওই অমনি। মহাক অয়াম্বা মতমদা য়ুনম নমদুনা স্কুল কারকই। মহাক অহানবদদি য়ু থক্লমদে, চহী কয়া চীংদা ওজা ওইদুনা লৈরুবদগী য়ু থকপগী হৈনবী অসি কন্না লৈরকপনি। য়ুদা নত্তনা মহাক মরক মরক্তা গঞ্জাসু থকই, স্কুলদা মমীৎ ইঙাঙ ঙাঙনা উইরুম উইরুম তৌনা লাকপসু য়াওই। ওজা অমদি ছাত্রশিংনা মহাকপু করিমতা উশিত্তে, মখোয় খুদিংমক স্কুল অদুদা মনীং তৌই। মহাক চুম্না নেশা চাবতা নত্তনা শেল-থুমগী মরমদসু মোৎলি, স্কুলগী শেল কয়া মরনাই থবক্তা শীজিন্নথোক্লুনা দশা তাবা কয়া য়াওখ্রে। হৌখিবা চহীদা স্কুলগী

মেগাজিন নম্বগী শেল অদু মহাক্কা লৌথোক্লমদুনা ছাত্রশিংনা মহাকপু লৌথোক্লবা অকনবা ষ্ট্রাইক তৌখি, মাবু স্কুলদা চঙহনখিদে। মদুগী শেনফমদু মেনখৎনবা হোৎনবদা মহাক ইমুংগী পোৎ-চৈ কয়া য়োনখি, নূপীগী সনা-লূপা কয়া কায়খি।

চিত্রাগী মচানূপা রোশন চহী তরাহুমদোই শুরে। মহাক স্কুল অসিদা তম্মিন্নবা থংনবা লৈকাইদা লৈবা ফত্তবা মমান্নবা অনীখক্কা তিন্নদুনা ছুটি লৈথোকপা, তুমিন্না সিনেমা য়েংবা, চুরুট থকপা অসিনচিংবা কয়া তৌবা হৌরক্লে। মখোয় অনীদু অমনা মোবী অদুগা অমনা ইবোহল কৌই। মোবী হায়রিবা অঙাং অসি কুচু মুই, ব্লাংই, মশা-মউ ফৈ, মমীৎ শেপতক তৌই। ক্লাসতা তম্রিবা মমান্নবশিং অদু মানা লোইনা ঙম্মী, ওজানা লাক্লবা ঙমদবা য়াম্না শাথিবা অঙাংনি। মহাক মমা-মপা লৈত্রে, মখুরানা য়োকই, হীরম খুদিংমক্তা য়াম্না নীংতম্মী। ইবোহল হায়রিবা অঙাং অসিনা ওক্তবী অমগী মচানি। মহাক্কী মমাদু নূপা অমগী অতোম্বী ওইরুরগা মপামদা হল্লক্তুনা লৈ, মপা শাবা কয়া ময়ুমদা লাকই। মহাক মশা পায়, মী কয়া ব্লাংদে, মশম খরা খোই। ক্লাস মান্নরবসু মখোয়দগী রোশন্না চহী খরা নৌই। মখোয় অহুম খোম্রাউ অচোনবী ঙাক্তা শেৎলি, পাখং শাই, য়াম্না কেবা নানবা তান্নৈ।

নোংমা চৈরাউবা নুমিৎনি। রোশন মমান্নবা অনী অসিগা লোয়ননা নুংথিল চৈরাউচীং কাবা চৎলি। মখোয় থোইনা লাই খুরুম্বগী ব্লাখলদা চৎপা নত্তে, ঈরাং অমা ওইনা চৎপনি। নোং লৈতবা অশংবা অতিয়াদা নুমিৎনা লংনা থোক্তুনা নুংশা য়াক্কা শাই। মখল মখাগী ফজবা ফিজোল শেত্তুনা মীয়াম্না লম্বীদা ক্রক ক্রক ঈন্ননা চৎলি। চীং কাবা লাক্লিবী কেরবী, মচু মচুগী ফিজোন্না মীৎ থক্কৎনা ফজনা উরবী নূপীমচাশিং অদু উবদা মখোয় নুংঙাইবগী ময়াই অমদা তাউদুনা চৎলি। চীংথক অদুদা পরেং পরেং চৎলিবা মীয়ামগী মরক্তা মখোয়না মশক খঙদবী, মশক ফজরবী নূপীমচা কয়া ইন্নদুনা, লাঙদুনা চৎলি। মীয়ামগী অরাঙবা ইনিল, চীংথক্কী উনাশিংদা মখোল থোক্কা হুম্রিবা অকনবা নুংশিৎ, লম্বীদা লৈবা লাইফমশিংদা ওম্রিবা লাইবক্তা সিন্দুর নম্রবা মীওইশিং পুন্নমক অদুগী মরক্তা মখোয় অদুক্কী মতিক নুংঙাইবগী ময়াই অমদা তাউনা উই মদুদি মখোয় মশাবু ফরিমতা লাকশিনবা ঙমদে, মীকুপ অদুদা পুন্সীগী নুংঙাইবা পূম্বা মপুং ফানা ফংলবগুম চোং-ফন্দুনা লাঙদুনা চৎলি।

মখোয় চীং অদু অনীরক মতোন ফাওবা কায়; মদু মশক ফজবী নূপীমচা কয়াবু য়াম্না উনবগীদমক্তনি। নূপীমচা কনানসু মখোয়বু থৌশাবীবা লৈতে, মখোয়না

লক্কবদা পাউখুম অমতা ফজনা পীরকপা য়াওদে; অদুবু মখোয় অদুগ্না চোংদুনা লাঙদুনা চৎপা অদুদা পঙনুংদা নুংঙাইনা উই।

মখোয়না অনীরকশুবা ওইনা চীং কাবগী কুমথরকপা অদুদদি মী অদুক হাক্লা কুংদ্রে। নোংচুপ থংবা অতিয়াদা নুমিৎ ফনা য়াম্না হাইথখ্রে। লৌবুক অমদি চীংখোঙদা উরুম লাংশিনখ্রে, অদুবু চীংথক্তদি নুংশাগী মঙাল ফজনা লৈরি। মখোয় ঙসায়মখৈ লাঙবা, ঙাওশিন্নবদগী চোকথরে, কুমথরকপগী লম্বীদা চীংয়ায়দা লৈবা মী কয়া উদবা, উ হৌবা মোংশোং অমদা মখোয় পোত্থাবা ওইনা চঙলক্লে।

মখোয় অহুম উ অমগী মখোঙদা নাপী মথক্তা ফমথরকই। মোবীনা ফুরিৎখাউদগী লীক্লি মচা অমা পুথোরকই, অদুগা চানবা চানা অঙৌবা খরসু পুথোরকই। মহাক্লা পুরক্লিবা অদু য়ুনি; মদু মখুরানা থকপগী থম্বা অচৌবা লীক্লি অমদগী খবা খাইসোক্লুনা পুরকপনি। তশেংনা ঙাওনবগী থকপা নত্তবসু য়ুগী মহাউ অদু তংনীংদুনা মদু থৌওইনা পুরকপনি। চীংথক্কী মোংশোং মচা অদুগী মরক্তা মদু থকপদা মরী-মতা কনানসু উররোই হায়বগী ৱাখলদা মহাক্লা মদু থক্কবা কোম্না থৌরাঙ তৌবা হৌরকই।

রোশনদি মমান্নবা অদুনা অদুম্না য়ু পুথোরক্কনি হায়বসি থাজদে, মখোয় অনীনা য়ু অদু থক্কপা থৌরাঙ তৌরকপা অদুদা মহাক্তি ইঙক ঙক্লা থোকই। মমান্নবা অনী অদুনা নৌনা তম্না থবক অদুগী হৱাউবগুম নুংঙাইবগুম নাপী মথক্তা জ্ঞান তানা খোম্লাই চন্দুনা ফম্নগা লীক্লি অদুগী মচীন অদু অমুক অমুক চুপ্লদুনা য়ু অদু থকপা হৌরকই, অদুগা চেদা য়োম্লিবা চানা অঙৌবা অদু চাবা হৌরকই। মখোয়না রোশনবুসু য়ুগী মহাউদু তংনবা হায়রকই।

রোশন অহানবদা খরা খঞ্জানৈ, য়ু থকপা হায়বসি অফবা থবক নত্তে হায়না মপূৱীংদা হাইফেৎ ফাওই; অদুবু মমান্নবা অনী অদুনা থক্লিবা অদু হাউরমগদবগুম নীংদুনা মখোয়না তৌরিবা অদু মহাকসু চাং য়েংনীংবা পোক্লকই। মহাক্লা থক্লোই হায়রবদি মমান্নবশিং অদুনা মাবু পাঙদে হায়না করেম্নরকপসু য়াই। মরম অদুনা মহাক ৱাখল থোইনা কুপ্না খম্নবা তৌদনা লীক্লিগী মচীন অদু চুপ্তুনা য়ুদু অমুক্তং চিংলকই। মদু খাবনা ঙকই, য়োৎশিনবদা মাগী থবাক অদু চিংখায়গদবগুম তৌরকই। অসুম্না থক্কবা মতুংদা মহাকসু চানা অঙৌবা অদু খরা লৌরগা চায়, মমান্নবা অনী অদুগী মমাঙদা চাং তাদ্রে হায়বা ৱাখলদা মহাক তৃমিন্না মপূৱীংদা নুংঙাইবগী নাপল অমা কারকই।

মখোয়না য়ুদু থকপা লোইরগা অহাঙবা লীক্লি অদু চীংমায়গী অশোঙবা উ মরক্তা লংথখ্রে। অদুদগী মখোয় চীংখা য়ৌনা কূমথরক্লে। মতম অদু থেঙলক্লে, চীং কাবা মীশিংদু অয়াম্বা ময়ূম ময়ূমদা হন্নখিদুনা মী ফনা য়াম্না পারক্লে।

মখোয়না চীংখোঙদগী খরা চৎলগা মমথখ্রে, অদুবু অতিয়াদা থাবলদি ফজনা থোক্লি। লম্বীগী নাকন্দা লৈবা পোৎয়োনফমশিং অদুদি মৈ ঙান্না থান্দুনা হৌজিক ফাওবা পরেং পরেং লৈরি, লম্বীদা মীশিংনা ৱারী-ৱাতাই শাদুনা, নোক্তুনা চৎলি। মখোয় অহমসু মীয়ামদুগী মরক্তা হরাউনা লাঙদুনা চৎলি। শক্তিবুগী অরূবা অতিয়াদা থোকপা থাবলগী অরংবা মঙালদুদা মখোয় হায়ফম খঙদ্রবা ৱাখলগী ঈথক অমগা লোয়ননা হরাউ নুংঙাইনা ময়ূম পাংনা হল্লকই।

রোশন্না ময়ূম য়ৌরকপদু ফনা য়াম্না থেঙলে।

চিত্রা মচানা চীং কাবা চৎখ্রগা নুমিৎ তাখ্রবা মতুং ফনা থেঙবা ফাওবা হল্লক্তবা অদুদা নুংশাথীদুনা মাঙ্গোন্দা ফমদুনা মচাবু ঙাইদুনা লৈ। রোশন্না হল্লকপা উবদা মহাক পূক্নীং খরা ঈংথবকই, মচানুপানা মনাক য়ৌরক্লগা মানা মঙোন্দা থেঙনা লাকপগী মরম হংবা হৌরকই।

রোশন মাঙ্গোন্দা মমানা ৱা হংবা অদুদা মমাদা মমায় ওনশিন্দনবা হোৎনৈ। মহাক্না অসিতমক খুন্নকই, "ইমান্নবশিংনা য়াদদুনা চীং অনীরক কারকই, অদুনা থেঙখ্রিবনি।"

রোশন ফনা চেকশিন্না লৈথোক্তুনা ঙাঙলবসু মাগী স্বরগী মনম খরা মমানা ফংখ্রে। চিত্রা য়ুগী মনম অদু নম্নকপদা খঙহৌদনা কোকচাউবী কাখ্রে, শাউনীংবনা মশা অদু থক থক নীকখ্রে, থবাক্কী মিহুল অদু কন্না খঙহৌদনা চোংলকই। নৌরবা মচাগী মচীন্দা নম্রিবা য়ুগী মনম অদুনা মাগী থৱায় ফাওবা লৌথিবগা চপ মান্নখ্রে।

"নহাক য়ু থক্লকপ্রা?" মহাক্না খঙহৌদনা শাউনা মচাগী মরেংবান পায়দুনা নোম্রগা হংলকই।

রোশন্না মদুগী পাউখুম পীবা ফাওবা নংহৌদে; চিত্রানা মাবু মমায়-মমীত্তা, মনঙ্গন্দা ফূবা হৌরকই। ফূনা ফূনা মানা মচাগী মপাম্বোম পায়দুনা ইমুংদা চিংশিনখ্রে। ইমুংদসু মহাক্না মচাবু ফূনা ফূনা চৈরকই, "মহাপাপী, নহাক মাঙলেদনা! হায়য়ু, কনাগা করম তৌনা থক্লুই? হায়য়ু নচীন্দু খুম্মু।"

রোশন ইতু তুথনা মমায় লূক্না মমাগী অকনবা চৈফূ অদু অদুম খাঙদুনা লৈ, ৱা মচেৎ অমতা খুন্নক্তে।

চিত্রা মচাবু পেন্না মখূৎ নাবমখৈ ফূরগা ফমুংদা পাকথদুনা থরায় শোক্না কপ্পা হৌরক্লে। মাগী কপ্পা খোঞ্জেলগী মখোন্না কা অদু ইনিন নিনখ্রে। মহাক্না কপ্পা কপ্পা মচীন্দা মরক মরক্তা শোল্লকই, "ইস, মাগুলেদকো!"

রোশনদি ঙহাক তৃমিন্না লূকথদুনা কা অদুদা লেপ্পুনা লৈরম্লগা থংনবা কাদা চঙখ্রে।

নুমিত্তু চিত্রা থরায় নুংঙাইতদুনা চাক চাদ্রে। রোশনসু চাক চাদনা ফমুংদা চঙখ্রে।

চিত্রানা ইকাইজদুনা থৌদোক অদু মমাদা নত্তগা ইমুংগী কনাগুম্বা অতোপ্পা মী অমতদা খঙহন্দ্রে।

মহাক ৱাখল নুংঙাইতবনা নুমিত্তু অহিং য়াম্না থেঙবা ফাওবা তৃমদে। মহাক হায়ফম খঙদনা পূক্নীং হঙ্বা পোক্লকই, ঙসিদি পুন্সীগী অৱাৎ-অপা কয়া নীংশিংলূরগা মমীত্তগী পি নৌহৌনা শিঙ্গুরকই; মচাবু অফবা স্কুলদা তমহনবা ঙমদবগী নুংঙাইতবা, অৱাৎ-অপা কয়া লৈবগী পেন্দবা অদু থম্মোয়দা কন্না ফাওরকই। মচাগী নীংবা থুংদবা কয়া লৈবা, ৱারক-ৱাতেম্বা ৱাৎপদগী মথোঙ চাদবা থবক কয়া তৌরকপা – পূম্নমক অদু মহাক য়াম্না কন্না নীংশিংবা হৌরকই। মাগী পুন্সীগী থোক্লবা য়াবা অকিবা দৃশ্য কয়াবু মাগী ভাবনা শংশংনা উবা হৌরকই। ৱাখল খল্লু খল্লুবগা মহাক মথবাক অদু অসুম অসুম ফুনগৎলকই।

মানা ফূ-চৈখিবা মচানুপা অদুদি ফমুংদা করিসু নাচুংবা তৌদনা শূ-শা লাউনা তৃম্লি। মদুনা মাবু হেন্না হায়ফম খঙদবা অৱাবা ৱাখল অমা পোকহল্লকই। চীক্লবা অহিং অদুদা মাগী মকোক্তা পুঙমদ্রবা ৱাখল কয়ানা ঈরোং ফাংনা চেনশিল্লকই, হৌখিবা পুন্সীগী থৌদোক কয়াবু নীংশিংলকই। মহাক মশাগী দোষকী মরমদসু খনবা হৌরকই। মতম অমদা মহাক্না লুখ্রা ওইরবা মতুংদা মচাদু হুন্দোক্লম্লগা সত্যব্রতদা ময়ূম পাল্লুবা, মদুদা মচাগী নুংঙাইখিদবা ফীবম, মহাক্না খজিক্তুং জ্ঞান তারক্লবা মতমদা মাবু খল্লমগদবা ৱাখল – পূম্নমক অদুগী মরমদা ঙসিদি মীৎকী পিগা ঈরোইননা খনবা হৌরকই। মচা অদুগী মরমগীদমক মহাকপু সত্যব্রতনা কয়া থীনা তৌরকখিবা, অদুগা ঙসিনা মচা অদুমক্না মহাকপু কয়াদা নুংঙাইতনবা শীল্লবা! মীগী অফবা হায়বা অসিদা মহাক হেন্না হেন্না থাজদবা পোক্লকই, মমা-মচা, মচীন-মনাউ, নূপা-নূপীগী মরীদা করিগুম্বা মশাগী ওইজবা নত্তনা অমনা অমগীদমক কখোকপা মওঙদা নুংশি হায়বসি মহাক থাজবা ঙম্লক্লে। মী খূদিংমক অমগা অমগা য়াম্না

লাপ্লবগুম মহাক্লা খল্লকই, সংসার অসিদা মহাক মথন্তা হিংলিবগুম, পুন্সী খোঙচৎ অসিদা মথন্তা চৎলিবগুম মপুক্লীংদা কন্না ফাওবা হৌরকই। ঙসিগী অসিগুম্না থম্মোয় নৌথোকপা, পুক্লীং নুংশিবা ব্লাখল খনবা অসি মাগী পুন্সীদা অমুক্তা য়াওখিদ্রি।

অসুন্না ব্লাখল কয়া থোক্লা খল্লম্রগা মানা তৃমথখিবা অদু নোংয়ায় মতুং ওইরম্রগনি।

# ১০

মতম খরা হৌখ্রে।

চিত্রাগী মচানূপা রোশন চহী তরামঙা চঙলক্লে। মহাক মাগী ফত্তবা স্কুলগী মমান্নবশিং অদুগা তিন্নরগা ছুটি লৈথোকপা, চুরুট থকপা, ব্লাপল মরক্তা জুব্লার শান্নবা অসিনচিংবা কয়া অদুম তৌদুনা লৈ। হৌজিক মমানা মাবু ব্লারকপা য়াদবগী মওঙ অমা লাক্লে, মানা মমাবু কিদবা হৌরক্লে। চিত্রানা মাবু মহৌশাগুন্না ফূ-চৈবা ঙমদ্রে; মহাক্না মমাগা ওনশিন্দুনা খৎনবা, করিগুম্বদা মমাবু ফূগদবগী ধমকা তৌবা অসি ফাওবা তৌবা হৌরক্লে। মহাক নুমিৎ চুপ্পা কোয়-লংদুনা লৈ, লাইরিক-লাইসু শূকপা পাদে। হৌখিবা চহীগী পরীক্ষাসু ফেল ওইদুনা মহাক ক্লাস আইততা হঞ্জিন্দুনা তম্রি।

মহাক্না মমাদা শেৎন-চানবা অতাঙবা ফিরোল, পোৎ-চৈ ঙাক্তা লৈনবা কন্না তকই – জিনগী খোঙ্গ্রাউ, নোর্থ ষ্টার খোঙউপ, লেডর জেকেট অসিনচিংবা। মমানা মখোয়দু লৈবা ঙমদে। মদুগীদমক মানা ইমুংগী পোৎ-চৈ, উপূগী মিংশেলনচিংবা কয়া থুগায়, ময়ূমদগী চৎখ্রগা হল্লক্তবা কয়া য়াওই। মহাক্না মশামক মপূং ফারবা মী অমগুম খঞ্জদুনা অতোপ্পা কনামতনা মাবু ব্লারক-ব্লাতেম্বা, ঙাঙবা পামদে, মশামক হীরম খূদিংমক মুন্না খঙলবা, শিংলবা মী অমনি হায়না খল্লে।

নোংমদি মাগী মমান্নবা মোবীনা স্কুল কারকপদা জিনগী খোঙ্গ্রাউ অহনবা অমা শেৎলগা নোর্থ ষ্টার খোঙউপ অহনবা অমা তোংলগা কারকই। মদু উবদা মাগা ইবোহলগনা কল্লকপগুম তৌনা খোঙ্গ্রাউ অমদি খোঙউপ অদুগী মমল হংলকই, অদুগা মখোয়দু পায়দুনা য়েংলকই।

মোবীনা মোমোন নোক্নুনা পোৎশিং অদু লৈবা ঙস্বগী নাপল অমগা লোয়ননা মখোয়দুগী মমল হায়রকই। মখোয়দু শেৎ-চাবদা মহাক্না মশাবু অনৌবা চীংলেম্বা শক্তম অমা উহনবা ঙম্রে হায়বগী মওঙদা য়াম্না পেম্ম্রোকচনা উই, মমান্নবা অনী

অদুনা মখোয়দু ফংদবগী পান্না হংবা অদুদা মহাক নুংঙাইনা উই। মহাক্না মখোয়দু মতৌ করন্না কনানা লৈবীরিবনো, কদায়দগী পৈশানা লৈরিবনো হায়বনচিংবদি করিমতা হায়দে।

মখোয়না ন্নারী শারিবদু স্কুলগী অন্নাং থংবা নাকল্দা মরুম খরা ওইনা তৌবা মফমনি। মফম অদু উ খরা হৌই, ন্নাপল অমগসু তাইনে। মোবীনা হায়রকই, "স্কুলদা লাইরিক তমগদবগী শরুকপুদি কোয়রুসি, কান্নদবা মথোঙ হুক্রুবা ওজা ঙাক্তা, মখোয়না তম্বীদুনা ঐখোয় কৈদৌঙেদসু লাইরিক হৈরোই।"

ইবোহলগা রোশনগা খরা খঞ্জাননা লৈ, অদুন্না কোয়থোকপা অদু পৈশা য়াওদ্রবদি অর্থ লৈতে; মদু মখোয়না হান্না ইখঙ খঙনবা ঙাক্তনি।

মোবীনা মখোয় অনীগী পুক্নীংদু খঙবগুম তৌনা চীংলেন্না ফুরিৎখাউদগী চামচৎপী নোট মরিখক উৎলগা হায়রকই, "পৈশাগী ন্নাদি করিসু নুংশাথীরুনু, উরেদনা? ঐঙোন্দা য়াওরি।"

মরূপ অনী অদু মাগী ন্না অদুদা হরাউনা য়ারকই, মরমদি মখোয়গী মরূপ মোবীগী মখুত্তা পায়রিবা পৈশা অদুনা মানা তৌরকপা য়াবা অদু মখোয় ফজনা খঙই।

নুমিত্তু ফার্ষ্ট অমদি সেকেণ্ড পিরিয়ড অনীমক ওজা চঙলক্তে। মখোয় গেট ন্নাংমগী সড়ক্তা তাইননা লৈবা লম্পাক মচী অমদা ফমদুনা ন্নারী শাদুনা লৈরে।

অসুন্না ন্নারী শাদুনা ফন্নিঙৈদা লম্বীদা থেঙনা স্কুল কারকপা ওজা অমা উরদুনা ইবোহলনা হায়রকই, "লাক্লেতু হৌজিক্তা, ফার্ষ্ট পিরিয়ডতা চঙগদবা ওজা ঙাশেপ অসি।"

ওজা অদুগী মমিং অশেংবদি তোঞ্জাউ কৌই। মহাক মশা পারগা মকোক্তি চাউরপ তৌই, অদুগা মনা অনী অদুসু খরা ফল্লি। মরম অদুনা মহাকপু ছাত্রশিংনা 'ওজা ঙাশেপ' হায়রগা খঙনৈ।

ইবোহলনা মখা তারকই, "মহাক্না থেঙনা লাক্লিবসিগী মরম খঙব্রা? ঙরাং অহিং চুপ্পা তুমদনা মহাক ইনে ইবেচাউবীখোয়দা জুন্নার শান্নদুনা লৈ, অদুননি।" (ইবেচাউবী হায়বী অসি মাগী লৈকাইদা লৈবা ওক্তবী নুপী অমনি।)

মোবীনা মাবু উবদা শাউনা হায়রকই, "ঐদি মাগী ক্লাস খুদিংমক শূকয়াও য়াওররোই, খঙলেদনা নখোয় ঐগা মাগা নহান তৌনখিবদু।"

ওজা অদুনা নহান নোংমা মোবীবু পারা ফাদবগী লেপহল্লি অদুগা ৱাশা অমনা থীনা ফূই। মোবীনা মঙোন্দা ফূরিবা চৈ অদু ওজাদুদগী মুল্লগা মতেক মতেক থুদেক্লগা থোঙনাউদা হুন্দোকখি। অদুদগী ওজা অদুনা শাউনা মমায় ঙাঙনা লাউখোংদুনা মাগী ফূরিৎকী কোলর অদু পায়দুনা মাবু মখূৎনা অমুক ফূবা হৌরকখি। মাগী পীক্লবা মখূৎ অদুনা থাজিল্লকপদু মোবীনা ইরায় লায়না ঙাকথোকপা ঙমখি। ক্লাস মনুং অদুদদি মানা মখূৎ হন্দুনা ওজা অদুগা খৎনরুবদি তৌখিদ্রে; অদুবু নুমিৎ অদুদা মাগী ক্লাসকী ছাত্র-ছাত্রীশিংগী মমাঙদা মহাকপু ওজা অদুনা তাথী-তাওইনা ফূখিবগী ইকাইবা অদু মহাক কাউবা ঙমদে, অমুক্তং ওজা অদুদা লমন খুন্নীংবগী ৱাখল অমদি মশাদা কন্না লৈ।

মোবীনা খরা লাপ্লপ্লা লম্বীদা লাক্লিবা ওজা অদুদা মমীৎ খানা য়েংলগা অমুক হায়রকই, "মহাক ক্লাস মনুং ওইরম্বগী তৌবনি নত্ত্ববদি খঙলমগদবনি। হুম, মাগী বয়স অসিনা ...। ঐ মাবু অমুক্তং ফূনীংলিবনি। ঐ ঙসিদি মঙোন্দা ৱা খরা হংগেদো।"

মোবী ৱাশিং অদু হায়রম্লগা খঙহৌদনা ফুক হৌগৎখ্রে, অদুগা ওজা অদুনা লাক্লিবা মায়কৈ অদু তম্না চঙশিনখ্রে। রোশনগা ইবোহলগনা মাবু খাম্বা নংহৌদে।

মোবীনা লম্বীদা ওজা অদুনা লাকপা অদু খাম্লগা হায়রকই, "ওজা, নহান ওজানা ঐঙোন্দা লনাই ওইনা নুংঙাইতবা মান্না ক্লাসতা ফূ-চৈবা, ইকাইবা পীবা অদু ঐ খজিক্তং নুংঙাইজদে, মদুগী মরমদা ঐ ওজাগা ৱারী খরা শাজবা পাম্মী।"

মাগী ৱাদু তাবদা ওজাদু খঙহৌদনা অশাউবা মায়থোঙগা লোয়ননা হায়রকই, "করি, করি ৱারী শাবা পাম্লিবা? হায়য়ু, করি হায়নীংই?"

"ওজানা নহান ঐঙোন্দা তৌবা অদুন্না মতুং মনাউ অমুক তৌবীনু অসিনি।"

মাগী ৱাহৈ অদুদা ওজা অদু অমুক হেন্না শাউগৎলকই। মহাক্না শংগত্তুনা লাউরকই, "নঙনা তৌরিবসি উশিত্ত্রিব্রা? চখোকও, ঐ নঙগুম্বা মীগা ৱারী শাবা পামদে। লমহেল্লবদি মতুংদসু অদুম তৌবা তাবনি।"

"ওজাদি কয়াম ফবা মীনো? ঙরাং অহিং চুপ্পা জুৱার শান্নরগা থেঙনা স্কুল কারক্লিবসি চুন্ত্রা? মদু হান্না খুম্বীখো।"

অচুম্বা হায়রক্লবা অদুদা ওজা তোপ্পাউ অদু ফাথবা ঙমদনা হেন্না শাউগৎলক্লে, অহিং তুন্নক্তবগী ঙাঙলবা মমীৎ অদু হেন্না ঙাঙলক্লে। মহাক্না লাউরকই, "নহাক্না ঐবু ৱারক্লিব্রা? হায়য়ু, কনানা হায় ঐনা অহিং চুপ্পা জুৱার শান্নে হায়না?"

"মদু হায়রুবগী দরকার লৈতে, ওজা, ওজাগী ইশাগী শাজত্তু অমুক্তা হান্না চুমথোকপিখো; অদুগা ঐখোয়বু ব্বারকপিয়ু।"

মোবীনা ওজা অদুগী মমাঙদা লেপ্তুনা লম্বীদু থৎপগুম তৌনা লৈবা অদুদা ওজা অদুনা মাবু ইঙ্গোক্রদুনা হায়রকই, "চখোকও। চৎকে, নঙগা মায়য়োক্নবা পামদে।"

মোবী মাগী মমাঙদগী চখোক্তুনা লৈ।

"নহাক করি পাম্মী হায়য়ু," ওজাদুনা হায়রকই।

মোবীনা মমীত্তু লুরাক্লনা ওজা অদুদা উশিত্তুনা য়েংলগা হায়রকই, "ওজাবু করিগুম্বা খরা তম্বীবা পাম্মী।"

খঙহৌদনা মখোয় অনী মফি-মরোল, মশা পায়দুনা ইন্নবা, লাউনবা হৌরকই।

তাঞ্জা অদুদা গেট ময়াদা অঙাং খরা থোরকই। মখোয়না লম্বীদা মোবীগা ওজা অদুগা ফুনগদবগী ফীবম তৌনবা অদু উবদা ষ্টাফ রুমদা লৈবা ওজা অতৈদা চঙদুনা তম্নুরে। ষ্টাফ রুমদা লৈরম্বা ওজা খরা থোরক্তুনা মফম অদুদা চঙশিল্লক্লে (হেডমাষ্টরদি মতম অদুদা কারক্ত্রি)। ওজা চঙদবা ক্লাসতগী ছাত্র-ছাত্রী কয়াসু খৎনবগী ঈরাং অদু তারদুনা য়েংগদবগী গেটলোমদা থোরক্লে।

মোবী ওজাদুগা অসুম ইন্নদুনা শংগৎনরকপদগী অনকপদা লৈবা পোৎফম অমদা চেনশিন্দুনা হৈজ্রাঙ অমা পুদুনা চেঙ্গোরক্লে। মহাক স্বর থবেৎ থবেৎ হোন্দুনা অদুক্কী মতিক ফিংনা, শাউনা উই মদুদি মশা অদু করিমতা লাকশিনবা ঙমদে, শাউনা ব্বা অমা-অনী ঙাঙলকপদা মখোলদু থক থক নীকই। খৎনবদু য়েংলিবা ছাত্র-ছাত্রীশিং, ওজাশিং অদুগী মমাঙদা মাগী মতিক মথৌনা পুম্বা ফুদোরকই।

ওজা অনী-অহুন্না মাবু থত্তুনা মখ্বাঙদা কোন্দুনা ফারগা মথুত্তা পায়রিবা থাঙ অদু মুল্লে। মখোয়না মাবু কোন্দুনা ফারবসু মোবী শাউনা লাউ-খোংদুনা মখোয়দগী নাম্লোক্নবা হোৎনৈ, অদুগা খৎনরিবা ওজা অদুদা মমীৎ খানা য়েংলগা মচীন থীদুনা চৈরকই। অসুন্না ওজাশিং অদুনা ফনা কুইনা মখোয়গী খৎনবা অদু খামদুনা হোৎনরে। ঙহাক লৈরগদি খরা ঈংথনখ্রে, খুৎমক্তি থোক্নখিদ্রে। লম্বীগী অচৎ-অওক মী কয়া, ছাত্র-ছাত্রী কয়া কুম্মৈগুম থৌদোক্তু য়েংনখ্রে। ছাত্র-ছাত্রীশিং অদু ওজাশিংনা চৈদুনা স্কুলগী কম্পাউণ্ড মনুংদা তানশিনবা হৌরকই।

মোবী মমান্নবা অনী অদুগা লোয়ননা লম্বীগী অতোপ্পা নাকল অমদা থোকখ্রে। মহাক্না চৎনা চৎনা হায়রকই, "মহাক ওজা অতৈনা খম্নমদ্রবদি খঙগদবনি।"

নুমিৎ অদুদি মখোয় খৎন-চৈনবগী ঈরাং তৌদুনা ময়ূম ময়ূমদা অদুম হুন্নখ্রে; মখোয়না হান্না খন্নরম্বা কোয়বগী রাফম অদু তোকখ্রে।

মথংগী নুমিত্তা মখোয় স্কুলদা চঙদে, স্কুলগা নক্লবা দুকান অমগী মমাঙদা উন্নদুনা ঙরাং খন্নখিবা কোয়বা, চাব-থকপা, সিনেমা য়েংবগী থৌরাঙ অদুগী মরমদা অমুক খন্নবা হৌরকই। মোবী ঙরাংগী লূপা চামরিদু অদুম পুরকই।

নুমিত্তু মখোয় সিনেমা য়েংলগা হোটেলদা চাব-থকপা কয়া তৌরে। মদুগী মতুংদা মখোয় অহুম মোবীগী ময়ূমদা লাকমিন্নরে। মোবীগা লৈমিন্নবা মখুরাগা মন্দোমচাগা অদু নুংথিল ময়ূমদা হেক হেক লৈতে, মখুরানা উ শূবা চৎলি, মন্দোমচানা পান দুকান ফম্বা চৎলি। মখোয়গী মচা অনী (নূপী অমগা নূপা অমগা) অদুসু স্কুলদা চৎলি।

মোবীনা ময়ূম য়ৌরগা য়ুমগী অরাংলোমদা তপথদুনা লৈবা মাগী অপীকপা কা অমদা মমান্নবা অনী অদুগা চঙমিন্নরে, অদুগা থোঙ অদু থিংজিন্লে। মদুদা ফমুং অমতংগা টেবল অমতংগা লৈ। মখোয় অহুম মদুদা ফিলম ফিয়ার, পিকচর পোষ্টনচিংবা য়েংদুনা ফমুংদা অমুক হীপ, ফক্তা অমুক ফম তৌদুনা লৈরে। অদুদগী মখোয় শিরিঞ্জ পুথোক্তুনা হিরোইন কাপ্পা হৌরকই।

মদু লোইরগা মখোয় অহুম মমীৎ-মনা ইতু তুথনা মঙলান অমদা তাউদুনা নুংঙাইরবা রারী কয়াদা পূক্নীং লূপ্পা হৌরকই। মখোয়গী মতৌ অদুনা উৎলি সংসার অসিদা মখোয়দগী হেন্না নুংঙাইবা মী লৈতে, সংসার অসিমক স্বর্গ মখল অমনি।

মখোয়না খল্লি মখোয়গী রাখল অসি মপুং ফাজরবনি; মীঙোন্দগী পীরকপা পাউতাক খূদিংমক মখোয়দা করিমতা দরকার ওইদে, পুন্সীদা নিয়ম হায়বসি অচৌবা য়োৎহিলং অমনি।

মখোয়না স্কুলগী মরমদা রারী শারকপদা মোবীনা হায়রকই, "ওজা খূদিংমক্না ঐখোয়বু রারকপা, পাউতাক পীবা; অদুগা মখোয়না নীংতম্বা, নুংঙাইথোকপা, জুরার শান্নবা, নেশা চাবা – উম,ফনা নুংঙাইবা রানি। মখোয়গী মরা অমতা লৌরোই। মখোয়দুম হান্না ফজনা পারা তম্বীফম থোকই।"

রোশন্না থোকখিবা থৌদোক অদুগী মরমদা খরা নুশাথীনা হায়রকই, "ঙরাং খৎনখিবা অদুগীদমক নহাকপু স্কুলদগী তাম্লেক্লবদি কমদৌনি?"

মোবীনা চীংলেম্না মোমোন নোক্নদুনা হায়রকই, "মদু মখোয়গী মতিক্না? হেডমাষ্টর গঞ্জাথকপা অদুনা করিসু তৌবা ঙম্লোই।"

মখোয় ঙহাক অমুক তূমিন্না লৈনখ্রে।

অদুদগী মখোয়না মখোয়গী ইমুং-মনুংগী মরমদা ৱারী অমুক শানরকই। মোবীনা মাবু য়োকপা মখুন্না অদুনা য়ু থকপা, নূপী কোয়বা, জুৱার শান্নবা, অরেম্বদা পৈশা কয়া হুন্দোকপগী, মাগী মন্দোমচাগা মখুরাদুগা তোয়না খৎনবগী মরমদা ঙাঙবা হৌরকই; অদুদগী মাগী অৱাৎ-অপা কয়াগী মরমদা মখোয়না খঙজিন্নদবা, থৌশাবীদবগী মরমদসু থম্মোয় শোক্না ৱারী শাবা হৌরকই।

মানা ঙাঙবা অদুদা মরক থৎলদুনা রোশন্না হংলকই, "নহাক্না পুরকপা ঙসায়গী পৈশা অদু মখোয়না পীবা নত্ত্রা?"

মোবীনা শকফম হঞ্জিন্না হায়রকই, "কদায়দগী মদুবু মখোয়না ঐঙোন্দা হেক্তা পীবিরবদি লোইরেদনা।"

"অদুদি কদায়দগীনো?"

"ঐনা তাঙ্খবনি।"

"কদায়, নঙনা করি থবক শূদুনা? অদুন্না শেল ফংগদবা থবক লৈরবদি ঐখোয়সু শূবা য়াওনীংই," রোশন্না লাঙতক্লনা হায়রকই।

"য়াই নখোয়সু য়াওবা য়াই, অদুবু হৈ-শিংবা তাই, থৌনা লৈবা তাই নত্ত্রবদি য়াদে।"

মাগী ৱাহৈ অদুনা রোশনগা ইবোহলগদু খরা চমন্নহল্লকই, অদুবু মোবীনা শেল ফংফম অমা কোন্না লৈবগুম তৌনা ঙাঙবা অদুদা মখোয়গী পুক্নীং অদু মথুম-মরাঙ হৌহল্লকই। মখোয়না মদুগী মরমদা তকশিন্দুনা মোবীদা হংবা হৌরকই।

"ঐ মদুগী মরমদা কোন্না মতাং চানা হায়গে, ঙসিদি হায়ররোই," মোবীনা হায়রকই।

অদুদগী মখোয় হান্নগুম মখোয়গী পেন্দবা, নুংঙাইতবা কয়াগী মরমদা ৱারী অমুক চখবা হৌরকই।

ইবোহলনা মাগী মমা অদুনা হৌজিক লমদগী মরক মরক্তা লাকপা নূপা অমগী অতোম্বী ওইদুনা লৈবা, মপা শাবা নূপা অদুনা লাকপদা মানা শাউনীংবা, মানা লাকপা করিগুম্বা নুমিদাংদা মহাক্না ময়ুমদা হেক হেক হঞ্জিন্দবা, মমান্নবা অমগী ময়ুমদা লেকপগী ৱারী শারকই। মহাক্না মায়থোঙদা পেন্দবা, তূক্কচবা মতৌ উত্তুনা মমাগী মরমদা ৱারী কয়া শারকই।

মাগী ৱারী অদুনা রোশনবু খঙহৌদনা মহৌশাগী মাগী নুংঙাইতবা ৱা কয়া নীংশিংহল্লকই, থম্মোয়দা মমাবু হেন্না হঙ্গোইবা পোকহল্লকই, লুখ্রা ওইরবী মমানা নূপা অমদা ময়ূম পানখিবদা মহাক্না অঙাং ওইরিঙৈদা নুংঙাইখিদবা, পুক্নীং নুংশিখিবা, অৱাবা কয়া খাঙখিবা, অচৌবা অৱাংপা অমা থেংনখিবা; মদুদা শাউবা, শীংনবা, হঙ্গোইবগী ৱাখল পোকখিবা – ঙসিদি মাগী পুক্নীংদা অদুঙস্ব ফত্তবা ৱাখলদু ঙাক্তা খঙহৌদনা অমুক লাকই। মাগী মরম্না মপুং ওইদুনা মমানা নূপা অদুগা খাইনরকখিবা অদু ঙসিদি নীংশিংলুবদা মহাক য়াম্না খোয়রাঙ খোয়শাউনৈ। অদুবু মহাক মমাগী মরমদা ৱারীদি করিমতা শাদোরক্তে, মরূপ অনী অদুনা ঙাঙবদু তারগা তূমিন্না অদুমক লৈরে।

মখোয় অহুম ৱারী শাবা ঙহাক লেপখ্রে। ইবোহলনা ফমাঙদা থাবা ফক অমদা ফম্নগা মমীৎ উইথনা ফিলম ঈশৈ অমা মখোল নীক্না তপ্না ঙংলকই। রোশনসু ফক্তুদা ফম্নগা কাংথোলদা মনঙ্গলনা ঙাথরগা মকোক লূকথদুনা ৱাখল অমা খন্দুনা লৈ। মোবীনা ফমুং মথক্তা লোংখাক লোংনা হীপ্নগা চুরুট মচৈ অমা চিংদুনা লৈ, মরক মরক্তা চুরুটকী মৈখু অদু য়াম্না হৈনা কাঙ্গোই ওইনা কোরোক কোয়না মচীন্দগী মথক্নোমদা কামথোরকই। মৈখুগী কাঙ্গোইশিংদু কাংথোলগী চৈখোক্তা হাইগত্নুনা লৈরিবা কাঙখলদা থেংদুনা মরক মরক্তা কায়খি।

অসুম্না মখোয় নুংঙাইরবা সংসার অমদা তাউদুনা লৈবদুদা মতম হৌখিবা খঙহৌদে। নুংথিলগী পুং অহুম মথায় তাখ্রে। মোবীগী মখুৱাগী মচাশিং স্কুলদগী কূম্নকপা মতম য়ৌরক্রে।

মখোয় অহুম কায়নরে।

ইবোহলগা রোশনগদু লাইরিক কোন্দুনা স্কুলদগী কূম্নকপা শাদুনা ময়ূমদা হনখি, মোবীনা মখোয়বু কোম্লেঙ ফাওবা থিন্দোক্লুই।

ঙরাং মোবীগা ওজাগা খৎনবদুগী মতাংদা ঙসি ছুটি থারগা স্কুলদা ওজাশিংগী ষ্টাফ মিটিং অমা তৌদুনা মুন্না খন্নরকই। ওজা খরনা মোবীবু স্কুলদগী তাম্মোক্লবগী অকনবা মত পীরকই, অদুগা অতৈ খরনা মাবু ৱার্নিং তৌরগা মতম খরা পাউতাক পীদুনা য়েংখিনবা হায়রকই। হেডমাষ্টর অদুদি চৌকিদা মায়থোঙ মক্না ফম্নগা ৱা ইঙাঙ ঙাঙদনা ময়াম্না পীরকপা মত অদু তূমিন্না লূকথদুনা তাদুনা লৈ। মহাক মচীন্দদি হায়দোক্তবসু লমহেনবা ছাত্র অদুবু স্কুলদগী তাম্মোকপা হায়বসি কিথী-কিরুম তৌবা পোকই, ওজা অতৈনা মত পীদুনা তাম্মোক্লবা ৱারেপ লৌবা

তারবসু মদুগী অরোইবা দায়িত্বদি মহাক্কা ওইগদৌরিবনি, মঙোন্দা খুদোংথীবা থোকপা য়াবা অদু মহাক খন্দবা ঙমদে।

ওজাশিংদুগা মাগা ৱাফম অদুগী মতাংদা অফ-ফত্তা কয়া থোক্কা খন্নরে। ফনা কুইনা করিগুম্বা ৱারেপ অমতা লৌবা ঙমদ্রে। অকোনবদা হেডমাষ্টরনা মশাগী ৱারেপ ওইনা অসুম্না হায়রক্লে, "ফরে, মতম খরদি মাবু য়েংবীরসি, করিগুম্বা মানা অসিগুম্বা থবক অমা মতুংদা হেক তৌরকপা থোক্রবদি মাবু স্কুল অসিদগী শোয়দনা তাম্লোক্রসি।"

ওজা তোঞ্জাউ হেডমাষ্টরগী ৱাহৈ অদু থম্মোয়দদি য়াম্না পেন্দ্রে। মহাক্তি মশাগী ওইবা হীরমনিনা তাম্লোকপগী মতাং অদুদদি মত কন্না পীদে, অদুবু মোবীগী লমচৎ ফত্তবা, মী উশিত্তবা, ব্যবহার লৈতবা অদুগী মতাংদদি মহাক্কা য়াম্না শাউনা মিটিং অদুদা ঙাঙই। মানা মমায় ঙাঙনা লেপখত্তুনা ঙাঙবা লোইরগা মাগা থংননা ফম্বা মশা নোয়বা, মমায় পাকপা, মশম খোইবা, মোবীবু তাম্লোক্লবগী অকনবা মত পীখিবা ওজা অমসু হেডমাষ্টরগী মত অদুদা য়াম্না পেন্দবা মওঙদা হায়রকই, "ওজা, অসিগুম্বা ফত্তবা অঙাং অমবু অসুম য়োক্তুনা থম্বা হায়বা অসি স্কুল অসিগী য়াম্না মাঙনীংঙাই ওইরকপা য়াই। ছাত্র কয়াসু মাগী মতৌ তম্লক্তুনা লোইনা মাঙলগনি।"

হেডমাষ্টর মদুদা খুমদনা তৃমিন্না ৱাখল খল্লগা লৈ।

মতাং অদুদা মাবু শৌগৎপা নেশা চাবা ময়াঙ কংবা ওজা অমনা হায়রকই, "ফরেদা, ঐখোয়গী হেডমাষ্টরনা হায়রিবা অসিদা অসুম লেপ্লসি। মোবীবু খরা ৱারক-ৱাতেন্নগা চুমথোকপা য়াব্রা য়েংশিবসু ফৈ।"

অতৈ ওজা খরসু মাগী মত অদু য়ানীংবা উত্তুনা ঙাঙবা য়াওরকই।

হেডমাষ্টরগী মততুদা শৌগৎপা ওজা মশীংনা হেল্লকপা উবদা মশা নোয়বা ওজা অদু খরা শুকথনা নুংঙাইতবগুম তৌনা মমায় ঙাঙলপ্পা তৃমিন্না লৈখ্রে, ৱা অমুক ঙাঙলকখিদ্রে।

মোবীবু স্কুলদগী তাম্লোকপগী ৱারেপ অদু লৌখিদ্রে।

মথংগী নুমিত্তা রোশনগা ইবোহলগা স্কুল কারকপদা ওজা ময়ামগী মিটিংদা মোবীবু স্কুলদগী তাম্লোকপগী ৱারেপ লৌখিদ্রে হায়বদু কেরানীদগী তারে।

মখোয়না স্কুলদগী হনখ্রগা মোবীখোয়গী ময়ূমদা চঙদুনা মঙোন্দা পাউ অদু তম্বদা মোবীনা লেম্রা করিসু থৌশাবীদনা হায়রকই, "ঐনা হায়বদুনি ঐবু তাম্লোকপা

মখোয়গী মতিক নত্তে, অদুন্না তৌরবদি মখোয়গী ফত্তবা কয়া মরী লৈনবা লোয়শঙদা চত্তুনা লোইনা হায়দোক্কদবনি।"

থংনবা নুমিত্তা মোবী স্কুল কারে। হেডমাষ্টরনা মাবু মাগী কাদা কৌশিন্দুনা পাউতাক কয়া পীরকই, মদুগা লোয়ননা মাবু অদুন্না মতুং মনাউ অমুক তৌদনবা অকনবা ব্রার্নিংসু তৌরকই। মোবী মরু লূকথদুনা হেডমাষ্টরগী টেবল মনাক্তা তুমিন্না লেপ্তুনা লৈ। মাগী মপুক্লীংদদি মানা জয় ওইবগী নাপল অমা কায়। হেডমাষ্টর অদুনা মঙোন্দা ব্রারকপা মওঙদা ব্রা কয়া ঙাঙজরবসু কিবদগী মাবু স্কুলদুদগী তাম্থোকপা ঙমদবনি হায়বসি মহাক্কী ভাবনা খঙই, মদুদা মহাক নুংঙাইবা পোকই।

মহাক ঙহাক্কী মতুংদা হেডমাষ্টরগী কাদগী থোকখ্রে।

নুমিৎ অদুগী মতুংদা মাগা মাগী মমান্নবা রোশনগা ইবোহলগা মখোয় অহুম স্কুলদা অমুক হেন্না চঙদবা হৌবক্নে। মখোয় ময়ূমদগী লাইরিক অমা-অনী পুরক্লগা ফুরিৎ মনুংদা মবুক্তা য়েপশিন্দুনা নত্তুগা স্কুল ময়াগী মশক খঙনবা পোৎফম ফম্বী অমগী মনাক্তা থম্লগা নুমিৎ চুপ্পা কোয়দুনা, সিনেমা য়েংদুনা, অহাঙবা লম্পাক্তা ফমদুনা নেশা চাদুনা লৈ। মখোয় হৌজিক লাইরিক তম্বা তোকপগা চপ মান্নরে।

নোংমা মখোয় অহুম ছুটি লৈথোক্লগা অচীকপা, লম্ফেল ময়াগী লম্পাক মচী অমদা হৌবা খোংনাং পাম্বী অমগী মখোঙদা ফমদুনা ব্রারী শাদুনা লৈ। নুমিত্তুদি মখোয় মখূত্তা পৈশা অয়তা পায়দ্রে; মোবীগী মখুত্তা লৈরম্বা লূপা খরদু লোইখ্রে। মখোয় নেশা চানীংবনা ঙাওদুনা কবি উপায় তৌরগা কদায়দগী শেল ফংগদগে হায়না খন্নরকই।

মোবীনা হায়বকই, "কান্নদে, সিনেমা হোলদা চৎলুসি।"

"সিনেমা হোলদা চৎলগা কৈদৌরুগনি?" রোশন্না হংলকই।

"পৈশা থিরুগদবনি।"

রোশন্না মদুদা খরা ঙক্লা হায়রকই, "করন্না সিনেমা হোলদদি পৈশা থিরুগদৌরিবনো?"

রোশনগী ব্রাহং অদু অপঙবনি হায়বগী মওঙদা মোবীনা খরা পেন্দবা উত্তুনা হায়রকই, "ইস, অদু ফাওবা খঙদ্রবদি তোকও! ঐনা নহানমুক পুরকপা লূপা চামরিদু সিনেমা হোলদগীনি খঙলেদনা – ঐনা মদু কদায়দগীনো হায়বদু নখোয়দা হায়দোকখিদবদু।"

অদুদগা মহাক্না ন্নমৎ খরানগা মমাঙদা সিনেমা টিকেট হন্নফমদগা লূপা চামরি অদু মীগী ফুরিৎখাউদগী শৎলকপগী ৱারী অমা লেন্না তম্বা হৌরকই; মদু মহাক্না কয়া য়ান্না চেকশিন্না, হৈ-শিংনা তৌরকপগে হায়বা অদুসু মখোয় অনীদা কূপথনা থারকই। মহাক্না হায়রকই, "অসুন্না তৌদ্রবদি ঐখোয় করন্না নীংথিনা শেৎ-চাবা ফংগনি, কদায়দগী পৈশানা দ্রগ চাগনি?"

রোশনগা ইবোহলগসু মাগী ৱারী অদু তাবদা মোবীবু থৌনা ফবা, মখোয়গী লুচিংবা অমনি হায়না মপুক্লীংদা থাগৎলকই। মোবীনা তৌরিবা অদু অচুম্বগুন্না খন্দুনা মখোয় অনীসু মাগুন্না থৌনা ফবা ওইনীংই, মাগী মতৌ তম্বা পাম্মী; অদুন্না তৌরবদি মখোয়সু শোয়দনা মাগুন্না নোংমদি মমল অতাঙবা খোঙ্গ্রউ শেৎপা অমদি মমল অতাঙবা খোঙউপ তোংবা ফংগনি হায়না খল্লি।

মোবীনা অমুক হায়রকই, "করিগুম্বা উপায় অমনা হেক্তা শেল থিগদবনি, ঐখোয়দা পৈশা পীবিনীংঙাই কনা লৈবগে? য়েংউ, অহল-লমনশিংনা অচুম-অরান খঙদনা নেশা চাদুনা, ওক্তদুনা মখোয়গী নুংঙাইনবা ঙাক্তা য়েংই, ঐখোয়সু ঐখোয়না থোকপা নীংতন্না ঐখোয়গী নুংঙাইনবা ঙাক্তা হোৎনগদবনি। মখোয়গী মৱা অমতা লৌরোইদবনি।"

মানা হায়রিবা অদু য়ান্না অচুম্বনি হায়না খন্দুনা ইবোহলনা ময়া কাদুনা তায়। রোশন্না ৱা অদু তাবদা য়ানীংবগুম তৌনা মঙক নোম্লকই।

মোবীনা সিনেমাগী মতম অদু নীংশিংলগা হায়রকই, "হৌজিক সিনেমা টিকেট ইন্নবা মতম নত্তে, ঙহাক্তং ঙাইথিসি।"

মখোয় অহুম অচৌবা খোংনাং অদুগী মখোঙদা ৱারী শাদুনা অসুম লৈরে।

ঙহাক্কী মতুংদা অপীকপা নূপামচা অমথক লাইরিক খাউ অমা য়াল্লদুনা নুংশা শাবা নুমিৎ য়ুংবা মতমদুদা ফরক তানা স্কুলদগী মথন্তা হল্লকপা উরকই। অঙাং অদুবু উবদা মোবীনা মখোয় অনীগা শারম্বা ৱারী অদু খংলেপ লেপ্তুনা অনৌবা ৱাখল অমা খঙহৌদনা মকোক্তা চঙলকপা মান্না হায়রকই, "য়েংউ, অঙাং অমা মথন্তা লাক্লিবা অসি উব্রা?"

"উম," ইবোহলগা রোশনগনা খুম্নকই।

"ঙাইখো ঐ তাঞ্জা য়েংগে। মাগী মনাদা অপীকপা সনা অমা চিনবা উই। ঐখোয় সিনেমা হোলদা চৎপা অদু তোক্লসি।"

ব্রা অসি হায়রগা মোবী ঙহাক তাঞ্জা য়েংদুনা লৈ। অদুদগী মহাক খঙহৌদনা হৌগৎখ্রে। মহাক্না কয়া থৌ-ব্রা শাদনা পীক্লিবা অঙাং অদুনা লাক্লিবা মায়কৈ অদু তন্না চঙশিনখ্রে।

চন্নবা নৌরবা অঙাং অদুদি মাগী ফত্তবা তমথিবা থবক তৌরকপা য়াবগী ইঙ্গিৎ অদু করিমতা খঙদনা মশা কোন্না মায়থোঙ মকালান্না চৎলি।

মোবীনা খৃৎলৈ থুনা অঙাং অদুগী মনাক্তা চঙশিল্লগা মাগী মনাদা য়ানবা সনা মচা অদু থৎলগা চেনখ্রে।

অপীকপা নুপামচা অদুনা মনা অনী অদু পায়রগা খঙহৌদনা কন্না লাউদুনা কপ্লকই। মানা পাখৎনা, মমায় ঙাঙনা লৈজবমখৈ কন্না লাউদুনা কপ্লকপা খোঞ্জেল অদুনা মফম অদু খঙহৌদনা খোম্লাঙ য়ৈনা নিনবগুম তৌই।

লম্বী ময়াদা হৌবা অৱাংবা মনা পুংলবা খোংনাং অদুগী অচৌবা মরা য়াওবা ব্রাংখৎপা মফম অদুদা ফন্নম্বদগী রোশনগা ইবোহলগা কিথী-কিরুম তৌনা হৌগৎলক্কে। মোবীনা অদুক থুনা অদুগুম্বা থবক অমা তৌরক্কনি হায়বদু মখোয় থাজরুদে।

অঙাং অদুনা পাখৎনা লাউদুনা কপ্লা মখোলদু তাবদা অকোয়বদা লৈবা মী অমা-অনী মাগী মনাক্তা চঙশিল্লকই। মহাক্না কপ্লা কপ্লা মোবীনা চেনখিবা অখূবা লৈবক অমগী মপাদা খুদোম্বীনা থিল্লগা তাক্লকই। খঙহৌদনা মী অতৈ খরসু মফম অদুদা চঙশিন্নরক্কে।

রোশনগা ইবোহলগা খোংনাং মখোঙদগী থোরক্লগা লম্বীদা চুন্না লাকপা অতোপ্পা মী শাদুনা চৎলি। মখোয় য়ারিবমখৈ পাখত্তনবা, ঈংথনবা হোৎনৈ। করিগুম্বা মখোয়না পাখত্তুনা মোবীগী মতুং ইন্দুনা চেল্লুবা থোক্লবদি মখোয়দা মীয়াম্না তান্নরক্তুনা অচৌবা খুদোংথীবা অমা থোকপা য়াবদু মখোয় খঙই।

মীয়ামগী পূক্নীং অদুদি মোবীনা চেনখ্রিবা মায়কৈ অদুদা চিংশিন্দুনা লৈ। মখোয় খরনা মাবু তান্ননবা মায়কৈ অদোমদা চেনখ্রে। মানা চেনখিবা অদুগা মখোয়না তান্নবা অদুগা মতমদি ফনা য়ান্না কান্নরে।

থৌদোক থোক্লিবা মফম অদুদা ময়ান্না লাঙবা, অঙাং অদুবু ওমশিল্লিবা নুপীশিংনা মখোয় মশেল মখোল নীক্লা ব্রারী শাবা, অঙাং অদুগী মরমদা হংবা অসিনচিংবা পূন্নমক রোশনগা ইবোহলগা উই। মখোয় অনীগী থবাক্কী মিহুল অদুদি তীং তীং চোংই।

মখোয় অনীসুময়াম পূল্লিবা মরক অদুদা ঙহাক য়াওদুনা লৈরে।

মীকুপ খরগী মতুংদা অঙাং অদু অনকপা য়ুম অমদা পুশিনখ্রে।

মখোয় অনী সড়ক অচৌবা তানবা মখোঙনা তপ্পা তপ্পা থোরক্লে। সড়ক্তু য়ৌরবা মতুংদদি মখোয় খরা ঈংথরে, স্বর হোন্দোক্লে; ঙসায়মখৈ মীয়াম মরক্তা থৌদোক অদুদা চেন্নবা মান্দনবা হোৎনদুনা লৈরুবা অদু অৱাবগী মশক্তি, ময়ামদুগী মরক্তা কনাগুম্বনা চিংনবা পোক্তুনা ৱাহং হংলক্কদ্রা, মখোয়দা ওনশিল্লক্কদ্রা হায়বসি মখোয় য়াম্না চিংনরুরবনি।

হৌজিক্তি মখোয় অনীনা মোবীগীদমক অমুক খল্লক্লে, মাবু তান্নখিবা মীশিং অদুনা মাবু ফংলমগদ্রা, মঙোন্দা করি থোক্লমগদগে হায়বসি খনবদা য়াম্না লাঙতক্করে। মখোয়না নোংমা উখিবা অকিবা থৌদোক অমা লৈ – কনাগুম্বা সাইকল লাকপা, খোঙ্গ্রাউ অমুবা শেৎপা মী অমবু মখোয়গী স্কুল ময়ামক্তদা ময়াম্না ফারগা থীনা ফুবগী দৃশ্য অমা। মীশিংদুনা মাবু ফুবা, নেৎপা, লৈমায়দা তারবা মহাক্কী মকোক্তা খোঙউপ্পা বোল কাওবগুম হন্না হন্না কাওবা, অহানবদদি মী অদুনা চৈনাখোল খাঙবা ঙমদনা লাউরম্বদগী মমৈদদি জ্ঞান তাদনা উতুপ তাবগুম তাখিবা, মাগী মুশূক মুনা খাম্নবা মমায়-মমীৎ, মচীনবান্দগী তারকপা ঈ – পুন্নমক অদু উরগা মখোয়গী পুক্নীংদা হায়নীংঙাই লৈতনা অকিবা পোকখি। অদুগুম্বা থৌদোক অদুমক মোবীদা থোক্লমগদ্রা হায়বসি খল্লুবদা মখোয় নুংশাথীবা পোকই।

মখোয় অনী খোঙলৈ থুনা মোবীখোয়গী ময়ুমদা হান্না লাক্লে।

মোবীগী অপীকপা কা অদু থোঙ থিংজিন্দুনা লৈবা উই, মপান্দগী শোদি লোন্দে। রোশন্না চঙশিন্দুনা থোঙ অদুদা তপ্পা তক তক থীল্লুরে।

অহানবদা পাউখুম অমতা পীরক্তে। মীকুপ খরগী মতুংদা শোম্নাংনবা খোঞ্জেলদা মোবীনা হংলকই, "কনানো?"

"ঐখোয়নি, থোঙ হাংদোকউ।"

মোবীনা থোঙ অদু তপ্পা হাংদোরক্লে। মমান্নবা অনী অদু ইমুংদা চঙলক্লবা মতুংদা থোঙ অদু মহাক্না অমুক লোনশিল্লে। মাগী মমায়দু ইঙাঙ ঙাঙই, হুমাং মরীক মরীক পকই। মাগী মমীৎ অদু করিগুম্বা অঙকপা মওঙ অমদা চেকশিনবগী মতৌ উৎলি।

ইবোহলনা হায়রকই, "নহাকপু মীশিংনা তান্নখিবদা থেংনরমগদ্রা খন্দুনা ঐখোয় য়াম্না নুংশাথী।"

মোবীনা মাগী ফমুংদা ফম্লদুনা চীংলেম্লা হায়রকই, "মখোয়না তান্নরকপা অদুদি কাইনথঙদা ওইরমগনি, ঐ মখোয় কনামতা থেংনদে, তান্নরকই হায়বা ফাওবা খঙদে। ঐ মতেক খরা চেল্লগা চেন্দ্রে, খোঙনা লম্বী মথং মথং ফাওজিন্দুনা অদুম লাক্লে।" মানা খুদোংথীবা করিমতা য়াওদনা নাম্থোরকপা অদুগীদমক মশাবু থাজবগী নাপল অমা য়াওনা উই।

মহাক্না চেনখ্রবা মতুংদা মফম অদুদা ওইহৌবা ফীবম, মীয়ামগী অশাউবা, লাঙবা পুন্নমক অদুগী মরমদা মরূপ অনী অদুনা মঙোন্দা তন্নকই।

মোবী মদুদা কয়া থৌশাদনা লৈ।

মখোয় অহুম ঙহাক অচীকপা কা অদুদা ৱারী-ৱাতাই শাদুনা লৈরে। হান্নগী মতৌগুম্না নুমিৎ য়ুংবা মতুংদুদা মোবীখোয়গী য়ুমদা মী কনামতা লৈতে।

থোকখিবা থৌদোক অদুগী মরমদা থোইনা খন্নীংঙাই লৈত্রে হায়বগী মওঙদা মোবীনা মখোয়গী হৌজিক তৌগদবা থবক্কী মরমদা হায়রকই, "ফরে, হৌজিক সনা অসি কায়নবা ৱা খন্নসি।"

ইবোহল সনা অদু অসূক থুনা কায়বগী ৱাফমদুদা কিবগুম তৌনা হায়রকই, "খবা ঈংথনা কায়বনা ফত্রা?"

মোবীনা মাগী মওঙদুদা পেন্দবা উত্তুনা খরা শাউরপ্লা হায়রকই, "মদু য়াদে য়েংউ, ঐখোয়গী খুত্তা পৈশা অমতা লৈত্রে, ঙসি ঐখোয় কদায়দগী দ্রগ চাগনি?"

রোশন্না হায়রকই, "চুম্মী, ইবোহল, ঙসি ঐখোয় দ্রগ য়াওদনা লেনবা ঙম্রোই। ইবানী চত্তুনা কাযরুরসি, মোবীদি চখোকপা নুংঙাইররোই।"

মোবীনা মোন ময়াদগী মানা থৎলকপা, মতোন্দা নুং অঙাঙবা য়ানবা অঙাংগী সনা অদু পুথোরকই। মদু চাউরাক্লা শনখায়মুক্কী ওইবা য়াই। মানা সনা অদু কায়থোক্কদবা দুকান অদু মখোয় অনীদা তাক্তুনা অমদি মদু কায়থোকপদা ফংগদবা শেল অদু চাউরাক্লা পারগা মখোয়দা খঙহন্দুনা মদু চে অঙৌবা অমদা য়োম্নগা পীরকই।

মহাক্না তাকপা মতুং ইন্না রোশনগা ইবোহলগা দুকান অদুদা চত্তুনা সনা অদু কায়রুরে। অদুদগী মখোয় অনীনা হিরোইন পাউডর খরা লৈরগা অমুক হল্লকই। নুমিত্তুসু মখোয় হান্নগুম কাদুদা থোঙ লোনশিল্লগা মদু কাপ্তুনা নুংঙাইরবা সংসার অমদা তাউদুনা লৈ।

# ১১

নোংমা নোংমা হৌখ্রে। মখোয় অহুম নুমিৎ চুপ্পা অদুগ্না নেশা চাদুনা, ঙাওশিন্নদুনা, মখল মখা কয়াগী ফত্তবা থবক তৌদুনা অদুম মতম লেল্লি।

রোশনগী শকফমদু মহৌশাদগী য়াম্না ওল্লে। মহাক অঙাং ওইরিঙৈদা কুচু ঙৌই, অদুবু হৌজিক্তি মাগী কুচুদু ইমু মুশিনখ্রে, ময়াঙ কংশিন্দুনা য়েংবদা মকোক্লা ঙন্না উরে। মহাক চৎপদা অয়াম্বা মতমদা মকোক্তু লূকথদুনা চৎলি, মমীত্তু হঙ্গত্তে, মী অতৈদা য়েংদে। মাগী শাজত্তু খঙবা মীনা মাবু মাঙলবা মী অমনি হায়না খন্দুনা মখোয়গী মচা-মশূ অমতা মাগা তিন্নহন্নীংদে; করিগুম্বা মখোয়গী মচানা মাগা ৱারী শাবা নত্তগা নকশিন্নবা উরবদি মখোয় নুংশাথীনরে। ময়াম্না মঙোন্দা য়েংলিবা মীৎয়েং, মাবু উবদা খল্লিবা ৱাখল মওঙ অদু রোশন্না খঙলবসু মহাক মদুদা করিসু থৌশারুবা লৈতে। কনাগুম্বা মাবু নুংশিবা অহল-লমনশিংনা মাবু নেশা চাবা থাদোক্লবা হায়রকপা নত্তগা অফবা পাউতাক পীরকপা খূদিংমক মঙোন্দা করিমতা চঙদে।

চিত্রাসু ৱারকপা ঙমদ্রবা মচানূপা অদুগী মতৌ অদু থৱায় চাক্লা য়েংবা নত্তনা উপায় করিসু লৈত্রে। হৌজিক্তি মহাক মচানূপা অদু ৱারকপা তশেংনা কিবা পোক্লে। মচাদুনা লাউ-খোংবা, ইমুংগী পোৎ-চৈ থুগায়বা, করিগুম্বদা মাবু ফূগদবগী ধমকা তৌবা অদু তশেংনা অকিবগী মশক্নি। চিত্রা অয়াম্বা মতমদা তূমিন্না কপ কপ্পুনা লেল্লে। মহাক হায়নীংঙাই লৈতনা নীংবা কায়খ্রে, মাগী তুংগী আশাগী ময়োল খূদিংমক কংখ্রে, অৱাবগী নুংশাস্বর তোয়না তোয়না হোনবদা চীনবান থক-খা কংখ্রে, মচাগীদমক খনবদা মশাদা লাইমন অমা লৈরে।

নোংমা সন্ধ্যা মতুংনি। চিত্রা চাকশঙদা চাক থোংলি। মহাক্লা মচানূপাগী কাদগী কন্না লাউরকপা মখোল অমা খঙহৌদনা তারকই। মহাক্লা পাখৎনা কাদুদা চেনশিন্দুনা য়েংবদা রোশন অদু ফমুংদা জ্ঞান তাদনা ৱাম্ভদুনা লৈরম্লে। মাগী

মচীনবান অদু মুশূক মুশিল্লি, স্বর হোনবদা ৱানা চিংখত্নুনা মরক মরক্তা লেপকদবগুম তৌনা খজিক খজিক্তমক হোল্লম্মী, মাগী পান্বোমদা দ্রগ কাপ্লগী শিরিঞ্জ অদু ফাওবা শত্তোক্তনা লৈরম্মী।

ইমুংগী মী অতৈশিংসু কা অদুদা চেনশিন্নরক্লে। রোশন্না ৱাহুদুনা তাবা ফীবম অদু উরগা মখোয় তুক্কচৈ, নুংশিবা পোক্তে, অদুবু খুদোংথীবা ফীবম অদুদা মাবু থাদোকপা য়াদদুনা ময়াম চঙদুনা মাবু হোসপিটালদা পুখৎলে।

হোসপিটালগী কেজুয়েলটি কাদা ডাক্তর নূপা অমগা নূপী অমগনা মখোয়গী লৈজবী উপায় শীজিন্নদুনা মাবু মথৱায় কন্নবা হোৎনরকই। লোংখাক লোংনা জ্ঞান তাদনা হীপ্লিবা রোশনগী স্বর অদু মরক মরক্তা লেপ্তুনা য়াম্না ৱানা হোল্লি। স্বর হোনবগী অমুক অমুক ৱাংখৎলকপা মাগী থবাক অদু হুমাং মরীক মরীক পকই। মাগী মমায় অদু তাইফেৎ তাই, লৈবাক মচু মাল্লি। ডাক্তর নূপী অদুনা মাগী উইশিল্লিবা মমীৎ অদু মরক মরক্তা মখুৎনা হাংদোক্নুনা য়েংই। মদুদা জ্ঞান লাকপগী মমি অমতা উদবদা মহাক মায়থোঙ মকালামদনা উই। ডাক্তর নূপা অদুনা রোশনগী স্বর হোনবদা ৱারিবা অদু কোক্নবা মাগী নাতোন্দা প্লাষ্টিক্কী তোংজৈ ঈনশিল্লগা যন্ত্র থাদুনা অমোৎপা মহী খরা চিংথোক্লবা হোৎনৈ। মদুদা ঈগুম্বা মুরৈনবা মহী কয়া প্লাষ্টিক্কী তোংজৈ অদুদা চিংথোরকই। মহী খরদি অরংবা তোংজৈ অদুগী মনুংদা ৱাংখৎ-নেমথ তৌদুনা লৈ। মাগী মমায় অমদি মথবাক্তা পকপা হুমাং মরীক অমসুং ৱানা স্বর হোনবগী ৱাংখৎলকপা থবাক অদু য়েংবদা জ্ঞানদি তাদ্রবসু মহাক হায়ফম খঙদ্রবা, ৱারবা শিবা হিংবগী অকনবা লাঙ্গেং অমা তৌরি হায়বা উৎলি।

ডাক্তর অনী অদুনা তোয়না তোয়না মাগী খূদাংগী মিহুল অদু য়েংই।

অসুম তৌনা নুমিদাং অদু মহাক কন্না লাক্লদুনা হৌখ্রে। নোংঙানবগী অয়ুক ফাওবা মাগী জ্ঞান লাক্তে। ডাক্তরশিং অদুনা হায় মাগী স্বর হোনবগী চাংদি খরা কূংশিল্লকই, অদুবু মাগী শিবা হিংবগী ৱাদি অরেপ্পা হায়বা ঙমদে, মদু লাইবক্তা লৈরে।

চিত্রা কাদুগী অতোপ্পা ফমুং অমদা ৱাখল থোক্তনা, তৌফম খঙদনা মমায় মক্লা ফমদুনা লৈ।

ডাক্তরনা পীবা মত অদুনা ইমুংগী মী খূদিংমক নুংশাথীনরে, রোশন খঙহৌদনা হেক্তা লৈখিদবা য়াই হায়না খন্দুনা মদুগী থৌৱাঙ ফাওবা তূমিন্না খন্নরে।

কেজুয়েলটিগী মফম অদুদা অতৈ অশোকপা খরসু পুখৎলকই। রোশনবু লাক্করিবা কা অদুদা অতোপ্পা চহী মীয়ায় চল্লবা, কুচু মুবা চীংমী অমসু ইলেক্ট্রিক্কা চিংদুনা শোকপদগী পুশিল্লক্কুনা জ্ঞান তাদনা লাক্কদুনা লৈ; মানা লাউ-খোংবগী মখোলনা কা অদু ইনিল নিল্লি। মাগী অহৌবা খোঞ্জেল অদুনা রোশনগী হোৎনবা অদুদসু অকায়বা পী, চমন্নবা পোকহল্লি।

অসুন্না রোশনগী মরমদা মেন তাদনা, অরেপ্পা ফীবম অমা খঙদনা হোৎনবা অদুনা অয়ুক্কী পুং মাপল তাশিনখ্রে।

ঙহাক্কী মতুংদা সিনিয়র ডাক্তর অমা মফম অদুদা চঙলক্কুনা মাগী ফীবম অদু য়েংলরে। মরেপ ৱাংবা, থবক য়াম্না চেকশিনবা মানবা ডাক্তর অদু চিত্রাগী মৌপ্পানুপা অজিতকা খঙনবা মীশক ওইরম্মী। মহাক্না পুক্নীং চঙনা রোশনগী ফীবম অদু য়েংলে, অদুদগী মাবু কন্নবা অরোইবা উপায় য়েংবা ওইনা ওপরেসন ঠিয়েটরগা থংনবা কা অমদা মাবু পুনবা ডাক্তর অদুনা নর্শশিংদা পাউতাক পীরকই।

নর্শ অনীনা রোশনবু মী পুনবা চাকা পানবা অঈনবী অমদা লোংখাক লোংনা হীপহল্লগা কা অদোমদা ঈন্দুনা পুরে। অৱাংবা ডাক্তর অদুনা রোশনগী মকোক অদু মখুৎনা শৌদুনা খদাঙনা ৱাংখৎহল্লগা মখোয়গা লোয়ননা চৎলি।

মাবু কা অদুদা পুশিনখ্রবা মতুংদা ইমুংগী মীশিংনা মপান্দা লাঙতক্লনা ঙাইদুনা লৈ।

পুংখায়মুক্কী মতুংদা অৱাংবা ডাক্তর অদুনা মপান্দা থোরক্কুনা অজিত্তা হায়রকই, "আশা লৈরে, মহাক হিংলগনি।"

ৱাফম অদু অজিতনা ভেরেন্দাগী য়ুম্বী অমগী মনাক্তা লাঙতক্লনা লেপ্তুনা লৈরিবী মচে চিত্রাদা তন্নুরে। কপ্পুবগী মমীৎ-মমায় পোম্লবী চিত্রা মদু তাবদা খঙহৌদনা মায়থোঙ খজিক্তং মকালাম্লকই।

ঙহাক্কী মতুংদা রোশন মাবু পুশিনখিবা কা অদুদগী পুথোরক্লে। ডাক্তরশিংনা মহাকপু নুমিৎ খরনি হোসপিটালদা থমখিনবা পাউতাক পীরকই।

নুমিৎ হুম্রি হোসপিটালদা লৈরবা মতুংদা মহাকপু ময়ুমদা অমুক পুথরক্লে। মহাক্কী মশা অদুদি অদুক্কী মতিক শোকখ্রে, মহাক হৌগত্তুনা চৎপা নীংথিনা ঙমদে, করিগুম্বা কান্দা বুধি ফাওবা ইমাঙ মাঙবগুম তৌনা উই, ৱা ঙাঙবদা মরী মখোঙ কয়া শন্নদবা য়াওরকই।

মাগী মতৌ অদু উবদা চিত্রা তৃমিন তৃমিন কপ্লি, হৌজিক্তি মচাদু মঙোন্দা অচৌবা পোৎলুম অমা ওইরে। মাবু শেন্নবা, মশা ফহন্নবা হোৎনবা, চখোকহন্দনবা হোৎনবদা মহাক্কী খাইদগী অৱাবা অচৌবা থবক অমা ওইরে।

নোংমা রজনীগা মাগা ৱারী শাবদা রোশনগী ওইরিবা ফীবম অদুগী মরমদা হৌদোক্লরকই, মদুদা রজনীনা মাগী মরমদগী নোংমা চিত্রানা সত্যব্রতগী ময়ূমদগী মপামদা লাকখিবা অদু খঙহৌদনা হৌদোক্লুরে।

সত্যব্রতগী মরমদা পল্লকপা অদুদা চিত্রা নুংঙাইতবা মওঙদা শকফম খরা হঞ্জিনখি। মহাক্না হায়রকই, "হৌজিকসু ঐগী ফত্তবা ইচা অসিনা মঙোন্দগীদি হেন্না নুংশি।"

চিত্রাগী ৱা অদু তাবদা রজনী তৃমিন্না লৈখ্রে। চিত্রানা মাগী অনীশুবা মপুরোইবা সত্যব্রতগা মাগী মচা অদুগা নুংশিবগী লমদা কৈদৌঙৈদসু চাংদন্নবা ঙমদে হায়বদু মহাক্না মুন্না খলহৌদ্রে। মহাক মদু হায়রুবগী তৃমিন্না নুংঙাইতবা পোক্লকই।

# ১২

সত্যব্রত চহী নীফু খরা হেল্লক্রে। পুন্সীগী হৈনীংবা কয়া অসুম মথন্তা মাঙখিবদু মপুল্লীংদা হেন্না হেন্না ফাওরকই। ঈনখৎলকপা অমদি মপুং ফারবা নূপীশিংগী মশা খীংবা মতৌ, অনৌবা আশাগী নুংঙাইবা সংসারদা তাউরিবা মকালাম্বা তথক তথকপা মায়থোঙশিং উরগা মখোয় খূদিংমক মখোয়গী তোঙানবা ৱাখল, অনীংবা নৈজবা, মাগা ৱাখল চানরোইদবা ঙাক্তা ওইনা উই, মখোয়গী পুন্সীগী নুংঙাইবগী পান্দমগা মাগী পুন্সীগী নুংঙাইবগী পান্দমগা য়াম্না থাপ্লবগুম খল্লি। মখোয় কনামতনা মাবু মশক খঙবসু ঙম্লোই হায়না মহাক্না লৌই।

মহাক মী অয়াম্বদগী থাপ্লরবা মী অমগুম মশানা খল্লি, মহাক্কী মমল অসি মখোয়দা ইয়াও য়াওদবগুম নীংলকই। মহাক্কীসু নহা ওইরিঙৈদা মতম অমা লৈরম্মী — মশাবু মমল য়াম্না খঞ্জবা, মীনসু মাবু মমল য়াম্না খল্লি হায়না নীংবা, মশাগী মরুওইবা অদুবু লুনা খঞ্জদুনা মহাক য়াওদ্রবদি সংসার অসিদা অচৌবা অৱাৎপা অমা লৈরবনি হায়না ফাওবা খঞ্জবা মতম অমা; অদুবু হৌজিক্তি মহাক্না খল্লে মদু নহা ওইরিঙৈগী অপঙবা নাপলনি, মী অতৈদা মাগী মমল থোইনা য়াওদে, মী খূদিংমক মহাক লৈত্রবসু নুংঙাইনা হিংগনি, মখোয়দা মাগী দরকার (ৱাখলদা ওইরবসু শেলদা ওইরবসু) থোইনা লৈতে হায়না।

মহাক্না মাগী লৈজবা শেলনা করিগুম্বদা মীগী মতেং পাংবগী ৱাখল খল্লি, অদুবু মদুসু মরম চাদনদি মহাক্না তৌবা পামদে।

নোংমা রজনীনা মপামদা লাকপদা সত্যব্রতগা লম্বীদা থেংনৈ। মখোয় অনী ইলেক্ট্রিক খুটি অমগী মখোঙদা লেপ্পুনা ৱারী ঙহাক শারকই। রজনীনা মঙোন্দা চিত্রাগী হৌজিক ওইরিবা নংবা, ৱাবগী মরমদা তম্লকই, অদুগা চিত্রাগী মচানূপা অদুনা ওক্কবা, নেশা চাবা, লাক্কবা ঙমদবা, মানা মরম ওইদুনা চিত্রাগী অৱাবা কয়াগী মরমদসু তম্লকই। মদু তাবদা সত্যব্রত নুংঙাইতনা উই। অদুবু মঙোন্দা

ফাওরিবা নুংঙাইতবা মওঙ অদু চিত্রানা মাগী নূপী অমা ওইনগী ৱা নত্তে, চুন্না কনাগুম্বী মীতোপ অমগী অৱাবগী পাউ তাবদা নুংঙাইতবা মওঙ অদুনি। মাগী মরমদা ৱারী শারকপদা সত্যব্রত ৱা ঙাঙফম য়াম্না খঙদে।

রজনী খঙই সত্যব্রত চিত্রাদা শেলগী মতেং কয়া পীবা ঙম্মী, অদুবু শেলগী মতেংগী মরমদদি মহাক ৱা ঙাঙদে, মরমদি চিত্রানা সত্যব্রতবু শাউনা, খানা ঙাঙবা ৱাহৈশিংদুনা চিত্রানা মাগী মতেং অদু করিসু লৌ হায়বা য়ারোই; অদুগা সত্যব্রতদসু ৱাফম অদু হায়গদবদু য়াম্না তায়োন্নবা ওইনা থোকই।

চিত্রানা সত্যব্রতবু পনবদা খোয়শাউনবা অদুগুম্না সত্যব্রতসু মাবু পনবদা কয়া পেন্দবগুম তৌনা উই; মখোয় অনীগী তৎখ্রবা মরীদু কৈদৌঙৈদসু অমুক থম্বা ওইথোক্লরোই হায়বদু রজনীগী পূক্নীংদা খঙই।

সত্যব্রত ময়ূমদা হল্লক্লগা রজনীনা তম্বা চিত্রাগী ৱারী অদুগী মরমদা খনবা হৌরকই। মহাক্না চিত্রাদা শেলগী মতেং পীবা ঙম্মী, অদুবু মদু মহাক হঙ্গোই, মরমদি মাবু হূমুক খানা খনবা চিত্রানা মদু কৈদৌঙৈদসু লৌরোই হায়না মহাক্না খল্লি। মখোয় অনীগী মরক্তা লৈরিবা মরী অদু অমম্বা ফত্তবা ৱাখলগী লৈচিল অমনা অদুম কূপ্পুনা লৈ, করিগুম্বা অফবা, জ্ঞান তানবা ৱাখলগী মঙাল অমতনা মদু ফাওদোকহনবা ঙমদে। অমম্বা ৱাখলগী লৈচিল অদুনা মখোয় অনীবু মশক উহন্নদে, অমগা অমগা মীতোপকুন্না লাপথোক্লহল্লি।

মহাক ৱারী অদু তাবদা মফম খঙদবা নুংঙাইতবা অমদি কন্না ফাওই। মহাক ফমফমকাগী সোফাদা লুকথদুনা ফম্লগা মখূৎনা মমায় অদু খুমদুনা খুনিংনা খুকউ অনীদা শৌরগা কূইনা ৱাখল খন্দুনা লৈ। অদুদগী মহাক দলান মথক্তা কাখত্তুনা মাগী কাদা অমুক চঙখ্রে। মহাক ফমুংদা হীপ্লগা ঙহাক পোত্থানবা হোৎনরকই, অদুবু ৱাখলগী পোত্থাফমদি খঙদে। ঙসিদগী চহী তরাকমুক্কী মমাঙদনি চিত্রানা মাগী ময়ূমদগী চৎখিবদু; থৌদোক অদু মহাক নৌহৌনা নীংশিংলকই। লুখ্রা ওইবী চিত্রাবু মীনুংশি পোকপদগী, অফবা ৱাখল অমদগী লৌরুবা, অদুগা মাবু লৌরুরবা মতুংদা লাকপা ওন্ন-তৈনবা নুংঙাইতবা ৱাখল, থৌদোক কয়া অদু মহাক মথং মথং নীংশিংলকই। মতম পূম্বগী ওইনা মাঙখ্রবা, পুন্সীদা অমুক শেমগৎপা য়াররোইদবা মখোয় অনীগী হৌখ্রবা মরী অদুগী মরমদা মহাক চমন্ননা খনবা হৌরকই।

চিত্রানা মপামদা চৎখ্রবা মতুংদা সত্যব্রত মাগা উন্নবা অনীরক্তা ঙায়রি। মানা মপামদা চৎখিবা ইকুই কূইদনা রজনীগী মাঙ্গোন্দা মখোয় অনী উন্নখিবা অদুগী

মতুংদা সত্যব্রতনা চিত্রাবু বাজারগী সড়কময়াগী পোৎফম মমাঙদা নোংমা অমুক উন্নখি। নুমিত্তুদা চিত্রা অতোপ্পা খরা অহল ওইরপ তৌবী নুপী অমগা লাকমিন্নখি। সত্যব্রতনা বাজারদগী মনা-মশীং খরা লৈরগা খাউ অমা য়ান্দুনা চৎলিঙৈদা খঙহৌদনা লম মরি-মঙারোম লাপ্পনা চিত্রাগা মাগা মায়য়োক্কনা থেংনখিবনি। চিত্রা মাবু হান্না হাইফেৎ উখিবা মাল্লি, অদুবু মহাক সত্যব্রতবু উশিন্নদনা মমায় অদু লৈথোক্কগা চৎখি। মহাক্না সত্যব্রতবু খজিক্তা ফাওবা য়েংলমদে।

সত্যব্রতদি মাবু হাইফেৎ মুন্না য়েংহৌই। চিত্রাগী শকফম অদু য়াম্না ওল্লম্রে, ময়েং য়াম্না তারম্রে। মহাক্কী মশা অদূসু ময়াঙ য়াম্না কংথরম্রে।

সত্যব্রত মতমদুদা চিত্রানা মাবু উবদা থৌশাদনা, হৈনদবগুম তৌনা নত্তুগা হঙোইবা মান্না মমায় লৈথোকখিবা অদু থব্বায় নুংঙাইখিদে, পুক্নীংদা শাউনীংবা ফাওবা পোকখি; অদুবু ঙসিদি রজনীদগী মাগী ব্বারী তারগা মাগী শোক্কবা শক্তম, ফীবম অদুগা মরী লৈননা মাগী ওইরিবা ফীবমগী মরমদা নুংঙাইতনা খনবা হৌরকই। মদুনা মাগী থম্মোয়বু য়াম্না নৌথহনবা নত্তুবসু পুন্সীগী মফম খঙদনা হৌখিবা থৌদোকশিং, শেমজিন-শাজিনবা য়াররোইদবা মওঙদা কায়খ্রবা পুন্সীগী নিয়মশিং পুন্নমক অদুগী মরমদা চমন্নবা, লাঙতক্কবা অমদি থব্বায় ব্বাবগুম্বা ব্বাখল অমা মঙোন্দা কন্না পোকপা হৌরকই।

মহাক্না ব্বাখল খন্না খন্না মাগী কাদা হঙ্গৎ-হন্দা অমুক চৎ, ফমুংদা অমুক ফম তৌনা লৈবদু নুমিৎ ফনা য়াম্না থেঙজিল্লম্রে, সন্ধ্যা য়ৌশিল্লম্রে। মহাক নুমিত্তুগী নুংদাংদু কুইনা ব্বাখল অমদা উংদুনা লৈ।

নোংমা শজিবু থাগী নুমিদাংব্বাইরম অমনি। সত্যব্রত মখোঙনা হব্বা চাবা চখোরকই। নুমিত্তু নোং মংই, অতিয়াগী শক্কক খরদা অমুবা লৈচিলনা কুপ্পুনা লৈ। মহাক্না ময়ুমদগী চখোরকপা ঙহাক্কী মতুংদা মমশিনখ্রে। দুকানশিং অমদি য়ুমশিংদা মৈ থানগৎনরক্কে। লম্বীদা মৈ থানবা গাড়ী ফনা য়াম্না কুংনা চৎলি। গাড়ীগী মৈখু অমদি উফুলগী মনম সড়ক্তা কন্না নম্বী।

সত্যব্রতনা ফনা শাংনা মখোঙনা চৎলবা মতুংদা খঙহৌদনা মরক মরক্তা নোংথাঙ কুপ্পগা লোয়ননা নোং খোংবা হৌরক্কে। মহাক্না মথক্তা য়েংখৎপদা ঙসায় লৈচিলনা শক্কক খরদমক খুমদুনা লৈরম্বা অতিয়া অদু হৌজিক্তি শীনবা থুংনা কুপশিনখ্রে, থব্বানমিচাক অমতা মশক উখিদ্রে। মরক মরক্তা ঙাম্থোরকপা

নোংথাঙগী মঙাল অদুদা অতিয়াদা মন্না মুনা লৈরিবা নোংগী মশক অদু শেংনা উবা ঙম্মী। নুংশিৎনা অমুক অমুক হুন্নকপদা সড়ক্কী উফুল, ফত্তবা চেনচিংবা অমম্বা অদুদা পাইবা হৌরকই, অনকপদা লৈবা দুকানগী থোঙ, থোঙনাউশিংদা নুংশিৎনা হুমজিনবদগী মখোল হৌনা থোরকই।

সত্যব্রত নোংনুংশিৎ তৌরকপা য়াবগী মওঙ অদু উবদা ময়ুমদা হন্নবা মমায় ওল্লক্কে। মহাক্না খোঙকাপ খরদং থাংলবা মতুংদা খঙহৌদনা অচৌবা নোংগী মরীক খরা লন্না লন্না পোপ পোপ তাবগী মখোল তারকই, মরীক অমা-অনীসু মাগী হকচাংদা য়ৈবা হৌরকই। অদুদগী থুনমক তারিবা অচৌবা নোংগী মরী অদু য়াম্না কুংনা তাবা হৌরকই, নুংশিৎ অদুসু লম্বীগী মনাক্তা হৌবা উপাল কয়া নৈথেক্তুনা অহৌবা মখোলগা লোয়ননা শীৎপা হৌরকই।

ফীবম অদুদা লম্বীদা চৎপা য়ারক্তুদুনা সত্যব্রত নোং থূপ্পা ওইনা লম্বী মপান্দা লৈবা (মাগা ব্রজমোহনগা ব্লাকিং চৎমিন্নবদা মরক মরক্তা পোৎকাসু লৈবা) দুকান অমগী মাঙ্গোন্দা কাখতুনা লৈরে।

মফম অদুদা মোবী, রোশন অমদি ইবোহল মখোয় অহুমসু নোং থূপ্পগুম তৌনা লেপ্তুনা লৈরম্মী। (সত্যব্রতদি মখোয় কনামতবু মশক খঙদে।) মখোয়দু করিগুম্বা থৌরাঙ অমগীদমক্তা মফম অদুদা লৈবা মাল্লি।

দুকান অদু লৈনবা য়ুমদগী তপথোক্লগা শাবা অচা-অথক্কী পোৎ শুনা য়োনবা, য়াম্না নাম্না, ফজনা ফম্বা দুকান অমনি। মৈগী মঙান্দা মকোক খরা তাংলপ তৌবা দুকান্দার অদু গদি মথক্তা লেম্না ফম্রি। নোংনুংশিৎ তৌরকপদগী দুকানগী থোঙ অদু হাম্না শরূক খরা লোনশিনখ্রে, ফুট অনীরোমদংদি লাওনা হাংলি।

দুকান্দার অদু মাগী পৈশা উপুদুগী মনাক্তা ফম্নগা করিগুম্বা হিসাব খরা শূরি। মহাক মপান্দা কনা লৈরিবগে হায়বা থোইনা য়েংথোরকপা তৌদে।

ঙহাক্কী মতুংদা নুংশিৎ শীৎলম্বা অদু লেপখ্রে, অদুবু অচৌবা নোংগী মরী অদুদি জিঙ্গগী মথক্তা অহৌবা মখোলগা লোয়ননা তারি।

সত্যব্রতগী মনাক্তা লেপ্লম্বদগী মোবীগা ইবোহলগা মখোয় অনী দুকান মনুংদা চঙখ্রে। সত্যব্রতনা মখোয়না চঙখিবা অদু পোৎ লৈবা নত্ত্রগা চুরুটকুম্বা অমা চম্বা চঙখ্রিবনি হায়না ইচম চম্না খল্লি। মহাক্না লেপ্লিবা অদু অরাং ওন্দুনা লৈরিবা দুকান্দুগী মাঙ্গোলগী নোংপোক থংবা শরূক্তনি, মাগী লেপফম অদুদগী দুকানগী মনুংগী শরূক অদু করিমতা উবা ফংদে, হাংদোক্লিবা থোঙগী অখূবা অহোবা অদুদা

অঙানবা মৈগী মঙাল ফাওদোরকপা অদুতনি মহাক্কা শেংনা উরিবা। অকনবা নোংগী শাফ্ মরক অদুদা মনুংদা করি তৌরিবগে হায়বসি মহাক করিমতা খঙবা ঙমদে।

ঙহাক্কী মতুংদা ৱা কন্না ঙাঙনবা, শংগৎনবগী মখোল খরা শেংফাত্তনা তারকই। মতম অদুদা সত্যব্রতগী মনাক্তা লেপহৌরিবা রোশন্না মঙোন্দা অর্থ লৈবা মীৎয়েংনা মরক মরক্তা য়েংলকই।

মীকৃপ খরগী মনুংদা দুকান মনুংদা চঙখিবা মখোয় অনী অদু ইথৌ থৌশাদনা থোরক্লগা মপান্দা লৈহৌবা রোশনগা মখোয় অহুম নোং মরক অদুদা খোঙলৈ থুনা চৎখ্রে।

মখোয়গী মতৌদু উবদা সত্যব্রত চিংনরক্লে, দুকান মনুংদা করিগুম্বা নুংঙাইতবা থৌদোক অমা থোকখ্রে হায়বসি ভাবনা খঙলকই।

মখোয়না হেক থোকখিবগা দুকান মনুংদা ৱা ৱা লাঙনবা, মী খরগী পাখৎপা খোঞ্জেল তারক্লে। (দুকান অদু লৈনবা য়ুমগা ফাওনবা মরল্লা লাঙলিবা মীশিংদু ইমুং-মনুংগী মী ঙাক্তনি।)

সত্যব্রতনা হাংদোক্লিবা থোঙগী মপাদা চঙদুনা করি থৌদোক থোকখ্রবগে হায়না য়েংলকই। মহাক্কা উরে ইমুংগী মী ময়াম অদু ইপা পাখৎনা দুকান্দার অদুবু লাক্লবগুম তৌনা লৈরি, মবৃক কংবা দুকান্দার অদুনা বাক্সিদা মখূৎনা থিল্লগা থক্কৎপা খোনফমদা মখোয়দা ৱা অমা-অনী ঙাঙলি।

সত্যব্রতনা উরে দুকান্দার অদু শোক্লে, মাগী মনাতোন, মচীনবান্দা ঈ খরা চেম্হরকই। দুকান্দার অদুনা মপাল্লোমদা মখূৎ অমুক থিন্দুনা ইমুংগী মীশিংদা ৱা খরা অমুক হায়রকই। ইমুংগী অহল ওইবী নৃপী (দুকান্দারগী নৃপী) অদুগা মচাশিং খরগা মঙোন্দা ওমশিন্দুনা ৱা কয়া ঙাঙনরকই। অমনা হংলকই, "লৃপা কয়ানো?"

"লৃপা লীশীং মঙানি", অতোপ্পা অমনা খুম্নকই।

সত্যব্রত ভাব তারে ইমুংদা চঙলম্লিবা নহা অনী অদুনা দুকান্দার অদুদগী লৃপা লীশীং মঙা লৌখ্রে, অদুগা মাবুসু থীনা ফৃবিরম্লে। মহাকসু মখোয়গী মরক্তা চঙদুনা অশোকপগী ফীবম অদু য়েংবা য়াওরে। দুকান্দার অদুনা মাবু পুরা মুন্না খঙবা নত্তবসু মঙোন্দগী পোৎ অমুক অনীরক লৈবদগী মাবু হাইফেৎ মশক খঙই। ইকুই কুইদনা লৈকাইগী মী অতৈসু মফম অদুদা ওমশিল্লক্লে।

মতম অদুদদি কন্না তারম্বা নোং অদু ফনা য়াম্না পারক্লে।

সত্যব্রত মফম অদুদগী থোরক্লে। মহাক কোন্নতা ভাব তারকই দুকান মনুংদা ব্রা কন্না ঙাঙনরকপা মতমদা মপান্দা লেপহৌবা অব্রাংবা নহা অদুনা মঙোন্দা য়েংলকপা মীৎয়েংগী অর্থ অদু; লেপ্লিবা নহা অদুনা মপান্দা মী শঙবা ওইনা লৈরিবনি হায়বদু মহাক খঙলকই। মহাক চৎনা চৎনা মঙগুম্নবা থৌদোক অদুগী মরমদা খনবা হৌরকই। মহাক নহা অহুম অদু মুন্না উহৌই, মৈতৈ মচাগী অচম্বা, মরাল লৈতবা, লৌথূপ-লৌকোই লৈতবা মানবা মায়থোঙশিং অদুগা মখোয়না তৌরম্লিবা থবক অদুগা য়াম্না চাশিন্নদবা অমা ওইনা মাগী মপুক্লীংদা ফাওরকই।

খরা চৎলবা মতুংদা নোং অদু পুরা হাংখ্রে। নুমিদাং পুং তরেৎ মখায়মুক তারম্লগনি। খঙহৌদনা অতিয়াদু কুপ্লিবা অমুবা অমম্বা লৈচিলগী মরক্তগী থব্রানমিচাক খরা কুফেৎ-কাফেৎ ঙানবা উরক্লে। নোংগী মরীক-মফোল পুবা নুংশিত্তি তপ্না তপ্না শীৎলি; শজিবু থা ওইরবসু নোং চুখিবা মরম্না খরা ঈংই। সড়ক্কী নাকন্দা হৌবা উপালদা নুংশিৎনা হুম্বদা নোংগী ঈরিক পক্লবা উনা অমদি উশাশিং অদু থেংজিন্নদুনা নোংগী মরীকশিংদু লৈমায়দা পোপ পোপ তারকপগী মখোল তারি। নোংদুনা খঙহৌদনা থলহল্লম্বা ঈরম অমদি নালাদা ঈশিংনা চেনবগী জ্রো জ্রো লাউবা মখোল থোরকই। নোংগী মফোলনা লৈচিল-নোংফাই থাংহল্লবা মালং, সড়ক্কী মৈঙাল অমদি য়ুমগী থোঙনাউশিংদা উবা মৈঙাল পুন্নমক অদু অচীকপা নুমিদাং অদুদা তোপ তোপ্পা শক্তম ঙাক্তা ওইনা মাগী মমীত্তা উরকই।

মহাক চৎনা চৎনা ঙসায়গী দুকান্দার অদুগী মুশুক মুনা খাম্বা মমায়, মচীনবান অমদি মনাতোন্দা চেম্ব্নরকপা ঈ অদু মমীত্তা শংশংনা উদুনা লৈরে; মাগী ইমুংগী মীওইশিংনা উপায় লৈতনা পাখত্নুনা কোয়চেন চেন্নবা অদু মহাক থম্মোয় শোক্লা নুংঙাইতবা ফাওই। তমথিরবা উমংগী শা চঙলম্বগুম থোকহল্লিবা অব্রাবা থৌদোক অদু মহাক নীংশিংবদা অকি-তজুংবা পোক্লকই।

ময়ুম য়ৌরগসু মহাক ঙসিদি থৌদোক অদুতবু নীংশিংদুনা লৈরে। মহাক চাক চাবা তোক্লগা ফমুংদা হীপ্না হীপ্না নহারোলশিং অদুগী পুক্লীংদা লৈরিবা তমথিবা, মীনুংশি য়াওদবা ব্রাখল কয়া অদুগী মরমদা খনবা হৌরকই। নীংবা থুংদবা, মমা-মপানা নীংথিনা নাউকোন্দবা, ব্রারক-ব্রাতেমদবা, শেল-থুমগী ফীবম ফত্তবা, সমাজদা মোৎপা, শেঙ্গা-থুমজা তৌবা, চাওখৎলকপগী মতুং ইন্না অকে-অমৌগী পোৎ-চৈগী জগত্তা ঙাওনবা, নুংঙাইবগী থাক খেন্নরকপা অসিনচিংবা মরম কয়ানা মখোয়বু অদুগুম্বা লমচৎ ফত্তবা মীনুংশি য়াওদবা থম্মোয় কনবা ফীবম অদু

ওইহল্লম্বা য়াই হায়না মহাক্কী পূক্কীংদা খল্লি; অদুবু মরমশিং অদু ঙাক্তননি হায়বদি মহাক য়ানীংদে। মসি মী মীদসু য়াগ্গ লৈ হায়না মহাক্কা লৌই। করিনা মী অমবু অফবা ওইহল্লিবনো, মহাকপু চাওখৎপগী নত্তুগা মমল লৈবা মীগী থাক্তা করিনা কাহল্লকপগে হায়বসি মুন্না খল্লুরবদি মদু মী মীদুগী নুংগী ওইবা শক্তি, উইল অদুদা য়াগ্গ লৈ; মপালগী ওইবা অকোয়বা সমাজগী ফীবমদা ঙাক্তা তাইশিন্দুনা মীনা মশানা তৌবা ফত্তবা থবক খূদিংমক্কী মরম অদু মদুদা থৈজিনফম থোক্তে হায়বসি মাগী ৱাখলনি।

জাতি অমগী নত্তুগা সমাজ অমগী অৱাবা, খুদোংথীবা, চাওখৎপা, চাওখত্তবা ফীবম পূন্নমক অসিনা মদুদা লৈরিবা মীগী পূক্কীংগী ফীবমবু শেম্মী। মসিনা চাউরাক্লা মীওই মখল মরিখক থোকহল্লকই — অহানবদা, সমাজবিরোধী ওইবা থবক কয়া তৌরক্তুনা শীংনরকপা মীওই; অনীশুবদা, সমাজগী মশক অদুদা পেস্লোক্তুনা, নাচুংদনা লৈবা মীওই; অহুমশুবদা, অফবা থবক কয়া তৌদুনা অখাঙ কন্না সমাজগী ফত্তবা শরূক অদু শেংদোক্লবা হোৎনবা মীওই; অকোনবদা, সমাজগী থবক্কী লমদা চোংথোরকপা নত্তুবসু সমাজদা অফবা ৱাখল কয়া পীদুনা লমজিং লমতাক পীরিবা মীওইশিং অসিনচিংবনি। অকোনবগী মীওই মখল অনী অসিবু মহাক্কা অফবা ওইনা খল্লি; মরমদি মখোয়গী থবক অসি ধর্ম্মগা মরী লৈনৈ। ধর্ম্মগী ওইবা অচুম-অরানগী বিচারনা পুন্দবা থবক অমতা মহাক্কা অফবা ওইনা খনবা ঙমদে। ফত্তবা, পূকচেল কনবা, মীনুংশি য়াওদবা, লমচৎ নাইদবা থবক পূন্নমক অসি ধর্ম্মগী মায়য়োক্তা তৌবা থবক্কি হায়না মহাক্কা লৌই, করিগুম্বা মখলগী ফূন-চৈনবা, হাৎন-শুনবা হায়বা অসি অচুম্বা মরম অমগীদমক্তনি হায়বসি মহাক য়ানীংদে, থবক অদুমক্তদা মরাল অদুম য়াওরে, মরাল অমবু অতৈদা শীজিন্দুনা অতোপ্পা মরাল অমা তৌবা হায়বসি অচুম্বা নত্তে হায়না মহাক্কা খল্লি।

মহাক হীপ্পা হীপ্পা সমাজদা ওইরিবা ফীবমগী অমদি ঙসায় থেংনরকপা থৌদোক অদুগী মরমদা ৱাখল তরেৎ তরা থোক্লা খল্লম্নগা খঙহৌদনা তূমথখ্রে।

# ১৩

নুমিদাং অদু মোবী, রোশন অমদি ইবোহল মখোয় অহুম অদু নোং মরক অদুদা দুকানদগী চেনখ্রগা মোবীখোয়গী লৈকাইদা লৈবা ক্লব অমদা থুগ্নুনা লৈ। ক্লবতুগী কা অমগী মনুংদা মী অমা-অনীদি কেরোম শান্নরি। থংনবা কা অদুনা লাইব্রেরিগী কানি। মদুদা কনামতা লৈতে। মখোয় অহুম কা অদুদা ফাল অশাংবা অনীথক্তা মায়য়োক্লনা ফম্লগা ৱারী শারকই।

"সি য়ৌরবদি ঈংথবা য়ারে", মোবীনা থোঙনাউদগী অমম্বা লৈরকলোমদা য়েংলগা মমীৎ-মনা শিংনা হায়রকই, "কনামতা তান্নরক্ত্রবা নত্ত্রা?"

"কনামতা তান্নরকপা উদে", রোশন্না হায়রকই।

মখোয় নোং চোৎপগী মশাদু খরা নিংথন্না উই।

মফমদু য়ৌনা মী কনামতা তান্নরক্তবগী ঙহাক খরা ঈংথনা লৈরম্লগা মোবীনা খঙহৌদনা করিগুম্বা ৱাফম অমা থংনীং নীংশিংলকপগুম তৌনা হায়রকই, "ঙাইখো, অতৈ লায়রি, ঙসায় দুকানগী মাঙ্গোল মচীদা নোং থুপহৌবা নুপা অদুনা ঐখোয়বু মশক খঙলমগদ্রা? মহাক্না ঐখোয়বু মশক খঙদুনা করিগুম্বা পুলিসতা তাক্লম্লবদি . . .?"

রোশন ৱাফম অদু পল্লকপদা শকফম খরা ওনখি। মহাক্না সত্যব্রতবু মশক খঙই, অদুবু সত্যব্রতনদি মাবু মশক খঙলম্লোই হায়বসি ভাবনা খঙই, মরমদি অঙাং ওইরিঙৈদা সত্যব্রতনা মাবু মরক মরক্তা উখ্রবসু হৌজিক্তি চাউরক্লগা মাগী মশক অমদি ফীবম্লচিংবা য়াম্রা ওল্লে। মানা মনাক্তা লেপ্লা অদু সত্যব্রতনা মাবু মশক খঙবগী ইঙ্গিৎ অমতা মহাক্না উখিদে।

রোশন্না মমান্নবশিং অদুদা ইকাইদুনা মীশক অদু কনানো হায়বদু হায়দোক্লে; মহাক্না অসিতমক হায়রকই, "মীশক অদুনা ঐখোয়বু করিসু খঙলম্লোই, মদুগীদমক নুংশাথীনিংঙাই লৈতে।"

অদুদগী মখোয়না মথংদা তৌগদবা থবক থৌরমগী মরমদা খন্নদুনা লৈখ্রে।

মোবীনা হৌগত্তুনা মমাঙলোমদা পাল্লিবা থোঙনাউ অদু চেকশিন্না লোনশিল্লে, অদুগা মাগী হান্নগী ফমফম অদুদা অমুক চঙশিন্দুনা ফম্নগা মানা লৌরকপা লূপা লীশীং মঙাগী মপুন অদু জেকেটকী ফূরিৎখাউ মনুংদগী পুথোক্লুনা য়েংলকই। লেডর জেকেটকী ফূরিৎখাউদা হাপ্লা পৈশা অদু নোং অমতা চোত্তে।

তাঞ্জা অদুদা থংনবা কাদা কেরোম শান্নদুনা লৈরিবা মমান্নবশিং খরদু করিগুম্বা ৱারী অমা শাদুনা নোকপা মখোল তারকই। অদুদগী মহাক্না পৈশা অদু থুনা অমুক মাগী ফূরিৎখাউদা হাপচিনখ্রে।

মহাক্না হায়রকই, "ঐখোয় য়ুমদা চঙলসি, সিদদি নুংঙাইররোই। অচোৎপা ফিরোলশিং অসিসু হোংদোক্লবদি নুংঙাইত্রে, হৌজিক করিসু তৌররোই।"

মখোয় অহুম ক্লবতগী থোরক্লগা অমম্বা সড়কলোমদা চৎখ্রে।

মথংগী নুমিত্তা মখোয় পৈশা অদু য়েঙ্গোক্লদুনা অপাম্বা মমল অতাঙবা ফিরোল কয়া লৈ। অরেম্বা পৈশা খরা অদুনা নুমিৎ খরনি অচা-অথক, নেশা চাবনচিংবা তৌদুনা নুংঙাইথোকই। হৌজিক মখোয়দগী মীওইবগী অফবা গুণ হায়বদু পুরা মাঙখ্রে; পূকচেল কনবা, তমথিবসু য়াম্না হেঞ্জিল্লক্লে।

নোংমা নুমিদাং অমনি। মখোয় অহুম ক্লব মমাঙগী লম্পাক্তা ফমদুনা অনৌবা ৱা অমা অমুক তান্নবা হৌরকই। মদু লংফৈদা কোয়বা চৎনবগী ৱারীনি। মখোয়না ভারতকী চাওখৎপা সহর কয়াগী শক্তম, মরু ওইবা য়েংবা য়াবা মফমশিং অমদি অচৌবা হোটেলনচিংবা কয়া য়েংনীংলকই, ইম্ফাল সহরদা ঙাক্তা ঙাওবনা মখোয় পেনবা ঙম্লক্ত্রে। (মখোয়না লংফৈদা লাইরিক তম্বা মমান্নবা নত্ত্রগা লম কোয়রুবা মী অতৈদগী মীৎ থক্লা ফজরবা ফাইভ ষ্টারগুম্বা হোটেলদা চা-থকপগী, অচৌবা এয়র-কন্দিসন লৈবা হোলশিংদা সিনেমা য়েংবগী, অঙকপা ফূরা-দলান কয়া উবগী, প্রকৃতিগী ফজবা চীং-পাৎ, তুরেলশিং য়েংবগী ৱারী কয়া তাখ্রে, মদুনা মখোয়গী পূক্নীংবু য়াম্না মথূম-মরাঙ হৌহনখি।)

"ঐখোয় হন্দক্কী থা অসিগী মনুংদা শোয়দনা কোয়বা চৎলসি", মোবীনা অরেপ্পা ৱা অমা ওইনা হায়রকই।

রোশন্না হায়রকই, "অদুবু খূত্তা পৈশা পায়দনা হেক্তা য়াব্রা?"

"পৈশাদি থিবা তাবনি – খরা চাউবা শেনফম অমা", মোবীনা লুচিংবা ওইবগী চীংলেম্বা খোনফম অমদা হায়রকই।

ইবোহলনা মোবীগী ৱাফমদু য়ানীংনা হায়রকই, "উম, থিবা তাবনি, লংফৈদা চৎলবদি অচৌবা শেনফম অমা দরকার ওই। মখল-মখা কয়াগী খরচ তৌনীংঙাই লৈ – অপাম্বা পোৎ-চৈ লৈবা, হোটেলদা চঙবা, বস নত্ত্রগা টেক্সি তোংদুনা কোয়বা অসিনচিংবা কয়াগী।"

মখোয় অহুম মদুগী নুংঙাইবা রাগ শাগত্তুনা চঙগদবা শেল অদু কদায়দগী ফংগদগে হায়না খন্নবা হৌরকই। ঙহাক খন্নরবা মতুংদা ইবোহলনা ৱাফম অমা হৌদোরকই। মহাক্না হায়রকই, "তেরাদা ঐগী ইমান্নবা অমনা ভারা লৈবা য়ুম অমগী মনাক্তা মতোমতা লৈবী চহী হুম্ফু হেল্লবী চাউবী কৌবী অহল অমা লৈ। মহাক্তু মরল য়াম্না পায়বীনি, সনা বন্ধান লৌবদা মমিং চৎলি। ইমান্নবা অদুনা ঐঙোন্দা হায় মহাক্কী বন্ধান লৌবগী সনাশিংদু অচৌবা কৌতা কয়াদা হাপ্তুনা থম্মী।"

ৱাফমদু হেক তাবদা মখোয়না খন্নরিবা হীরম অদুগী ফল অমা তারবগুম মোবীনা চেকশিনবা খোনফম অমদা হনুবী অদুগী মরমদা হংবা হৌরকই – হনুবী অদুনা লৈরিবা ময়ুম, মদুগী অকোয়বা ফীবম, মাগী মরী-মতা, লৈমিন্নবা মীশিং অসিনচিংবা।

ইবোহলনা হায়রকই, "মদু পুন্নমক অদুদি ইমান্নবা অদুদগী খঙগদবনি।"

"উম, চুম্মী।"

মোবীনা ৱাখল মুন্না খল্লগা হনুবী অদুগী মনাক্তা লৈরিবা ইবোহলগী মমান্নবা অদু য়াম্না মরু ওইবা মী অমা ওইনা লৌদুনা মাগী মমিং হংলকই অদুগা মাগী মরমদসু কৃপ্না হংবা হৌরকই।

"মাগী মমিং ইতোচা কোই", ইবোহলনা হায়রকই, "ঐগা মরক মরক্তসু দ্রগ চামিন্নৈ।"

মোবীনা মখোয়গী অনীংবা থৌরাঙ অদু পাঙথোক্লবগী ওইবা য়াবা লমদা খরা নকশিল্লক্লবগুম তৌনা পূক্নীং মকালাম্না মঙক নোম্লকই অদুগা ইবোহলদা চেকশিন্না হংলকই, "মহাক করম্বা মীনো, মীনা ৱা হায়বদা য়াগনবা মীতাৱা?"

"উম, মহাক ঐনা হায়রবদি শোয়দনা য়াগনি, তিন্নবদা য়াম্না নুংঙাইবা মীনি। দ্রগ চাশি হায়রবদি তৌসি হায়বদা মানা য়াদবা থবক অমতা লৈতে।"

"অদুদি মাগা ব্বারী অমুক্তং শাবা তারে, মহাকসু ঐখোয়গী লম কোয়বগী খোঙচৎ অসিদা য়াওহনসি, দ্রগ চাবতা নত্তনা মখল-মখা কয়াগী নুংঙাইবা ফংগদৌরিবনি হায়না মঙোন্দা ব্বারী শাসি। মহাক্কী মতেং য়াওরবদি হনুবী অদুদগী পৈশা লৌবা ইরায় লায়।"

অরুবা ব্বাফম অদুবু মমান্নবা ইতোচাদা হেক্তা হায়গদবদু ইবোহল খরা চিংননা থোকই, অদুবু দ্রগ পল্লবদি শিবা কিদবা ইতোচানা মদুগী মরমদা শোয়দনা খঙ্গরকপা য়াই হায়বা অসিমসু মহাক্না খল্লি। মহাক্না খঙবা অমা লৈ ইতোচাসু দ্রগ চানবা শেল ব্বাৎলক্তুনা মীঙোন্দগী পৈশা হুরাল্লকপা কয়া য়াওখ্রে। ইতোচা মশামক হনুবী অদুগী মরল-মথুম কয়াদুগী মরমদসু কল্লক্তুনা য়াম্না ঙাওলিবা মীশক অমনি।

"অদুগা করিগুম্বা মহাক্না য়ারক্লবদি থবক অদু করম্বা মওঙদা পায়খৎকনি?" ইবোহলনা হংলকই।

"মহাক্কী মতেংনা নুংদাংদা হনুবী অদুগী ময়ুমদা চঙনবা হোৎনগদবনি, অদুগা মঙোন্দা কিহল্লগা পৈশা অমদি সনা পুথোরকউ হায়গদবনি," মোবীনা হায়রকই।

"করিগুম্বা পীয়ু য়ারক্লবদি কমদৌবা?" রোশন্না ঙসায়মখৈ তৃমিন্না লৈরুরগা ব্বাখল অমদা ইতাউ তাউনা হায়রকই। মহাক মহৌশা ব্বাঙ্গুরুবা অদুগী মতুংদা ব্বাখল ইখন খঙ্গুবা ঙমদবা অমা তৌই।

মাগী ব্বাহং অদুদা মোবীনা খরা শাউরপ্না হায়রকই, "অদুগুম্বা ব্বাহং অদু করিগী হংলিবনো? পীয়ু য়াদ্রগা মহাক খুদোংথীবা নংজবা তাই। ঐখোয়গীদি উপায় অমনা হেক্তা লৌগদবনি।"

মাগী শক্তি লৈবা ব্বাহৈ অদু তাবদা রোশনগা ইবোহলগদু তৃমিন তৃমিন লৈখ্রে। মোবীনা হায়রিবা অদুদগী মখোয়না তৌরুগদবা মওঙ অদু হাইফেৎ ব্বাখলনা লাম্বা ঙম্লকই।

নুমিৎ থেঙজিল্লক্লে।

ক্লবকী মনুংদা নহারোল খরদি কেরোম শান্নদুনা লৈ অদুগা অতোপ্পা খরনা ব্বারী শাদুনা, খবর পাদুনা লৈ। মখোয় অহমদি মপান্দা ফম্নগা লনাইগী ব্বা অদু তান্নবা লোইরগা ময়ুম ময়ুমদা চৎনখ্রে।

মথংগী নুমিত্তা ইবোহলনা ইতোচা হায়রিবা মমান্নবা অসিগী লৈফমদা চত্তুনা মখোয়গী থৌরাঙ অদুগী মরমদা হৌদোক্লুরে।

ইতোচা হায়রিবা মীশক অসি মী ৱাংই, মমায় চপ্পী, মমীৎ কুৎলি, চরান্নবা শক্তা অমা তাই। ইবোহলনা মঙোন্দা ৱাফম অদু হৌদোরকপদা মহাক থোইনা ঙকপা উৎলক্তে, মহাক মশামকসু হূরান-চিঙ্গীগী থবক্তা হৈনবা, মীগী মরল-মথুম মিকাবা মীশক অমা ওইবা মরম্না ৱাফম অদু হৌদোরকপদা মহাক থোইনদুম পূরক্নীং চঙনা উই। মহাক্না ৱাখল থল্লগা হায়রকই, "ঐ লংফৈ চৎপদি য়াওরোই; অদুবু মদু তৌবদা ফংলকপা শেল অদুদগী ঐগী কয়া পীগনি?"

"মদুদি ঐখোয় পূন্না অমুক্তং তান্নরগা লেপকদবনি।"

অদুদগী ইতোচানা ঙহাক্তং তুমিন্না লৈরুরগা হায়রকই, "ঐদি নক্না লৈমিন্নবনিনা য়ান্না লুই, ঐ য়াওবগী ইঙ্গিৎ খজিক্তং ফংহনবা য়াদে। ঐগী হায়ববু নখোয়দা মাগী ইমুংদা চঙনবগী লমজিং অমতং পীবতনি।"

"উম, উম, অদুনি ঐখোয়না পাম্নিবসু," ইবোহলনা মাগী ৱা অদুদা য়ানীংনা হায়রকই।

ইতোচানা মহাক হনুবী অদুগী ইমুংদা চঙবা য়াওদনা — হায়বদি পৈশা মুনবগী থবক অদুদা মশামক পুরা য়াওদনা শেলদু ফংগদৌরিবনি হায়বা ৱাখল অদুদা মদু লেন্না ফংগদবগুম নুংঙাইনা উই।

মহাক্না ইশম শন্না হায়রকই, "ফরে, অদুদি নঙগী নমান্নবা অতৈদু কদায়দা উন্নরগা অরোইবা ৱা অমা লেপথোক্লগনি?"

"হোরেন নুমিদাং ঐখোয়গী লৈকাইদা লাকউ অদুগা ক্লবতা চঙলকউ, ঐখোয় ঙাইরমগে।"

"পুং কয়ামুক্তা?"

"পুং তরেৎ অদুৱাইদা।"

"ফরে, ঐ শোয়দনা লাক্লগে।"

ইবোহলনা মাগী মনাক্তগী খজিক্তং থোকখ্রগা মমান্নবা অদুনা তান্নদুনা অমুক হায়রকই, "ঙাইখো, ঐ ৱা অমা হায়খিগে, চানবা খরসু থৌরাঙ তৌরম্মুকো।" (মানা চানবা হায়রিবা অদু দ্রগনি।)

"উম, শোয়দনা তৌরমগনি।"

ইবোহল ইতোচাগী মনাক্তগী হনখ্রে।

নুমিৎ অদুগী নুমিদাংদা হায়নবা মতুং ইন্না ইতোচা ইবোহলখোয়গী লৈকাইদা লৈবা ক্লব অদুদা লাক্লে। ক্লবকী মমাঙদা লৈবা লম্পাক অদুদা মাগা মোবী, রোশন

অমদি ইবোহলগা উন্নরে। মখোয় মরি মফম অদুদা ফমদুনা দ্রগ চানা চানা হনুবী অদুগী ময়ুমদা চঙনবগী অকুপ্পা থৌরাঙ অদু খন্নবা হৌরকই। অহানবদা মখোয়না চঙগদবা নুমিৎ অদু হান্না খন্নরকই। মদুগী মতাংদা মখোয় মত খরা খৈন্রে। মোবীগা ইতোচাগনা থাবল ফরবসু থবক অদু থুনা হেক্তা পাঙথোকপা পাম্মী; অদুগা ইবোহলগা রোশনগনা থামম্বা ঙাইবা পাম্মী। মখোয় মদুগী মরমদা ঙহাক য়েৎনরে। ইবোহলগা রোশনগনা হায়রিবনা মতম খরা চঙনা হনুবী অদু শেন্নদুনা য়েংবা ফৈ, অদুগা থামম্বা মতমদদি মখোয়গী চেনবগী অমদি লোৎপগী খুদোংচাবসু লৈ অসিনি।

মোবীনা মদু য়ানীংদে। মহাক পৈশাদু য়াম্না থুনা ফংনীংই। মহাক্না মরূপ অনীগী মত অদু পাঙদবা মীগী মতনি হায়না লৌই। মহাক্না নাপল অমগা লোয়ননা হায় মীনা তান্নরকপগী ৱাদি মহাক নুংথিল পোবোপ্তা ফাওবা ফাহন্দবা ঙম্মী।

ফনা কুইনা ঙাঙনদুনা মত পীনরবা মতুংদা মোবীদু খরা ঈংথগ্রে, মহাক্না মরূপ অনীদুদা হায়রকই, "ফরে, অদুদি নখোয়না খুদোংচাগনি খনবা নুমিৎ অমা হায়রো।"

"পূর্ণিমা মতুং মঙানি কোনবা অদুৱাইদা খুদোংচাগনি — থাবল থোক্ত্রিঙৈদা," ইবোহলনা হায়রকই।

ৱাফমদু মখোয় য়ানরে। মখোয়না লেপ্নবা নুমিৎ অদু ইরাই নুমিৎনি।

মদুগী মতুংদা মখোয়না ইমুং অদুদা চঙগদবা মওঙদুগী মতাংদা কুপ্না অমুক খন্নবা হৌরকই। ইতোচানা নুপী অদুগী থোঙ ফাৎপা মফম, মাগী তুম্বা মতম, মাগী য়ূম-হিঙ্গোলগী অকোয়বদা লৈরিবা ফীবম, লম্বী তাবা য়াবা ফাওদোকফম কয়া মচা খায়না তাক্লকই। মহাক্না নুপী অদুগী পৈশা থম্ফম অমদি সনা থম্ফম উপুগী লৈফম ফাওবা তাক্লকই। মহাক্তি হনুবী অদুগী কাদা ঙহাক লৈতনা চঙবনিনা মদু পূন্নমক অদু মুন্না খঙই।

"করম্বা তাঞ্জাদা চঙগদগে হায়বগী মওঙদু অমুক্তং হায়য়ু," মোবীনা খরা ঙাইঙমদবা মতৌ উত্নুনা হায়রকই।

ইতোচানা হায়রকই, "হনুবী অদুনা চাক থোংবগী খুজাম হৈদোকপা মনীংথোঙ হাংদোক্নুনা হেক হেক থোকই, মদুগী তাঞ্জা য়েংদুনা চঙবা য়াই।"

মোবীনা হায়রকই, "মদুগী তাঞ্জা ঙাইবা অদু খুদোংচাগদবা মান্দে, নাতৈ চাদ্রগা কুইনা ঙাইবা য়াই, নত্রগা শূকথোক থোরক্তবসু য়াই। মদুগী মহুত্তা ইচম চম্না ৱা অমা হায়গে হায়দুনা থোঙ হেক্তা হাংদোকহনসি।"

"মদুদি নুংদাং অদুদা মশক-মশাসু খঙদনা করম্না থোঙ হেক্তা হাং-দোরক্কনি?" ইবোহলনা হায়রকই।

মোবীনা ঙহাক রাখল খম্নরকই, অদুগা ইতোচাদা অমুক হায়রকই, "ঙাইখো, মাগী অনকপা মরী-মতানচিংবগী মমিং নহাক খঙবা য়াওব্রা?"

"য়াওই, মাগী মনাউনূপী ইবেচো কৌবী ললোনবী অমা লৱায়দা লৈ, মাগী মনাক্তা মরক মরক্তা লাকই।"

"উম, ঐখোয় মাগী মনাউনূপী অদুগী লৈকাইগী মীনি, মহাক লম্বীদা খুদোংথীবা অমা থোক্তুনা পাউ পীবা লাক্লিবনি হায়না মাবু কৌসি। অদু ওইরবদি মহাক থোঙ শোয়দনা হাংদোরক্কনি," মোবীনা থৌরাঙ অদুগী অরোইবা ৱারেপ ওইনা রোশন অমদি ইবোহলদা ওনশিন্দুনা হায়রকই।

মখোয় ৱাফম অদু য়ানরে। ইমুং চঙবগী ৱাফম অদু লেপ্পরবা মতুংদা ইতোচানা মদুদা মাগী ফংফম থোকপা শেলগী মতাংদা হৌদোক্তুনা হংলকই।

"নহাক্কী কয়া পাম্মী হায়য়ু," মোবীনা হায়রকই।

"ফংলকপা শেল নত্তুগা সনাগী শরুক মরি থোকপগী শরুক অমদি পাম্মী," ইতোচানা হায়রকই।

মদু তাবদা মোবী মানা হায়রিবদু য়ামল্লি হায়বগী মওঙদা ঙহাক লকক তৌনা তূমিন্না লৈ; অদুবু থবক অদু পাঙথোক্লবা হোৎনবদা মায়পাক্লবা লংলা লংজীন লোইনা তাক্লিবা মী অদুগী মরুওইবদু খঙনা মহাক্না হায়রকই, "ফরে।"

মখোয়না মদুগী মরমদা ৱারী শারগা ময়ুম ময়ুমদা হন্নখিবদু পুং মাপল মখায়মুক তারম্লেগনি।

চিত্রা চাক চাদনা মচানূপা রোশন হল্লকপা ঙাইদুনা ফমুংদা হীপ্পুনা লৈ। মচানা মথোঙ চাদবা থবক কয়া তৌরবসু, মহাক্কী নুংঙাইতনবা কয়া শীল্লবসু মহাক মচা অদুগীদমক ৱাদবদি শূকঙম ঙমদে।

রোশন্না হল্লকপা মতমদা মহাক্না থোঙ হাংদোক্লগা হায়রকই, "ইবুংঙো, খন্না ঙন্না হঞ্জিল্লকপা য়াদ্রা?"

চিত্রা মচা অদু অঙাং ওইরিঙৈ মতৌগুন্না কন্না ৱারক-ৱাতেম্বা ঙমদ্রবদা অয়াম্বা মতমদা ঈংথনা ঙাঙলে।

রোশন মমীৎ-মনা ইতু তুথনা মমানা হায়রিবদু তাবগুম তাদবগুম তৌনা মাগী কাদা চঙখ্রে।

চিত্রানা মাগী মতুং ইন্নরগা হায়রকই, "ঐনা হায়রিবসি তাব্রা?"

রোশন ইথৌ থৌশাদনা মাগী ফমুংদা ফমথরগা মখুৎনা মরাইবক্তা শৌদুনা লূকথরগা তূমিন্না লৈ, মমানা ঙাঙলিবা অদু মাগী নাকোংদা ইচঙ চঙদে।

"ইমা, থোকখ্রো! য়ান্না তানীংদ্রে," মহাক্না মঙক খজিক্তং হাইরদুনা শূকথরগা হায়রকই, "ঐ অঙাং মচা নত্ত্রে, ঐবু অসুন্না 'সুম পান্নবা তৌরনু।"

চিত্রা শকফম হঞ্জিন্না লৈ। মহাক করিগুম্বদা মচাদুনা অশাউবা মীচৈগা লোয়ননা মঙোম্দা ধমকা তৌরকপা কয়া থেংনখ্রে। রোশন্না শাউরগা মমীৎ-মনা শংদোক্তুনা, মখা চীক্তুনা, মচীন থীদুনা মঙোন্দা লাউরকপা মতমদা মহাক থেম্বগুম তৌনা খোল ঈংথনা ঙাঙই নত্ত্রগা মাগী মনাক্তগী হন্দোকই নত্তবদি মাগী খুদোংথীবা থোকপা য়াই হায়বা ফাওবা মপুক্লীংদা খল্লি। অদুবু ঙসিদি চিত্রা রোশন্না মমীৎ-মনা ইতু তুথনা দ্রগ চাবগী ইঙ্গিৎ উবা অদুদা খঙহৌদনা ফাথবা ঙমদনা শাউদুনা চৈবা হৌরকই, "করিনো নঙনা তৌরিবা অসি? নঙনা খুশি তৌরগা ৱা অমতা অসুম ঙাঙদবা য়াব্রা? নঙগী হাক্তক্তা ঐ শিগদৌরি। করিগীনো নঙনা অদুক ফত্ত্রিবা?"

"শিখ্রো অদুদি," রোশন্না শাউনা হায়রকই, "নহাক্তি কয়াম ফবা মীনো?"

মাগী অর্থ লৈবা ৱাদু তাবদা চিত্রা মপুক্লীংদা থুক লাউরকই, খঙহৌদনা ইকাইবসু পোক্লকই, মমীত্তা পিগী ঈরা চেল্লকই। মানা মাগী হৌখিবা পুন্সীগী থৌদোক কয়া নীংশিংলকই। মচানা মদুগী মরমদা পেন্দবা মান্না অপান্ননা অর্থ লৈনা ঙাঙলকপা অসি ঙসিগী অসিনা অহানবনি। মহাক ঙহাক ফুম্বঙননা তূমিন্না থৱায় নুংঙাইতনা লেপ্তুনা লৈ। অদুদগী মহাক্না মপুক্লীং নুংশিনা হায়রকই, "ফরে, ঐ শিখ্রগা নহাক নুংঙাইগদবা লৈরবদি, ঐদি নঙগী হাক্তক্তা শোয়দনমক থুনা শিরগদবনি . . .।"

ফক্লাং ময়াদা মপি তৈথোক্তুনা লেপ্লিবী মমাদা রোশন্না অশাউবা মায়থোঙ অমগা লোয়ননা য়েংখৎলকই। মমানা ঙাঙলিবা অদুদা মহাক য়ান্না হৈনদবা মতৌ অমা উৎলকই।

চিত্রানা থম্মোয় শোক্না পেন্দবা মওঙদা ঙহাক অসুম মচাদুবু ঙাঙদুনা লৈ।

অদুদগী রোশন্না খঙহৌদনা লাউ-খোংদুনা ইমুংগী পোৎ কয়া লংবা, থুগায়বা হৌরকই।

মখোল অদু তাবদা ইমুংগী মী অতৈ—মবোক, মাম্মা, মনেনচিংবা কাদুদা চঙলক্লে। মখোয় ময়াম চঙদুনা রোশনবু খাম্বা হৌরকই।

চিত্রাদি কপ কপ্পুনা মচাগী কাদুদগী থোকখ্রে, অদুগা মাগী কাদা চঙদুনা মোন্দা মমায়দু উপশিন্দুনা কপ্পুনা অদুম লৈখ্রে। মহাক্না থৱায় শোক্না শেংফাত্তনা মুরুম মুরুম শোল্লকই, "'সিরা মচা পোকপগী নুংঙাইবা? ঐমুক লাইবক থীবা তাইবঙপাল অসিদা কনা অমুক লৈরমখিগনি? হে ঈশ্বর, ঐবু লৌশিনবীরো! ঐ হিংবা ওক্লে, ঐ হিংবা পামদ্রে, সংসার অসিদা ঐ হিংবগী অর্থ অমুক লৈত্রে!"

রোশনদু মবোক অমদি মাম্মদুনা ঙাঙলবসু ঙহাক লাউ-খোংলম্মী, অদুদগী মহাক খরা ঈংথখ্রে, পোৎ-চৈ থুগায়বা অদু তোকখ্রে।

মবোক্তু মাবু ঙহাক ঙাঙদুনা লৈরম্রগা কাদুদগী থোকখ্রে, ইমুংগী মী অতৈশিংদুসু থোকখ্রে।

থংনবা কাদা চিত্রাদি মাগী ফমুংদা অদুম কপ্পুনা লৈরি। মহাক মচাগী মনাক্তা অমুক চঙলুদ্রে।

নুংদাং অদু মহাক চাক চাদ্রে।

রোশনদি মবোকখোয়না থেমদুনা চাক খরা চারবা মতুংদা ফমুংদা চঙখ্রে।

মদুগী মতুং নুমিৎ খরনিদু মমা-মচা কৌনদ্রে। রোশন মমাগা কৌনদ্রগা হেন্না নীংতম্বগী নুংঙাইবদু ফংই, নেশা চাবা, অহিং থেঙনা হল্লকপা অদু অদুম তৌই।

পূর্ণিমা মতুং মঙানি কোনবা ইরাই নুমিৎ অদু য়ৌরক্লে।

রোশন হায়নখিবা মতুং ইন্না মমান্নবা অহুম অদুগা ক্লবকী লম্পাক্তা উন্নরে। মতমদু নুমিদাংগী পুং নীপালমুক তারম্রগনি। মফম অদুদগী মখোয় চুমদ্রীং চাউবী হায়রিবী হনুবী অদুগী লৈফম তেরা তান্না অদুম চৎখ্রে।

নুমিৎ অদুগী অহিংদু রোশন ময়ুমদা হল্লক্লে। চিত্রা মচাদুগা কৌনদ্রবসু মাগীদমক্তা নুংশাথীবা অমদি লাঙতক্লবা অমা মপূক্লীংদা কন্না পোক্লকই। মহাক অহিংদু তূম্বা ইয়া য়াদ্রে। নোংঙাল্লমদাই মতমদা ঙহাক্তং উরোন উরোন তূমথরুবদা মহাক হায়ফম খঙদনা কিবা মঙ অমা মঙলে। মাগী মচাদু মখুত্তা থাঙ পায়রগা মশা-মউ, ফুরিৎ-খোঙ্গুউ পুন্নমক ঈনা ইতৈ তৈনা উরম্মী। মাগী মমীৎ অনী অদু ঈমুক ঙাঙলম্মী। মহাকপু উবদা চিত্রা পাখৎনা লাউগে তৌই, অদুবু লাউবা ঙমদে। রোশনসু মঙোন্দা ৱা অমতা ঙাঙদে, ঈ তৈরবা থাঙ অদু পায়দুনা তপ্না তপ্না মফম খঙদবা লম্মাঙ অমদা চৎখিরম্মী। চিত্রানা লাউদুনা মহাকপু কৌবদু মখোল

শূকথোক থোক্তে। মতম অদুদা মহাক মীকপ খংথোক থোক্লকই, মশাদু হুমাং কাংলম্মী। মঙ অদুদা কিখিবা অমদি পাখৎখিবা অদুনা মহাক্কী থবাক অদু মিহুল দঙ দঙ হুন্নম্মী। মহাক অমুক তুমথবা য়াদ্রে, মঙগী অকিবা দৃশ্য অদু মমীত্তা অদুম উদুনা লৈরে।

ঙহাক্কী মতুংদা নোং ঙানফুং ঙানফুং তৌবগী উচেক অমা-অনী খোংবা হৌরক্লে। মহাক তুম্বা য়াদ্রদুনা ওন-থোইনা ফমুংদা হীপ্তুনা লৈরম্বদগী হৌগৎলে। মহাক্কা ইমুংগী থবক নোম্রা নোম্রা মাগী নুংঙাইতবা মঙ অদুগী মরমদা ৱাখল মওল মওল খনবা হৌরকই। মহাক য়াম্না পোত্থাফম খঙদবা হৌরকই।

নুমিত্তুগী নুংথিলদা চিত্রাগী ময়ূমদা পুলিস লাক্কুনা মচানুপাবু হংলরে। পুলিসনা হায় রোশন মী হাৎপা থৌদোক অমগা চেন্নদুনা ফাবা লাক্লিবনি।

পাউ অদু তাবদা চিত্রা খোঙদগী তোন ফাওবা নীকখ্রে, লৱাইগী শম চপ চপ য়ুংখ্রে।

পুলিসনা মাগী ইমুং-মনুং চঙদুনা রোশনবু থি-হূম্বগী থবক তৌরম্নগা ফাবা ফংদদুনা চৎখ্রে।

চিত্রাদি জ্ঞান মাঙদুনা মাঙ্গোন্দা উয়ুংগুম্না লেপ্তুনা লৈহৌরে। মহাক মকোক ঙাওবগুম তৌনা মাঙ্গোলগী উখোঙদা ঙাদুনা মমীৎ উইশিল্লকই, অদুগা স্বরমপী শাংনা হোল্লকই।

মহাক্কা মচীন্দা খঙহৌদনা শোল্লকই, "ইস, ঐগী ইচাদুনা মী হাৎলুরবা! করি মতৌনো? মাঙলেদকো!"

মহাক নুমিত্তুগী অহিং অদুস্সু মীৎ কল্লা অমত্তা তুমদনা লেপ্লে।

মথংগী নুমিত্তদি চিত্রাগী মৌপ্পানুপা অজিতনা খবর পাবদা বোশনগী মবমদা ফোঙবা পাউ অমা থেংনরে। খবর অদুদা অসুম্না য়াওই তাং তরামঙা ইরাই নুমিৎকী নুমিদাংদা মোবী, রোশন অমদি ইবোহল কৌবা নহা অহুমখক্লা তেরাদা লৈবী চাউবী কৌবী হনুবী অমগী ময়ূমদা চঙদুনা পৈশা অমদি সনা লৌনবা হোৎনবদা হনুবী অদুবু থাঙনা থিন্দুনা হাৎলম্রে; থৌদোক অদুগা মরী লৈননা নুপী অদুগী য়ুম ময়াদা ভারা লৈবা নুপা অমগী মচা ইতোচা কৌবা নহা অমবু চিংনদুনা পুলিসনা ফাবদগী মানা হায়দোরক্কুনা মখোয় অহুমদু ঙরাং সন্ধ্যাদা মোবী হায়রিবা মীশক অসিগী ময়ূমদগী ফাবনি।

চিত্রা অৱাবা ৱাখলগী ঈপাক্তা লূপখ্রে।

ইমুংগী মীশিংনা পূল্লগা ব্লারী শানদুনা ব্লাফম অদুগী মরমদা করি তৌগদগে হায়না খন্নবা হৌরকই।

চিত্রাগী মৌপ্পানূপা অজিতনা পুলিস ষ্টেসনদা চত্তুনা মখোয়গী মরমদা হংলুরে। মখোয় মরিমক পুলিসকী কস্তদিদা হেন্দকফ চন্দুনা লৈহৌরে।

ময়ুম য়ৌরক্লগা অজিতনা পাউ অদুতং মচেদা খঙহল্লম্লগা ব্লা ইঙাঙ ঙাঙদনা মাগী কাদা চঙখ্রে।

চিত্রানা মাগী মতুং ইন্নদুনা মখা তাবা ব্লাহং খরা হংবদা মহাক্না হায়রকই, "মখোয় জেলদা থাজিনখ্রগনি হায়না পুলিসকী মীওইশিংনা হায়বকই।"

চিত্রা মমায মক্না মাগী কাদা চঙখ্রে, মাগী ফত্তবা মচা অদুগী মরমদা কনাগসু ব্লাবী শাবা পামদ্রে। ইমুংগী মীশিংনসু রোশনগী মবমদা ব্লাবী শানীংদে, মখোয়না মাবু নুংশিবদি লাযবদুনা তৃক্কচবা, হঙ্গোইবদুম পোকই, অকি-তৃজুংনীংঙাই ওইরবা মী হাৎপগী থবক্তা য়াওকববা বোশনবু জেলদা অদুম ফাজিনখিবনা হেন্না ফৈ হায়না মখোয়না খল্লি।

চিত্রাদি ব্লাখলনা ফুম্বংননা নুংগী মুর্ত্তিগুন্না তৃমিন্না মাগী ফমুংদা ফমদুনা লৈখ্রে। পিশক পীক্লিকৈঙদা মাগী ব্লাবক মখাদা লৈবম্বা নৌববা নুংশিববা মচা অদুনা নোংমা নোংমগী তপ্না তপ্না চাউবক্তুনা, মশক ওল্লক্তুনা ঙসিদি অকিবগী শক্তম অমা লৌববে। মহাক পুন্নমক অসি মঙগুন্না থোকই, খল্লুবদা অদুক্কী মতিক চমৈন্রে। মহাক্কী ভাবনা মমীত্তা উরকই মখূত্তা হেন্দকফ চন্দুনা পুলিস ষ্টেসনদা লৈরমগদবা মচাগী ফীবম, শক্তম অদু। মহাক ব্লাখল খল্লুবগা স্বব অসুম ফুনগৎলকই, করি তৌগদগে হায়বা কবিমতা খঙদে।

নুমিৎ অদুগী অথেঙবদা মহাক মশামক পুলিস ষ্টেসনদা চত্তুনা মচাদুগী মরমদা হংলুবে। অদুবু মানা চংপা মতমদুদদি মচাদু জেলদা থাজিনখ্রে হায়দুনা মফমদুদা লৈবমদ্রে, মাগা উন্নবক্ত্রে।

# ১৪

নোংমা সন্ধ্যাদা সত্যব্রতনা ব্রজমোহনখোয়গী ময়ূমদা অসুম কোয়থোকপা চৎলুবদা মাগী মরূপ্তু নাদুনা হোসপিটালদা লৈখিবা নুমিৎ মঙানি শুরে হায়না মাগী ইমুংগী মীশিংনা মঙোন্দা তম্লকই। মহাক্লা মখোয়দা ব্রজমোহনগী লৈফম্লচিংবা হংলগা হোসপিটাললোমদা অদুম চৎলে।

মহাক্লা ব্রজমোহন্না লৈরিবা কা অদুদা চঙলকপা মতমদা মহাক মোন্দা ঙারগা ফমদুনা লৈরম্মী, লাইরিক্লুম্বা অমসু ফাক্লুনা পারম্মী। মাগী নুপী ইন্দুবালানা কা মনুংদুদা থবক-ইথ্বাং নোমদুনা মাগী সেবা তৌদুনা লৈরম্মী।

ব্রজমোহন মানা চঙলকপা উবদা পারম্বা লাইরিক অদু থম্লদুনা মাবু কৌশিল্লকই, অদুগা ফমুং ময়াদা থাবা স্কুল অমদা মাবু ফম্লবা হায়রকই।

সত্যব্রতনা হায়রকই, "ঐ য়ূমদা চঙলুরে, ইমুংগী মীনা নহাক নাবগী পাউ তম্বদগী ঐ চুমদ্রীং অদুম 'সিদা লাক্লবনি। করি ওইনা নারিবনো, কমদৌরিবনো?"

ব্রজমোহন্না খুম্লকই, "কোক ঙাওবদগী য়াস্থগে তৌবনি, ডাক্তর য়েংহনবদা মখোয়না নুমিৎ খরনি হোসপিটালদা লৈয়ু হায়দুনা লৈরিবনি। হৌজিক্তি খরা ফরে, হকচাং খরা নুংঙাইরে।"

ইন্দুবালাসু ফমুং মনাক্তা লেপ্তুনা মপুরোইবা নাবগী মরমদা য়ারী শাবা অদুদা মতেং পাংদুনা য়াওরকই।

সত্যব্রতগী মরূপ ব্রজমোহন অসি অরুবা কেস কয়া থুনা পায়খৎনবা হোৎনবদা তূম্বা চাবা ফাওবা নীংথিনা ফংদবা মীওইনি। কেসশিংদুগী য়াখল খনবদা মহাক্লা সত্যব্রতদা হেক হেক কোক ঙাওবগী, য়াবগী য়ারী শাই। ময়ূমদা মাগী খাজিল্লবা অচৌবা শঙ্গোয় অমদা মাগী মখাদা লৈবা উকিল কয়ানা অয়াম্বা মতমদা থন্না থবক শূদুনা, তাইপনচিংবা তৌদুনা হেক হেক লৈ। মাগী থবক চিনবা মতৌ অদু উবদা সত্যব্রতনা অকিবা পোক্লুনা মঙোন্দা খরা পোখানবা হেক হেক হায়,

অদুবু মরূপপুগী পোখানবা মতম ফংদে। মাগী মতৌ অদু উবদা সত্যব্রতনা খনখি উকিলগী শিনফম অসি তশেংনা য়াম্না লুবা, পোখাফম খণ্ডদবা, নুমিৎ চুপ্পা ৱাই শংদবা শিনফম অমনি। মহাক খণ্ডই মাগী মরূপ ব্রজমোহন অসি অদুম্না থবক চিনমনবদগী মশা শোক্লুনা নারকপনি।

নুমিৎ অদুদি ব্রজমোহন মশা নুংঙাইরে, সত্যব্রতদা মাগী মহৌশা হৈনবী মওঙ অদুদা ৱা কয়া ঙাঙবা হৌরকই, মাগী নাবা হৌরকপগী, মশা নুংঙাইরমদবগী, মাগী লাইওঙ অমদি লায়য়েংগী মরমদা ৱারী কয়া শারকই।

মহাক্না ইন্দুবালাদা মাগী মরূপপুগী থক্লবা হৈ মহী খরা শেন্নবা হায়রকই।

ইন্দুবালানা হৈ মহী শেন্নিঙৈদা ব্রজমোহন্না সত্যব্রতদা তৃমিন্না হায়রকই, "য়েংউ, সরযুগী নূপাসু এক্সিদেন্ট অমদা শোক্লুনা ঐখোয়গী পরেং অসিগী কা অমদা লৈরি। মহাকসু মপুরোইবগী সেবা তৌদুনা লৈ; মহাক্না ঐখোয়গী ইন্দুবালাগা খণ্ডনরে, ঙরাং নুংদাং মহাক ঐখোয়গী কাদা লাক্লম্মী, ইন্দুবালাগা ঙহাক ৱারী শাদুনা লৈরম্মী।"

ব্রজমোহন্না খণ্ডহৌদনা ৱাফম অদু হায়রকপদা সত্যব্রত শকফম খজিক্তং ওনখ্রে; মদুনা মাবু নুংঙাইহন্দবগুম তৌনা উই। নূপী অমনা মপুরোইবগী সেবা তৌবা হায়বসি হৌনশানি, মাগী ভাবনা পূম্নমক্তু খণ্ডই; অদুবু মদুগী মরমদা অপান্ননা ৱারী শাবা, মদুবু খণ্ডবা নত্তগা উবা য়াবা মওঙ লাকপা অদুদি মঙোন্দা খাঙঙমদবা অমগুম থোকই।

"উম," সত্যব্রতনা অসিতমক খুম্নকই।

সত্যব্রতগী মতৌ উবদা ব্রজমোহন মাগী পূক্নীংগী ফীবমদু খণ্ডবগুম তৌনা সরযুগী মরমদা অমুক পল্লক্লে। মানা অতৈ অতোপ্পা ৱারী খরা শাবা হৌরকই।

কোর্টকী কেসকী ৱারী শানরকপা মতাংদা মহাক্না চিত্রাগী মরমদা করিগুম্বা খরা নীংশিংলক্লুনা অসুম্না হায়রকই, "য়েংউ, সত্যব্রত, চিত্রাগী মচানূপা অদু মী হাৎলুবগা মরী লৈননা অতোপ্পা মী অহুমগা লোয়নননা নোংমা কোর্টতা পুথোরকই। ঐ পূমওক ঙকখ্রে। ঐদি মাবু অহানবদা মশক খণ্ডদে, কোর্টতা মাগী লৈফমগা মমা-মপাগী মমিংগা হংবদা মানা মাগী লৈফম তাক্লগা মপাদি লৈত্রে, মমাগী মমিং চিত্রা কৌই হায়না খুম্নকপদগী মাবু খণ্ডবনি। মখোয়সি হূরান-চীস্থিগী থবক কয়াদা চেন্নরম্রে। ঐখোয়না ৱাকিং চৎমিন্নবদা ঐনা চুরুটকাসু হেক লৈবা শগোলবন্দগী লম্বীদা লৈবা 'পব্লিক ষ্টোর' হায়বা দুকান অদুদগীসু মখোয় অহুম্না দুকান্দার অদুবু

ফূরগা লূপা লীশীং মঙা লৌই হায়না পুলিসকী ব্রাহংদা মখোয়না জবান পীদুনা হায়দোকচরক্কে হায়না তায়।"

ব্রাফম অদু তাবদা সত্যব্রত নোংমা নোং চুবা নুমিৎ অমদা দুকান অদুদা থোকখিবা থৌদোক অদুমক নীংশিংলক্কে, নুমিৎ অদুদা দুকান অদুদগী লূপা লীশীং মঙা লাকখিবা অদু রোশনগা মাগী মরূপশিংগনি হায়বা অদু মহাক খঙলক্কে। নুমিৎ অদুদা মাগী মনাক্তা লেপ্লা অব্রাংবা পাখংমচা অদু মানা মতমদুদা মশক লাকশিনবা ঙমখিদ্রবসু মহাক্তু অঙাং ওইরিঙৈগী ফীবমদা মহাক্না উখিবা রোশনগী মশক অদুনি হায়বদু মাগী ভাবনা লাকশিনবা ঙম্লক্কে।

সত্যব্রতনা ব্রাখল খল্লগা হায়রকই, "ঐ ভাব তারে, থৌদোক অদুমক নোংমা নুংদাং অমা ঐনা দুকান অদুদা নোং থুপ্লিঙৈদা থোকখিবনি।"

ব্রজমোহন্না মমীৎ লাওথোক্লদুনা সত্যব্রতদা থাজদনা যেংলগা হায়রকই, "অওইব্রা?"

"উম, অওইবমক্নি, দুকান্দার অদু মখোয়না ফূবীরম্বদগী শোক্লুনা মনাতোনগা মচীনবানগদা ঈ তাদুনা লৈরম্বা ফীবম অদু য়েংবদা য়াম্না নুংঙাইতনীংঙাইনি।"

সত্যব্রতনা নুমিৎ অদুদা মানা থেংনখিবা, উখিবা পুন্নমক অদু শাংনা লীরকই।

ব্রজমোহন নুংঙাইতনা লূকথদুনা লৈ, অসিগুম্বা সমাজদা থোকপা ফত্তবা থৌদোক কয়া অসি শেংদোক্নীংবগী ব্রাখল লৈবা, মদুদা মশাগী দায়িত্ব ফাওবা লৈ হায়না খনবা মীশক ওইবনা মহাক মদুগীদমক্তা খনবদা মরনাইগী ওইনা নুংঙাইতে।

"মখোয়শিং অদু হৌজিক জেলদা লৈখ্রব্রা?" সত্যব্রতনা হংলকই।

"উম, লৈখ্রে। কেস লোইরগা শাংখনা অদুম লৈখ্রগদবা জাৎনি। মখোয়বু জামিনদা থাবগী ব্রা লৈতে।"

অদুদগী সত্যব্রত তূমিন্না অমুক লৈখ্রে। মখোয় অনী ব্রারী শাবা ঙহাক লেপখ্রে।

মতম অদুদা ব্রজমোহনগা থংনবা ফমুং অমদা মমিৎ নাম্মা বেঙেজ পুন্দুনা লৈবা নূপীমচা অমগী মপা চহী মীয়ায় চল্লবা নূপা অমা মখূত্তা থাউ অমগা খবর অমগা পায়দুনা চঙলকই। মহাক মকোই তেন্না থাকই, খাদিগী ফূরিৎ অমা লীৎলি, হোসপিটালদা অয়াম্বা মতমদা ধর্মগী লাইরিকুম্বা অমা হেক হেক পাদুনা লৈ। মহাক সমাজগী থবক তৌবা মীওই অমনি।

মহাক্না মাগী খাউ অদু ফমুং ময়াদা থন্নগা ব্রজমোহনদা হায়রকই, "উকিল সাহেবতি হকচাং খরা নুংঙাইবীরব্রা?"

"উম, নুংঙাইজরে।"

"কৈদৌঙে য়ুমদা লেঙবীবা তারে?"

"হয়েং চৎচরগনি।"

ব্রজমোহন্না মঙোন্দা মনাক্তা ফম্নিবা মাগী মরূপ সত্যব্রতবু মশক তাক্লকই। নুপা অদুনা সত্যব্রতদা নোক্লদুনা য়েংলগা মঙক নোম্নকই।

নুপা অদু মচা নাবগী মফমদুদা লৈবদা ব্রজমোহনগা খঙনদুনা করিগুম্বদা হীরম কয়াগী মরমদা মাগা ৱারী-ৱাতাই শাদুনা হেক হেক লৈ। মীশক অদু লাইরিক হৈবা, ধর্মগী সংস্থা অমগসু মরী লৈনবা, মশাগী মত খরদা চেৎনা থাজবা মীনি।

মহাক্না জ্ঞান তানা মচাগী ফমুং মচীদা ফম্নগা ব্রজমোহনগা সত্যব্রতগদা ওনশিন্দুনা ৱারী শাবা হৌরকই। ইন্দুবালাদি মপান্দা মী খরগা ৱারী শাদুনা লৈ।

ব্রজমোহনসি উকিল ওইবদুদা মহাক্না মরু ওইনা মাগা সমাজগী ওইরিবা ফীবম, অফ-ফত্তা, অচুম-অরানগী ৱাফমগী মরমদা মত পীনদুনা ৱারী শাবসি মরক মরক্তা তৌই, করিগুম্বদা মশাগী অকনবা মত কয়া মঙোন্দা হেক হেক পীরকই। ব্রজমোহন্না ঙসি নাবা পুরা ফবগী ফীবম উবা অদুদা মহাক নুংঙাইনা উই। মহাক্না হৌজিক ওইরিবা সমাজগী ফীবমগী মরমদা মত কয়া ফোঙদোরকই। থোইদোক্লসু মানা লাইরিক হৈবা, ব্যবহার তৌবা য়াবা মীশক্নি খনবা ব্রজমোহনগী মরূপ অদুদা মাগী মত কয়াদু তাহন্নীংই।

নুপা অদুনা ৱা ঙহাক ঙাঙলগা তুমিন্না অমুক লৈখ্রে, অদুদগী মানা পুরকপা খবর অদু পাবা হৌরকই; মদুদা লনাইগী ওইবা হীরমদা অমদি লোয়শঙ কয়াদা কোর্টকী কেস কয়া চখনবগী ৱাফম য়াওবা থেংনরকপদগী মহাক্না ব্রজমোহনদা খঙহৌদনা অমুক হায়রকই, "সমাজদা থোক্লিবা থৌদোকশিংগী, অচুম-অরানগী, মীশিংগী মরমদা কোর্টনা অচুম্বা বিচার লোইনা তৌবা ঙম্ব্রা? হৌজিক্কী মতমদদি লনাইগী ৱা ওইরবসু, সরকারগী ওইরবসু, লৈবাক্কী অচৌবা হীরম কয়াগী ওইরবসু কোর্টকী ৱাফম তোয়না পন্নরক্লে, লৈবাক ঙাকপদা কোর্টনা ঙাকপগী ফীবমদা লাক্লে।"

নুপা অদুগী মরৌ লৈবা ৱাহৈ খরদু তাবদা ব্রজমোহন খজিক্তং চীংলেম্না মোমোন নোক্লকই, অদুগা হায়রকই, "কোর্ট হায়বসি অচুম্বা থিনবগী মফমনি, বিচার

অমগীদমক্তা কোর্টতা চত্তনা কদায়দা চৎকনি? মরম অদুননি লৈবাক ঙাকপা মীওইশিংগী ফাওবা কোর্টগী লমজিং মতুং ইন্না থবক তৌবা তারক্লিবা। অচুম্বদি কোর্টনা লেপকদবনি।"

নূপা অদুনা ব্রজমোহনগী ৱা অদু তাবদা মাগী খবর অদু থম্লগা জ্ঞান তানা মদুগী মরমদা ঙাঙননীংবঙুম তৌনা হায়বা হৌরকই, "উম, কোর্টপু অচুম্বা বিচার তৌফমনি হায়না লৌনৈ। মীনা অদুন্না লৌনবদা ঐ করিসু হায়রুদে, অদুবু ঐগীদি মসিদা হায়নীংবা খরা লৈ।"

"করিনো? হায়বীয়ু।"

নূপা অদুনা চনীং তানা স্বর হোন্দোক্লগা মাগী থম্মোয়দা লৈরম্বা ৱা কয়া পন্দনা ঙাঙথবা হৌরকই, "কোর্টনা অচুম্বা থিরবসু মদু ঙমখৈ নাইবা অমনি। মদু মফম মতমগী মখা পোল্লি, শাসনগী চুপ্লী পায়রিবা কাঙবুশিং অদুগী মতুং ইনবনি। আইন হায়বসি মান্নদে, য়েংবীয়ু, জাতি-জাতিগী ওইবা তোঙান তোঙানবা আইনশিং লৈ, লম-লমদুগী মীশিংগী কলচর, লমচৎ, চৎনরোলগী মখা পোন্না শেম্বনি, জাতি অমগী আইন অদু অতোপ্পা জাতি অমদা পুরা পানবা য়াদে। অমুকসু মীখা পোনবা লৈবাক অমদা চৎনরিবা আইন অদু অচুম্বনি করম্না হায়গনি? ভারত্তা বৃটিসশিংনা পাল্লিঙৈদা মখল কয়াগী নমথনবগী আইনশিং চৎনরম্মী, মখোয়গী মায়য়োক্তা হৌবা মীওইশিংবু মখল কয়াগী মরাল পীশিন্দুনা অকনবা দণ্ডি পীরম্মী, মরম চাদনা মীফা-মীপুন তৌরম্মী। নীংতম্বগী ঈহৌবু আইন্না য়াদবা ঈহৌনি হায়না লাউথোকই, কোর্টনা ফাওবা মীগী অধিকার পুন্নমক নমথৈ। অদুদি কোর্টনা মদুদা অচুম্বা তৌরিব্রা? কোর্টকা সরকারগা অমত্তনি। অমুকসু ডিক্টেটরশিংনা পানবা লৈবাকশিংদা চৎনবা মীবু নমথনবগী তমথিবা আইনশিং অদু করম্না অচুম্বনি হায়গনি? গণতন্ত্র চৎপা নীংতম্বা লৈবাক অমদসু অদু মঙায়, মীগী অপাম্বা অনীংবগী মায়য়োক্তা লৈবা আইন কয়া লৈতবা নত্তে। অরানবা আইন কয়াবু পথাপ ওইরগা ওল্লিবা অচুম্বা অদু করম্না অশেংবা অচুম্বনি হায়গনি? অদুনা কোর্টশিংগী বিচার মতৌ, অচুম্বা থিবগী মঙঙদা ঐনা য়ানীংদবা কয়া লৈ। মীওইবা পুন্নমক্তা পানশিনবা য়াবা অমতা ওইবা আইনগী অচুম্বা অদু মখোয়না পীবা ঙমদে।

"করিগুম্বা লৈবাক খরদা অদুক্কী মতিক তমথিবা আইন লৈ মদুদি ময়াই কাবা দ্রগ চাবা, য়োনবা নত্ত্রগা ধর্ম্মবু শীংনদুনা ঙাঙলুবা মীবু হাৎপগী দণ্ডি পী। অসিগুম্বা অসুক তমথিবা আইন অসি ঈশ্বরমক্কা য়াগদ্রা? অরানবা তৌববু ঙাকপিবা,

মীনুংশিগী ৱাফম নত্ত্রগা ফত্তবা লমচৎপু চুমথোক্নবা হোৎনরগা ফরকপগী তাঞ্জা পীদবা তমথিবা মওঙ অসি করন্না অচুম্বনি হায়গনি? জজ হায়বসি অতে কনাসু নত্তে, অদুগুম্না তমথিবা আইনশিংদুবু পথাপ ওইনা শীজিন্নরগা ৱায়েল্লিবা মীশিংনি, মখোয় আইনশিং অদুগী মখা পোল্লি। মখোয়গী ৱা লেপ্পদা মখোয়না মীওইবা পুম্বগী ওইবা আইনবু য়েংদুনা নীংতম্না লেপ্পা ঙমদে। অচুম্বা হায়বা অসি আইন্না ঙাক্তা পুন্দবা পোৎ অমনি। আইন্না য়ৌবা য়ারোইদবা এবস্ট্রেক্ট ওইবা অচুম্বা কয়া লৈ— মখোয় অদুদি স্পিরচুয়েল, মোরেল অমদি অলটিমেট ট্রুথ অদুনি। মখোয়শিং অসিগা মরী লৈনবদা কোর্টনা করিসু তৌবা ঙমদে, অচুম্বা অদু জজ খরদগী থোরকপা য়ারোই, মসি থিবা অসি মখোয়গী ঙমখৈগী ৱাংমদনি। মসিগী থবক্তি অচৌবা দার্শনিকশিং, পুরোহিতশিং নত্ত্রগা মহাত্মাশিংগী থবক্নি। জজসিং অসিদি লৈবাক অমগী আইন্না মখোঙ-মখুৎ পুনশ্ববনি, অদুগা হায়রিবা মীওইশিং অসিদি অদুগুম্না আইন্না পুন্দে, মখোয়না তৌবা বিচার অসি তাইবঙ মীওইবা পুন্নমক্কী ওইবা মওঙদা তৌই, হেন্না ৱাংবা, মতম পুম্বগী ওইবা অচুম্বা অদু থি। অদুনা মীওইবগী সমস্যা খুদিংমক কোর্টনা কোকহনবা ঙম্বা ওইথোক্তে, মদু কোকহনবদা অচৌবা মীওইশিং অসিগী দায়িত্ব চাউনা লৈ।

"মীয়ামগী ওইবা অরুবা সমস্যা অমদা কোর্টনা পীবা ৱাই অমবু মীয়ান্না ইন্দ্রবদি কৈদৌগনি? কনাদা কন্টেমপ্ট ওফ কোর্টকী থবক লৌখৎকনি? মদু ওইথোক্তবা ৱানি। কোর্টকী ৱাইনবু পুন্নমক য়াবা ওইরবদি সিভিল ৱার থোক্লরোই, মীওইবগী সমস্যা খুদিংমক লোইনা ইবায় লায়না সোলভ তৌরগনি। মীয়ামগী অচৌবা ঈহৌ নত্ত্রগা লৈবাক্কী অচৌবা থৌদোক হায়বসি প্রকৃতিগী ওইবা অচৌবা থৌদোক অমগুম্বনি— মরম লৈদুনা ওইজরকপা, অদুগা মদু করিগুম্বা শক্তি অমতনা পাক থিংবসু ঙমদবা। অসুন্না বিচার লোয়শঙনসু ফনা য়ান্না অচুম্বা থিদুনা, মদুগী মরমদা ৱাই পীদুনা থিংনবা হোৎনরবসু মদু থিংবা ওইথোক্তে। ৱামজন্মভূমি-বাবরী মসজিদকী ৱাথোক্তা কোর্টনা করি তৌবা ঙমখিবগে? জজ হায়বসি মীওইবনি, মখোয়গী ঙমখৈ লৈ, মীওইবা অমতনা মপুং ফাবা অচুম্বা অদু খঙবা ওইথোক্তে। ঈশ্বরতনা মীওইবগী মপুং ফাবা বিচারপতিনি।"

নুপা অদুনা কুইনা ঙাঙলম্নগা মতাং অদুৱাইদা মানা হায়নীংলিবা ৱা অদুমক খঙহৌদনা থেংনরবগুম নুংঙাইনা ময়াই কানা উরকই। সত্যব্রতগা ব্রজমোহনগা ৱা মচেৎ অমতা য়াল্লক্তনা মাগী ৱাদুদা পুক্নীং চঙনা তাবা অদু উরগা মহাক পেনবগুম

তৌনা উই। মহাক্না ব্রজমোহনবুসু মশাগী মত খরা পীরক্নবা তাঞ্জা ঙাইবা ওইনা ঙহাক তূমিন্না লৈ।

ব্রজমোহন মোন্দা ঙাথদুনা ফন্নস্বদগী ফীবম চুন্না ফন্নদুনা হায়রকই, "চুম্মী, অদোম্না হায়বীবা, আইন হায়বসি মান্নদে; লম-লমগী তোঙান তোঙানবা আইনশিং লৈ, মখোয়দুগী মতুং ইন্না লম-লমগী মীওই কাঙলুপশিং অদুনা চনীং তানা হিংনবা হোৎনবা তাই, মখোয়দুবু ঙাকপা তাই, অদোম্না হায়বীখিবা খুদুমচন্নবা লৈবাক নত্তুগা ডিক্টেটর অমনা ঙাকপা লৈবাক অদুগী আইন্না তোঙানবা অমনি, মদুদা অচুম্বা লৈতবা, চুম্নগী নমথনবা হোৎনবা অদুনা মপূং ওইবা য়াই। অদুবু গণতন্ত্র চৎপা নীংতম্বা লৈবাক অমদদি কোর্টনা অচুম্বা থিবগী থবক অসি য়াম্না ফজনা তৌই, মীওইবা অমমমগী চপ মান্নবা অধিকারগী মরমদা য়াম্না মরু ওইবা ওইনা লৌই . . .।"

মতাং অসিদা নূপা অদুনা খজিক্তং শূকথদুনা মরক থৎলদুনা হায়রকই, "সংবিধানদা লৈরিবা মীশিংগী চপ মান্নবা অধিকার হায়বসি নিয়মদদা লৈজবনি, অশেংবা ওইনদি কবিসু লৈতে, সমাজদা লৈরিবা মীশিংগী মতিক-ময়াই, মগুণগী মতুং ইন্না অধিকার মান্নবা য়াম্বা অসি কৈদৌঙৈদসু ওইদে। লাইরবা মীগা ইনাকখুনবা মীগা, অঙম্বা মীগা মীচমগা, নূপীগা নূপাগা অওইবা পুন্সীদা কৈদৌঙৈদসু অধিকার মান্নদে, অধিকার মান্নবা হায়বদু পান্দম ওইনা লৈজবতনি। ঐনা সিমসু হায়নীংই ঐখোয়গী লৈবাক্তা ফজবা আইন লৈজরবসু মী অয়াম্বনা আইনদু চত্তে, আইন শেম্বা কাঙবুনসু মদু চত্তে। মরী লৈনবা লোয়শঙনসু আইন খুগায়বা মীশিংদা আইনগী চপ চাবা থবক মতম চুপ্পদা লৌখৎপা ঙমদে।"

ব্রজমোহন্না হংলকই, "অদোম্না পনবিখিবা মীওইবা পুম্নমক্কী ওইবা, মতম পুম্বদা চানদুনা লৈজবা অচুম্বা আইনশিং হায়বদি কবিনো? মখোয় অদু অমুক্তং তাকপিয়ু।"

"লমচৎ অমদি ধর্ম্মগা মরী লৈনবা আইনশিং অদুনি – নীনুংশি অমদি ঙাকপিবদা য়ুম্ফম ওইবা। মীওইবনা পুন্সীদা নুংঙাইনা নীংতম্না হিংবা হায়বা অসি পাম্মী, মালেমদা লৈমিন্নরিবা মীশিংনা অমনা অমগী পুন্সীদা অকায়বা পীনদনা হিংমিন্নবা, অচুম্বা পুরক্নবা হোৎনবদা নমথবা অমদি হিংশা য়াওদবা আইনশিং অদুনি।"

"অদুবু পুন্সীদদি হায়রিবা ফজবা নিয়মশিংদু ঙাক্তা পানশিনবা য়াদে, ধর্ম্মগী

নিয়মগা আইনগী নিয়মগা খেন্নে। ধর্মগী নিয়মদদি ঙাকপিবা হায়বসি লৈবা য়াই, অদুবু আইনগী নিয়মদদি মদু যাদে, মী অমনা অরানবা তৌরবদি মাগী চপচাবা ফংফম থোকপা দণ্ডি অদু ফংগদবনি। নত্তুবদি ফত্তবা তৌবা মীবু য়োকখৎপগী ফীবম অমা লাকই, মহাক্না অরানবা অদু হেন্না হেন্না তৌরক্কনি। মী মরক্তা শাগুস্না কয়ানা মশীং হেন্না লৈ। মখোয়বু করিগুম্বদা অকনবা দণ্ডি পীবা নত্তগা সমাজদগী মাঙহনখিবা ফাওবা দরকার ওই।"

নূপা অদুনা ব্রজমোহনগী ব্লাদু তাবদা মদুদা য়েত্তুনা অকনবা মততি পীরক্কবসু মখোয় অনীগী ব্লাখলদা করিগুম্না খরা ফাওনবা ঙমদনা লৈরে হায়বগী মওঙদা মঙক খজিক্কং হাইরকই।

সত্যব্রতনা ঙসায়মখৈ তুমিন্না তারম্বদগী মশাগী মত অমা পীরদুনা মরক্কুদা হায়রকই, "চুম্মী, সমাজদা ফত্তবা মীওই কয়া লৈ। মীশিং অসিনা লান্না শক্তি পাম্না, মশাগী কান্নবা কাহেন্নো থিবা, অচুম্বা মশক খঙদবা, লমচৎ য়াওদবা পুন্নমক অসিদগী সমাজগী ফত্তবা কয়াশিং অসি থোরক্লিবনি। মখোয়দু লাকশিন্নবা অকনবা আইন লৈফম থোকই। অদুবু ঐনা খনবদা আইনশিং অদু ঙাক্তনসু মীবু ফহনবা নত্তগা চুমথোকপদি ঙম্লোই। মী হায়বসি মশা মথন্তা চুমথোকচগদবনি। মী অমমন্না অফবা, মপুং ফাবা নাগরিক ঙাক্তা ওইরবদি সমাজ অমদা সমস্যা থোক্লোই, অকনবা দণ্ডিগী আইন দরকার লৈররোই। সমাজ অমদা, লৈবাক অমদা নত্তগা পৃথিবী অসিদা অদুগুম্না মী ঙাক্তা লৈরবদি সংসার অসি নুংঙাইবগী মফম ওইগনি।"

ব্রজমোহন কেস কয়া থেংনবদগী মীওইবা কয়াগী তোঙান তোঙানবা মশক কয়া হকথেংননা খঙবা মরম্না মাগী মরূপ সত্যব্রতনা হায়রিবা য়াম্না আদর্শগী ওইবা ব্লা অদুসু সমাজ অমদা কৈদৌঙৈদসু ওইথোকপা য়ারোই হায়না খল্লি। মীওইবদা লৈরিবা শাগী শরূক অসিদি মীওইবনা লৈরিবমখৈ উত্তুনা লৈরগনি, অথোই-অহেনগী চাংগী ব্লানি। মপুং ফাবা মী হায়বা অসিমক কনানো হায়বসি খন্ননীংঙাই ওইবা ব্লাফম অমনি, মশীং থীঙমদ্রবা মীওইবা কয়াগী মনুংদা নত্তগা যুগ কয়াগী মনুংদা মখোয়দু তাঙনা য়াওরকপনি। মখোয়দু ঙাক্তা মতম অমতদা মালেমদা থোরকপা হায়বদু ওইথোক্তে হায়না মহাক্না খল্লি। মহাক্না শম্না হায়রকই, "মীওইবগী মরক্তা ফত্তবনা মশীং হেনবা মরম্না বিচারগী লোয়শঙ লৈতবা য়াদবনি। চুম্মী, কোর্টনা অচুম্বা থিবদা মপুং ফাদবদি য়াই, অদুবু মসিনা হেক য়ারিবমখৈ অচুম্বা থিবগী পান্দম অদু য়ৌনবা চঙশিল্লি . . .।"

নূপা অমদুনা মরক থৎলদুনা হায়রকই, "মোরেল নত্তুগা স্প্রিচুয়েলগী ওইবা অচুম্বা থিবদি কোর্টকী ৱাংমদা তৌগদবনি। অচুম্বা হায়বা কুপথ্রবা পোৎ অসিগী মশক লেপ্পদা জজ অমা-অনীদগী ঙাক্তা তাবা পামদে। ঐনা হায়খিবদুনি মখোয়সু মীনি, মখোয়গী অশোনবা লৈ।"

ব্রজমোহন্না শম্নপ্পা হায়রকই, "অদুবু অমবু ওইরবসু অমবু ওইরবসু জজ লৈত্রবদি থৌদোক ৱাথোক্কী বিচার কনানা তৌগনি? প্রাক্তিকেল ওইবা মীৎয়েং অমদগী য়েংলকপদা কোর্টকী বিচার অসি তৌদবা য়াদবা অমনি।"

"কোর্টকী বিচার অদু পুরা চুমদবা য়াই হায়বসিদনি ঐনা হায়নীংলিবা," নূপা অদুনা মাগী হান্নগী মত অদু হোংবা তৌদনা হায়রকই, "অচুম্বা থিবগী মতাংদা মী অমা নত্তুগা অনীদা অদুক য়াম্না মপুং ফানা থাজবা চুমদে। ঐ লমচৎ য়াওদবা জজ কয়া উখ্রে, নূপী লোনবা, ওক্তবা, মশাগী পীকথ্রবা ইমুংগী সমস্যা ফাওবা কোকহনবা ঙমদবা, অচুম্বা ৱারেপ অমতসু পীবা ঙমদবা। অসিগুম্বা মীনা মী অতৈগী নত্তুগা লৈবাক্কী অচুম্বা ৱারেপ বিচার করম্না তৌবা ঙমগনি, করম্না অচুম্বা মশক খঙগনি? অচুম্বা হায়বসি ময়াম্না লেপকদবনি, মতম্না লেপকদবনি, অসিগুম্বা মীওই অমনা হেক্তা হাথু হাথুনা লেপকদবা নত্তে।"

ব্রজমোহন সমাজসেবক অদুনা ঙসায়দগী ঙাঙলিবা চনৈনবা দার্শনিক ওইবা ৱাহৈশিং অদু তাবদা ঙকখ্রে। কনাগুম্বা মীশক অমতনা ঙসি ফাওবা মঙোন্দা অসিগুম্বা অনৌবা ৱাফম অসি হায়খিবা লৈত্রি।

সত্যব্রতসু নূপা অদুগী মতশিং অদু তাবদা য়াম্না নুংঙাই; মাগী ৱাহৈশিং অদু তারগা অফাওবা অইবা অমনা হায়রম্বা, "Where there is judgment, there is injustice" হায়বা ৱাফম অমা নীংশিংহল্লি।

তাঞ্জা অদুদা ইন্দুবালাসু মপান্দা লৈরুবদগী মপুরোইবগী মনাক্তা চঙলক্লে। নর্শ অমসু মাগা লোয়ননা চঙলক্কুনা কাগী অনাবশিংগী ফীবম অদু য়েংলৈ।

নুমিৎ পূমতা তাখ্রে। সত্যব্রত নূপা অদুনা ঙাঙবা নৌনা থোকপা ৱা কয়া অদুদা মুনবগুম তৌনা লৈরুরে। মহাক মাগী মরূপ্তুগী মনাক্তগী চৎনবা হৌগৎলক্লে। চৎলমদাইদা মহাক্না হায়রকই, "ঐ হয়েং অমুক লাক্লে, য়ুমদা হনবদা চৎমিন্নসি।"

মহাক্না থোরকপদা ব্রজমোহন্না লৈরিবা কা অদুগা থংনবা অহুমশুবা কাদা মহাক্না খঙহৌদনা উরকই ফমুংগী ময়াদা সরবুনা ফি মতেক অঙৌবা অমা ইল্লদুনা

মপুরোইবগী সেবা তৌদুনা লৈবা। সবযুগী অঙৌবা খুদাং, ফজরবা নুখম, চুবা খুদিংমক অদু ঙান্না থাল্লিবা মৈঙাল অদুদা শেংনা উই। মদু উবদা মহাক মমায় লৈথোবকই, অদুগা মাগী চৎকদবা মাঙ্গোলগী লম্বী অদুদা চৎপা হৌরকই।

মহাক্না রাখল অমদা ইতাউ তাউনা থোরকপা অদু ফনা শাংনা চৎলম্রে, হোসপিটালগী গেট রাংমা লাল্লম্রে। লম্বী অমদি দুকানশিংদা থানবা ইলেক্ট্রিক্কী মঙাল, কুংনা চংলিবা গাডীশিং, মীশিংগী অবাঙবা খোঞ্জেল পুন্নমক্তু মঙোন্দা মশুগুন্না থোকই।

অসুন্না মহাক রাখল অমদা অসুম উংদুনা মযুমদা হনখ্রে।

সত্যব্রতনা হোসপিটালদগী হনখিবা ঙহাক লৈবগা সবযুগা ইন্দুবালাগা মপান্দা ঙহাক হকচিক লাংবা ওইনা থেবক্তুনা রাবী শাবকই।

সবযুগী মপুরোইবা জযন্ত মদু কাবগী এক্সিডেন্ট অমদা শোকপদগী হোসপিটালদা লৈরব্নি। মাগী কোক, খবাক, লেংজুম অমদি হকচাংগী মফম অতে খবদা শোকই। সবযু মপুরোইবগী সেবা তৌবম্বদগী মদু ইমুংগী মীশিংনা শিলহৌবগা ঙহাক মপাল থোদকপনি।

ব্রজমোহনগী নুপী ইন্দবালা হায়বা অসি বাঙাঙ নুংশিবী, মগুণ লৈবী ওইবনা সবযু মাগা লোযনবা, বাবী শাবদা য়াম্না নুংঙাই। নৌনা খঙনবকপা ওইববসু মখোয় অনী বুইনা 'তন্নংকপা মকপকুম লোন্দিনৈ্র নুংশিননা রাবী শাই। সবযুনা মপূক্লীংদা ফ ওই ইন্দুবালাগুম্বী নুপী অমতা মাগী মকপশিংগী মবক্তা যাওখিদ্রি। ইন্দবালানসু গল্লি সবযু অসি শক্তম ফজবা অমদি মগুণ লৈবদা অতাঙবা নুপীনি।

মখোয় অনী মপুরোইবশিংগী ওইবিবা ফীবমশিংগী মবমদা বাবী শানবকই।

ইন্দুবালানা হায়বকই, "এখোযদি হযেং চৎপা তাবে।"

মদু ওবদা সবযু খবা নুংঙাইতনা উববই। ইন্দুবালানা চৎখিবা তাববদি মাগী অবা পোথাযম বাবী শাফম কনাসু লৈববোই।

"কবে অদুব কমদৌনি? কোন্নসু মদুম মবক মবক্তা উন্নসিকো," সবযুনা হায়বকই।

মখোম অনী ঙহাব তুমিন্না লৈনরুবগা ইন্দুবালানা হাযরকই, "সবযু, নঙগা অফিসতা থবক তৌমিন্নবম্বা সত্যব্রতদু হৌজিক ঐখোযগী ইনাক্তা লাক্লম্মী, মহাক হনখিবা কুইখিদ্রি।"

মদু তাবদা সরযু শকফম খরা ওন্না লৈখি।

ইন্দুবালানা মঙোন্দা য়েংলদুনা অমুক হায়রকই, "মতম অমদা মহাক্না নহাকপু নুংশিখি, অদুবু নঙোন্দা মহাক্না অদুম ফোঙদোকখিদ্রে। ঐদি পুন্নমক্তু মুন্না খঙই। মতম অদুদা ঐনা নঙবু মশক্তি খঙদ্রবসু মখোয়না নহাক্কী মরমদা তম্বদগী নহাক্কী মরমদা মুন্না খঙখি।"

সরযুদু তৃমিন্না লূকথদুনা লৈ, করিমতা পাউখুম পীরক্তে।

তাঙ্গা অদুদা ইন্দুবালা ময়ুমগী মী লাক্তুনা কৌরকপদগী মপুরোইবগী কাদা চঙখ্রে।

সরযুসু রাখল খন্না খন্না মপুরোইবগী কাদা তপ্পা চঙখ্রে।

মথংগী নুমিত্তা সত্যব্রত হায়নখিবা মতুং ইন্না হোসপিটালদা ব্রজমোহনগী মনাক্তা চৎলে। মহাক্না হোসপিটালগী ভেবেন্দাদা চৎপদা সরযুগা থেংনরুরে। সরযুদু মহৌশাগা মান্নদবা মওঙদা উই, অচম্বা চন্দন মচুগী অরাংবা ফি অমা ইল্লি, মখৃত্তা খাউ অমা য়াল্লি। মহাক সত্যব্রতবু উবদা ইকাইবগুম তৌনা লূকথদুনা মখোয়গী কা অদুদা তৃমিন্না চঙখ্রে।

মখোয় অনী কৌনবা ঙন্নদ্রে। অফিস অমতদা থবক তৌমিন্নরম্বা অদু ঙসিদি মখোয় অনী ওম্বোক্না থাপ্নবগুম তৌখ্রে।

মানা ব্রজমোহনগী কাদা চঙবদা মহাক মফি-মরোল য়োম্রদুনা ময়ুমদা হন্নবা থৌরাঙ তৌবা লোইরম্রে।

সত্যব্রতনা ব্রজমোহনগা থোকমিন্নরকপদা সরযুসু ইন্দুবালাগা রারী শাদুনা খরা থাপ্নপ্না তুংদা থিন্দোরকপা উই।

সত্যব্রত মখোয় অনী তপ্পা চত্তুনা গেট য়ৌরক্কদৌরে। সত্যব্রতনা মরুপ্তুগী ফি-রোল হাপ্পা স্যুটকেস অমা য়াল্লি।

মখোয়না হন্না য়েংবদা ইন্দুবালা মখোয়গী মনাক্তা নক্না লাক্লম্রে। সরযুদি মাগী হান্নগী লেপফম অদুদা লেপ্তুনা ঙহাক য়েংলম্লগা মরু লূক্না তৃমিন্না চঙখ্রে।

# ১৫

রোশন্না জেলদা লৈখ্রবা মতুংদা চিত্রা থরায় নুংঙাইতবদগী লাইমন ওইদুনা তোয়না তোয়না মশা ঙমদবা হৌরক্লে। হৌজিক মহাক পুন্সীগী অৱাবা চৈনা খাঙবদা হকচাংগী ময়েং হেন্না তাখ্রে, শকফম হেন্না শোকখ্রে, মায়থোঙদা চিন্তাগী মমিতা তাদুনা লৈখ্রে। হিংবা হায়বসিমক মঙোন্দা দত্তি মখল অমা ওইরক্লে।

নোংমা চিত্রা রজনীগা থাবল ফবা নুমিদাং অমদা মাঙ্গোন্দা ফমদুনা ৱারী শারকই। রোশন্না জেলদা লৈখ্রবা মতুংদা মাগী নুংঙাইতবা ৱাখলদু কোক্লবা রজনীনা মাগী পুক্নীংদু হেক হেক থেমজিল্লি। নুমিৎ অদু কালেনগী পূর্ণিমা নুমিৎনি, অশেংবা অতিয়াদা থাবলগী মঙালনা য়াম্না লুনা শন্দোকই, লুপা মচু মানবা মঙালদুনা শূমাঙদা হৌবা লৈ-শু, পাম্বীশিংগী মথক্তা য়েদুনা মখোয়বু চামথোকপঙুম তৌনা উহল্লি। অকোয়বদা শাৎপা কবোকলৈ, থাবল্লে, মালিকাগী মনম্না মাঙ্গোন্দা কন্না নম্নকই।

ঙসিদি চিত্রা মপুক্নীংদু ইনৌ নৌথোকই, হৌখ্রবা থৌদোক কয়াবু নীংশিংলুৱগা য়াম্না ৱাবা, লাঙতক্লবা, নীংঙমদবা ৱাখল কয়া থম্মোয়দা ফাওরকপঙুম তৌই। থৌদোক খুদিংমক অদু পুন্সীগী লম্বীদা থাপ্না থনম্রে, নীংশিংবগী কান্নদ্রবা ঙাক্তনি, অদুবু মীওইবগী থম্মোয়বু কনানা ইশানা ওইহন্নীংবা মওঙদা হেক্তা লাকশিন্দুনা থম্ম ঙম্বগে? করম্না মীওইবনা হৌখিবা থৌদোক পুন্নমকপু পুমকাউ কাউথোকপা ঙমগনি?

ৱারী অসুম শারম্বদগী চিত্রানা খঙহৌদনা হায়রকই, "ইনম্মা, ঐসি পাপ তৌরবা মী অমনি। মসিগীদমক ঐ পুন্সী চুপ্পা খন্দুনা লৈরগনি।"

মাগী ৱা অদু তাবদা রজনীনা খরা ঙক্লা হংলকই, "করি পাপ? নঙনা করি তৌখ্রবগে? সংসার অসিদা পাপ তৌদবা মী কনানো?"

চিত্রা মমীত্তা পিগী ঈরা চেন্না ঙহাক তূমিন্না লৈরগা মাঙলোমদা য়েংলদুনা হায়রকই, "চুম্মী, সংসার অসিদা মীনা মখল কয়াগী পাপ তৌরম্বা য়াই, অদুবু মদুগী চাং হায়বা অমদি লৈ। ঈশ্বরনা ঙাকপিবা য়াবা মরাল লৈ, অদুগা মৈ-ঈশিংনা শেংদোক্নুনা কোক্নরোইদবা মরালসু লৈ। অকোনবা মখলগী মরাল অসিনি ঐনা লঙজরুরিবা। কনাগুম্বা মী অমনা নত্তগা ঈশ্বরনা ঙাকপিবগী ৱাখলদি থমখ্রো, ঐ ইশামক্না ইশাবু ঙাকপিবা ঙম্বগী শক্তি অদু কৈদৌঙৈদসু লৈররোই।"

রজনী চিত্রানা হায়রিবা ৱাহৈ অদুগী অর্থ ভাবনা লাম্বা ফংলে। মহাক্না খঙবা অমা লৈ লুখ্রা ওইরবা মতুংদা অমুক ময়ুম পাল্লুবা অসি নুমিৎ চুপ্পা চিত্রাগী ৱাখলদা নুংঙাইতবা চিন্তাগী পোৎলুম অমা ওইদুনা লৈ।

রজনী মাগী ৱাহৈদুদা অকক্লবা ৱা অমা পাক হায়ফম খঙদনা ঙহাক তূমিন্না ৱাখল খন্দুনা লৈ। মহাক চিত্রানা তৌরুরিবা থবক অদু পাপকী থবক নত্তে, মদুদা অকায়বা করিসু লৈতে হায়না হেক হায়বসু ঙমদে; অদুগা চিত্রাগী পুক্নীং হম্বরবা ফীবম অদুদা হেন্না নুংঙাইতনবা মাগী ৱাফম অদুদা য়ানীংবা উৎপসু পামদে। মহাক মশামক চিত্রাগী ফীবম অদুগীদমক ঙহাক চমন্নবা, চিন্তা তৌবা মওঙদা লৈরুরগা হায়রকই, "হৌখিবনা হৌখ্রে, তুংগী পুন্সী অসিদি নুংঙাইনবা করিগুম্বা অপাম্বা অনীংবা লম্বী অমদা চৎপা করি কায়বগে? মদুনা পাপ কোকপা নত্তগা কোক্তবগী ৱা খল্লদুনা কৈদৌগনি?"

"অপাম্বা, অনীংবা . . .?" চিত্রানা খজিক্তং হৈনীংদনা খোঞ্জেল তপ্না হায়রকই, "কদায়, ঐগীদি মদু অমতসু লৈতে, অপাম্বসু লৈতে, অনীংবা আশাসু লৈতে। ঐগী হায়ববু লেমহৌরিবা পুন্সীগী শরূক অসিদা করম্না খজিক্তং ঈংনা লেনবা ফংগদগে হায়বা ৱাখল অসিতনি খল্লিবা।"

অরুবা লনাইগী পুক্নীংগী ফীবমগা মরী লৈনবা ৱাফম অসিগুম্বগী মতাংদা রজনীনা ইরায় লায়না ৱা খরা হেক্তা হায়বা লুনা থোকই, অদুবু মহাক্না অসিতমক হায়রকই, "চিত্রা, ইনম্মগী মততদি ৱাখল তায়োন্নবদগী অরানবা লম্বীদা চৎলুরে নীংলবসু কৈদৌগনি? মদু কাউথোক্নবা হোৎনরগা লেমহৌরিবা পুন্সীগী শরূক্তা অফবা ৱাখল খন্দুনা, অচুম্বা চত্তুনা, ঈশ্বরবু থাজনা লেল্লগা লোইরে, ৱাখল শেংদোক্নুনা লেনবা পুন্সী অদুমক নুংঙাইবা শরূক অমনি। মীওইবনা পোকপদগী শিবা ফাওবগী লম্বীদা অচুম্বা ঙাক্তা তৌবা ঙম্বা কনানো? অরানবা তৌবা মীওই কয়ানি, মশানা ৱাখল খস্তুজদবদগী মশাগী মরালদুগী মরমদা খন্দনা পুক্নীং তাউনা

নুংঙাইথোকপা ঙম্বতনি। নহাক্না নশাগী অরানবা খোঙথাংবু মতম চুপ্পা নীংশিংদুনা লৈবগী ৱাতনি। ফরে, ওইনীংবা অমা ওইরসনু মীওইবনা অফবা ৱাখল খনবা ঙম্বগী অমদি অনুতাপ তৌবগী ৱাখল লাকপা হায়বসিমক পুম্নমগী ওইনীংবা মতম অমদা হেক্তা ওইরবসু—মদু ফরবনি—কনাগুম্বা অরানবা তৌরুরবা মীনা মশানা তৌরুবা থবক অদুগী অনুতাপ ফাওবা তৌবা ঙমদবা লৈ—মদুনি পাপ হায়ববু।"

ঙসিগী রজনীগী ৱাহৈ অসিনা চিত্রাগী পুক্নীংদা খঙহৌদনা ৱাখলগী মঙাল অমা ফাওহল্লকই, মাগী নুংদা লৈরম্বা চমন্নবা অরূম্বা, খোয়শাউনবা ৱাখল খরা খঙহৌদনা মাঙখিবগুম তৌরকই। অঙকপা পুক্নীং শেংদোকপা ৱাখল অমা মাগী থম্মোয়দা ফাওরকই।

রজনীনা চিত্রাগী পুক্নীংগী ফীবমদু য়েংলগা সত্যব্রতগী মরমদা পল্লদুনা অমুক হায়রকই, "ঐ খঙই সত্যব্রতসু নহাক্না তৌরিবা অসিগুম্না অচৌবা মরাল অমা তৌখ্রে হায়না খন্দুনা লৈ। মসি ঐ নোংমা মাগা উন্নদুনা ৱারী শাবদগী খঙবনি।"

নহানমখৈদি চিত্রা সত্যব্রতগী ৱা হেক পল্লকপা অসি হেক হেক শাউই, অদুবু ঙসিদি মহাক মরু লূকথদুনা তৃমিন্না ৱাখল খন্দুনা লৈ। অদুদগী মহাক্না অঙৈংবা খোনফম অমদা হায়রকই, "মহাক্না করি হায়বগে?"

"করিসু হায়বা নত্তে। মহাক্না হায়বা হায়ববু মহাকসু মহাক্না তৌরুরিবা থবক অদুগীদমক নীংঙমদবা পোক্কে অসিনি। হৌজিক্তি মহাক নঙবু শাউবা নুংঙাইতবদু করিসু লৈত্রে, ঐনা নোংমা রোশনগী মরমদা মঙোন্দা ৱারী শারুরে, মদুদা মহাক অৱাবা মতৌ উৎলকই। নহাক্না নচাগীদমক ৱাবা, হোৎনবা অদুমক তৌফম থোকপা অচুম্বা অমনি হায়বগী মত পীরকই। মহাক্না হায় মহাক্না অরেম্বদা নখোয় নমা-নচা অনীগী মরীদা খুৎ থিংজিল্লুরে, কায়ননবা শীল্লুরে, অৱাবা কয়া তাহনখ্রে, মদু মাগী অচৌবা দোষ অমনি।"

মদু তাবদা চিত্রা মায়থোঙ য়াম্না লাংশিনখ্রে, মমীত্তা পিরাং খঙহৌদনা চেল্লকই। থাবলগী মঙাল অদুদা রজনীনা চিত্রাগী মমীত্তা চেল্লিবা পিরাং অদু উবা ঙমদে; অদুবু মাগী খোনফমদা অহোংবা খরা লাকপা অদুদি মহাক খঙই। চিত্রানা মরু অদুম লূকথদুনা ৱাখল খল্লগা হায়রকই, "ইনম্মা, মহাক হৌজিক ফাওবা লুহোংদ্রিবা নত্রা?"

"হোংদ্রি। করিগীনো?"

"মহাক কনাগুম্বী নূপী অমা লুহোংবা চুস্মী। ঐনা করিগুম্বদা মাগী পুন্সীবু মাঙহল্লব্রা হায়না খনবগী নুংঙাইতবা অমা লৈ। মানা লুহোংলবদি ঐগী নুংঙাইতবদু খরদি কোকখিবা য়াই।"

"অদুবু, চিত্রা, মহাক নূপী অমুক থিগদবা মান্দ্রে, য়ুমগী অহল-লমন্না লুহোংনবা শীনবা থৌরাঙ কয়া মানা য়াদ্রে। ঐনা নহানমুক য়ুমদা চৎলুবদা মাগী মতৈমা থেংনদুনা ব্লারী শাবদা মহাক্না তম্লকপনি।"

চিত্রাদু মরু লূকথদুনা অদুম ব্লাখল খন্দুনা লৈ।

রজনী খঙই চিত্রা পুন্সী অসিমগী সত্যব্রতগী মনাক্তা চৎকদবদি লৈত্রে, মাগা লৈমিন্নরুবা অদু পাপ অমনি খন্দুনা মদুদগী কোক্লবা ব্লাখল নুমিৎ চুপ্পা খন্দুনা লৈরিবা মী অমনি, অদুবু মাগী থম্মোয়দা সত্যব্রতবু য়েংথিবা, শাউবা মান্দবা, মাগীদমক্তা নুংঙাইতবা মান্না ঙাঙলকপা অদুদা রজনী য়াম্না ঙক্লা থোকই। মহাক্না উরকই ঙসিদি চিত্রা হৌখিবা থৌদোক অদুগী মরীদা মশাগী দোষপুনা মপুং ওইনা খঞ্জরে, মতম অমদা মানা সত্যব্রতবু দোষ তৌদুনা য়াম্না শাউবদু তোকখিবগুম তৌরে।

মখোয় অনী ঙহাক তূমিন্না লৈনখ্রে।

চিত্রানা মচা কায়নবগী ব্লাবা, চীকপগী নুংঙাইতবা অমসুং মশাগী দোষকীদমক খনবদা নুংঙাইতবগুম উবা অদুদা রজনীনা মাগী ব্লাখলগী ঈথৈ অমতং পীনবা হায়রকই, "ঐখোয় মী খরা লাংবন থাদা বৃন্দাবনদা চৎনবা ঙাঙনরি, নহাকসু য়াওনীংব্রা?"

চিত্রানা ঙহাক খুমদনা লৈরুবগা হায়রকই, "ইনম্মা, লাইফম কয়াদা চত্তুনা ঐগী ইরাল অসিবু কোকপা ঙমখিগদ্রা? ঐ মদু কয়া থাজবা ঙমদে। পূক্নীংগী অমকপা অসি কৈদৌঙেদসু মপূং ফানা কোকখিগদবা মান্দ্রে; লায়য়েংবা ঙমদ্রবা লায়না মখল অমনা অনাবা অমবু শিবা ফাওবা লোয়নবগুম ঐগীসু অসিগুম্বা ব্লাখলগী কোক্তুবা লায়না অসি ঐগা শিবা ফাওবা লোয়নদুনা চৎলগনি।"

রজনী লাইফম কয়াদা চৎলুরবা মী অমনি, অসুন্না চৎপা অসি মাগী য়াম্না পামজবা, হৈনবী অমনি। অসুন্না চৎপগী ঈখৌলাংবা অসি মঙোন্দা মতম চুপ্পদা লৈ, মদুদা মহাক চোকথবা লৈতে।

মহাক্না হায়রকই, "চিত্রা, মীনা লাইফম কয়াদা চৎনরিবা অসি মশা মশাগী পূক্নীং শেংদোক্লবগীদমক্তনি। মদুনা পাপ কোকই নত্ত্রগা কোক্তে হায়বা অদুদি মশা

মশাগী থাজবদা লৈরে। অদুবু ঐনা অসিমদি হায়নীংই মদুদা পূরক্লীং মকালাম্বা, নুংঙাইবা অমদি লৈ। নহাকসু অসুন্না অমুক্তং চৎলবদি নঙগী পুন্সীগী অৱাবা নুংঙাইতবা চৈনা খরদি কোকপা য়াই।"

রজনীগী অকোনবা ৱাহৈ অদুদা চিত্রা ৱাখল খন্থরকই, লাই-তিনগী থাজবগী ৱাফম ঙাক্তা নত্তনা মানা মতম খরদং ওইরবসু পুন্সীগী অৱাবা মৈচাক খরা কাউথোকপা পাম্মী। মহাক্না হায়রকই, "ইনম্মা, অদুদি ঐসু নহাক্না চৎপা অদুদা য়াওনীংই, ঐখোয়গী ইমাদা অমুক্তা খন্নরকখিগে।"

রজনী ইল্লিবা ফিগী মচী অমনা তপ্না তপ্না কাঙ হুম্রদুনা হায়রকই, "ফৈ, নহাক য়াওরবদি ঐসু য়াম্না নুংঙাইগনি। নহাক্না অসুন্না চৎপা অসি ৱোশনগীসু অফবনি। কনানা খঙগনি নহাক্না ঈশ্বরবু নীংজবদগী মহাক তুংদা অফবা মী অমুক ওইরকপসু?"

"ইনম্মা, ঐ মদুদি অমুক থাজবা ঙমদ্রে," চিত্রানা নীংবা কায়না হায়রকই, "ফত্তবা মী অমনা অমুক অফবা মী ওইরক্কনি হায়বসি ঐ কৈদৌঙেদসু থাজদে।" ঙহাক্তং তুমিন্না লৈরুরগা মহাক্না অমুক হায়রকই, "সংসারদা মমানি মচানি হায়বগী অচেৎপা লীপুন অমা পুনবা মাল্লিবসি অরেম্বনি। মমা অমনা মচাবু নুংশিবা, পুন্সী লম্বী অসিদা করিদা শোয়খিগদগে হায়না তুংলোমদগী পান্নদুনা, শেন্নদুনা চৎপা, অদুগা মাঙদা চৎলিবা মচা অদুনদি মশাগী লম্বীতমক উদুনা অমুক তুং হন্না য়েংলমদ্রবা—মসিনি সংসারগী হৌনশা। ঐ অমুক থাজদ্রে হয়েং মানা থোরক্লগসু ঐগী নুংঙাইবা পুন্সী অমা লাকখিগনি হায়বদি।"

রজনী খঙই চিত্রাদু হায়নীংঙাই লৈতনা নুংঙাইতবা পূরক্লীং হন্থবা ফীবম অমদা লৈখ্রে, মঙোন্দা আশা হায়বদু য়াওদ্রে; অদুবু মহাক্না চিত্রাগী পূরক্লীং অদু থেমজিনবা মওঙদা হায়রকই, "চিত্রা, ঐখোয়গী পুন্সীদা থেংনরিবা খুদিংমক ঈশ্বরনা তমখ্রবা ঙাক্তনি। সংসার অসিদা ঐখোয় মীওইবনা করিবু তৌবা ঙম্বগে? হৌজিক্তি ঈশ্বর নীংদুনা তুংগীদমক য়াইফনবা খনবা তাবনি।"

চিত্রাদু তুমিন্না লূকথদুনা লৈ।

ঙহাক্কী মতুংদা রজনী ইমুংগী অঙাং অমনা কৌবা লাক্তুনা ময়ূমদা চৎখ্রে।

চিত্রাদি মাগী ফমফম অদুদা অদুম ফমদুনা ৱাখল খন্দুনা লৈহৌই। থাবল অদু হেন্না মপুং ফানা লংবা হেনগৎলকই। মপান্দু ইচীক চীকই। মহাক্না বৃন্দাবন চৎপা য়াওগে হায়খিবা অদুগী মরমদা খন্থরকই। যূমদগী চখোক্তুনা লাইফমদা কোয়রগা

পুক্লীংগী শান্তি খরদং ফংগদ্রা খন্দুনা মহাক্লা ব্লাফমদু হায়খ্রবসু মদুদা চঙগদবা পৈশাগী মতাংদদি মহাক মুন্না খলহৌদে। মহাক্লা থবক কন্না শূদুনা শেল খরা তুংশিনবগী ব্লাখল খল্লকই, করিগুম্বা শেনফম অদুনা কোন্নরোইদবা মওঙ লৈরগসু মানা শিনরিবা খুদোপ অমা কায়থোক্কে হায়না নীংলে। (খুদোপ অদু মানা লৈশারিঙেদগী শিরকপনি, সত্যব্রতনা থোনবা সনা—লীক-লৈ খুদিংমক্তি মানা মপামদা লাক্লমদাইদা লোইনা লৌথোক্কুনা থনম্লে। অদুগা মাগী অহানবা মপুরোইবা অদুনসু মঙোন্দা সনা অমতা থোনবীরমদে। মহাক্কু লাইরিক হৈরগা শেল থোকখিদবা মীশক অমা ওইরম্মী। ) মহাক্লা মশাগী খুদোপ অদু মতম কুইনা নুংশিনা শিরক্লবসু হৌজিক্তি পুক্লীং শান্তি ফংবনা মদুদগী হেন্না মরু ওই হায়না খন্দুনা মদু কায়থোকপগী ব্লাখল খল্লকপনি।

মহাক ফনা কুইনা থাবলদা তুমিন্না ব্লাখল খন্দুনা ফম্লম্লগা ইমুংদা চঙখ্রে।

# ১৬

লাংবন থা চঙলক্লে। চিত্রাদু বৃন্দাবন্নচিংবা লাইফম কয়াদা রজনীগা লোয়ননা চৎকনি হায়না তৌবস্বদু পৈশা লৈতবগা, মশাদু তোয়না তোয়না নাবগা চৎপা ঙমদবগী ফীবমদা লৈরে। মহাক্না থবক শৃদুনা তৃংশিনগে নীংবা শেল অদুসু তৃংশিনবা ঙমখিদ্রে।

বজনীনা চৎলমদাইদা মঙোন্দা হায়রম্মী, "নহাক চৎপা য়াওবা ঙমদ্রবসু ঐনা নঙগীদমক লাইগী প্রসাদ শোয়দনা পুরক্কনি।"

বজনী চৎখ্রবা মতুংদসু চিত্রা মশা ইঙম ঙমদবদগী অয়াম্বা মতমদা ময়ুমদগী চথোক্তে। মাগী হকচাং অদু যান্না হেন্না শোকচিল্লে। অসুন্না চৎনা চৎনা নাবম্বদগী নোংমদি মহাক ফমুংদা হীপখ্রে।

চিত্রাগী মমাসু মথরায় রারক্লে, মচানুপীগী শকফম শোকপা মতৌ, কুচু তাইবা, মযাঙ কংবা ফীবম অদু উবদা তৃমিন্না অকিবা অমসু পোক্লে। মহাক্না চিত্রাগী অনাবদু ডাক্তবনচিংবা কৌদুনা লায়য়েংনবগীদমক মচানুপা অজিতকা তান্নরে।

মহাক্না নোংমা চিত্রাগী ফমুং ময়াদা ফমদুনা ডাক্তর য়েংবগী রাফম চৌদোবকপদা মচানুপীদুনা মমীত্তা পিবাং চেন্না হায়রকই, "য়েংদ্রবসু য়াই, ইমা, ঐ শোয়দনা অদুম ফবক্কনি।"

মহাক্না শকফম অদ মমাদা হায়রবসু মপুক্নীংদদি অসুন্না খল্লি, "সংসার অসিদা হিংবা পামদ্রবা মীনা লায়যেংবগী করি অর্থ লৈবগে?"

চিত্রাগী মীৎচিদগী পিগী মরীক অমা মাগী খজাইদা চেম্থবকই।

মমানা মাগী সেবা ঙহাক তৌদুনা লৈরম্নগা মনাক্তগী থোকখ্রবা মতুংদা চিত্রা মথক্তা চীক্না হীপ্তুনা লৈহৌই। নারবা মতমদুদা মহাক তৃমিন্না ফমুংদা হীপ্তুনা লৈরগা পুন্সীগী অতৈ মীকুপ্তা খন্দবা রাখল কয়া খল্লকই, পুক্নীং য়াম্না নৌথরকই, লোইবা নাইদনা মমীত্তগী পিরাং শিন্থরকই। অদুগুম্বা মীৎকী পিরাং অদুনা মাগী থম্মোয়দু

ঙহাক্তংগী ওইরবসু চামথোকপগুম, থম্মোয়দা লৈরম্বা ফত্তবা রাখল খুদিংমক পুথথিবগুম তৌরকই। খঙহৌদনা মাগী পুক্নীং অদু ইশেং শেংবগুম নীংলকই, মানা পুন্সীদা অমুক্তা ফংখিদ্রিবা নুংঙাইবা মখল অমা মপুক্নীংদা ফাওবা হৌরকই। অরাবা মীৎকী পিরাং মরক অদুদা লাকপা অদুগুম্বা নুংঙাইবা মখল অদু মঙোন্দদি মীকুপ খরদংগী ওইরবসু স্বর্গ মখল অমনি; অদুগুম্বা পুক্নীংগী ফীবম অদুদা লোইবা নাইদনা কপ্লগা পুন্সী লোমখিগনি হায়বা ফাওবা মহাক অকিবা পোক্লক্তে।

মতম অদুদা মহাক মী খুদিংমকপু নুংশিরকই, কনাগুম্বা মী অমতবু শাউনীংবা পোক্তে। সংসার অমদি মীওইবা পুন্নমক্কী অনৌবা শক্তম অমা মাগী পুক্নীংদা উরকই।

নুমিৎ খরনি হৌখ্রে। চিত্রাদু ফমুংদা য়াতাদুনা অদুম লৈরে। মৌপ্পানুপানা মাবু ডাক্তরনচিংবা কৌদুনা য়েংহল্লে; ডাক্তরনা মাগী অনাবদু থরায় নুংঙাইতবদগী থোকপা থম্মোয়গী লায়নানি হায়না মত পী। মহাক্না মহাক্কী থবাক্তু প্রোক প্রোক চাকই অমদি মকোক ঙাওই হায়না য়াম্না তোয়না হায়। মহাক স্বর হোনবদসু রানা উই।

থা অমরোমগী মতুংদা রজনী বৃন্দাবনদগী থোরক্লে। মহাক্না লাকপদু নুংথিলনি। চিত্রাদু নাদুনা লৈরে তাবদা মহাক্না নুংঙাইতদুনা ময়ুমদা হেক থুংলবগা মাগী মনাক্তা চঙলক্লে।

চিত্রা মাগী ফমুংদা লোংনা হীপ্তুনা লৈরম্বদগী রজনী চঙলকপা উবদা খজিক্তং চেপ্পা য়েংলগা শোম্ভ্রংনবা খোঞ্জেল্লা হায়রকই, "ইনম্মা, চঙলকউ, ফম্মু, হৌজিক্তা থোরক্লিব্রা?"

"উম, ঐ হৌজিক্তা লাকপদা ঙায়রিবনি," রজনীনা ফমুং ময়াদা থাবা মোরা অমদা ফম্লদুনা হায়রকই; অদুগা মহাক্না পায়রকপা চেগী ময়োম অমা পীরদুনা অমুক শমথরকই, "ঐনা নঙগীদমক বৃন্দাবনদগী লাইগী প্রসাদ পুরক্লিবনি, সে লৌশিল্লু।"

চিত্রাগী কংলবা মখুৎ অদুনা রানা তিংথোক্তুনা ময়োম অদু লৌশিন্নবা হোৎনবা উবদা রজনীনা হায়রকই, "সে, সে, মসি নঙগী মোন ময়াদা থম্বীগে।"

ময়োম অদু থম্নবা মতুংদা মহাক্না চিত্রাগী য়াম্না শোন্না ঙমদনা উবা মতৌ অদুদা অমুক হায়রকই, "প্রসাদ অসি খজিক্তং ইল্লকউরা?"

"উম।"

রজনীনা ময়োম অদুদগী লড়ুগুম্বা অথুম্বা প্রসাদ খরা লৌথোক্লুনা চিত্রাগী তাইরবা মচীনবান অদুদা ইন্নকই।

চিত্রাগী খজাইদা মমীত্তগী পিগী ঈরিক অমা-অনী চেম্থরকই।

"করিগী কপ্লিবনো, চিত্রা? লাইগী প্রসাদ অসি চারগা নহাক শোয়দনা নাবা ফরগদবনি," রজনীনা হায়রকই।

চিত্রা করিমতা খুমদনা তুমিন্না লৈ। মতম অয়াম্বদা মঙোন্দা ওৎলিবা মশাগী দোষকী ৱাখল অদুনি ঙসিসু মাগী মমীত্তা পি তাহল্লিবা।

চিত্রাগী মমাসু কা অদুদা চঙলক্লে।

রজনী মাগা ঙহাক ৱারী-ৱাতাই শাদুনা ফম্নম্লগা চৎখ্রে।

নোংঙাল্লগা অয়ুক্তা রজনী বৃন্দাবনদগী থোক্লকপগী মপামদা চৎলি, মপামগী মীশিংনা মঙোন্দা তপ্পদগী মানা বৃন্দাবনদগী লৈরকপা সাল অমদি অতৈ পোৎ-চৈ খরা থিনবা চৎপনি। মহাক্না চিত্রা নাবগী পাউ অসি সত্যব্রতদা খঙহন্নীংলকই। ফরবসু ফত্তবসু চিত্রা সত্যব্রতনা লৌরম্নবী নুপী অমনি, অসুম্না মানা কন্না নাদুনা লৈবা ফীবম অদু মহাক্না য়ামদ্রবদা সত্যব্রতদা অমুক্তং খঙহনবা ফাওবদি চুম্মী হায়না খল্লি।

রজনী সত্যব্রতখোয়গী ময়ুমদা চঙলক্লে।

সত্যব্রত মতম অদুদা মাগী ফমফমকাদা খবর পাদুনা লৈরম্মী। রজনীনা মঙোন্দা চিত্রাগী পাউ অদু তন্নকই।

সত্যব্রত মমাঙদা লৈরম্বা খবর অদু থুপচিল্লদুনা সেন্টর টেবলদা থম্লগা ঙহাক তুমিন্না ৱাখল খন্দুনা লৈ। মাগা কুইনা খাইনদুনা লৈখ্রবী চিত্রাগী পাউ তাবা অদু মঙোন্দা খরা চুশিন্নবা ঙমদবগুম থোকই। চিত্রা নাবগী পাউ অদুনা মাবু নুংঙাইহন্দ্রবসু মহাক মতাং অদুদা করি হায়গদগে, করি তৌগদগে হায়বসি য়াম্না চমম্নে। মহাক্না মায়থোঙ মক্না হায়রকই, "ইচে, পাউ অসি তাবদা য়াম্না নুংঙাইতে, অদুবু মসিদা ঐনা তৌবা য়াবা করিনো? ঐসি মানা শাউদুনা লৈরিবা, হঙ্গোইনা খল্লবা মী অমনি। মানা ঐবু চঙহনগদ্রা? নোংমা মানা চৎখিবা কুইদ্রিঙৈদা ইচেখোয়গী মাঙ্গোলদনি মহাক্না ঐবু থীনা চৈখিবা, মী ওইনা ঙাঙলকখিদবা, ইচেদি মদু খঙলমদবা য়াই; ঐ মদুগীদমক্তা শাউবদি নত্তে, অদুবু ইবানীগী ওইরিবা মরীগী মওঙ অসি খঙহনবা ওইনা নীংশিংজবতনি। ঐনা খনবদা

মানা ঐঙোন্দগী করিসু পাম্নগ্রোই, ঐগী ইশক ফাওবা উনীংলগ্নোই। ইচে, ঐনা চুম্নতা ঈশ্বরদা খুরুমজনীংই, মাগী অনাবদু থুনা ফরকপা ওইসনু, অদুগা হয়েংব্রাই মাগী মচানা জেলদগী থোরক্লবা মতুংদা মখোয়না নুংঙাইবা পুন্সী অমা লেনবা ওইসনু হায়না।"

রজনী খঙই সত্যব্রতগী পুক্নীংদা লৈরিবা চিত্রাবু লৌরুবগী অনুতাপ, মখোয় অনী লৈনবা মরীদা পেনখিদবগী খূদম অমদি মখোয় অনী কৈদৌঙৈদসু নকশিন্নবা য়াররোইদবা মতৌ; অদুবু মহাক্না অমরোমদা মসিমসু খঙই হৌজিক সত্যব্রতদা লৈরিবা পুক্নীংগী ফীবম অসি তশেংনা ফত্তবা, চিত্রাবু লনাই ওইনা শাউবগী ব্রাফমদি নত্তে, চিত্রাবু মানা মাগী নুপী ওইনা লনাইগী ওইনা অমুক নকশিন্নবগী ব্রা খনবা নত্তবসু মাবু মী অমা ওইনা নুংশিবগী ব্রাখলদি লৈ। (মসি মহাক্না সত্যব্রতগা মহৌশা ব্রারী শাবদগী হান্নসু খরমখৈ খঙখ্রবনি।)

রজনী হীরম অসিদা তশেংনা ব্রা ঙাঙফম খঙদে, মাগী ওইবা করিগুম্বা মত অমতা পীরক্তে। মহাক্না সত্যব্রতদা অসিতমক হায়রকই, "খঙদে, ইবুংঙো, মহাকসি মরাইবক থীরবী অমনি, মহাক্কী অরাবসি য়েংবা ঙমদে।"

সত্যব্রত মায়থোঙ মক্না তূমিন্না অদুমক লৈ, চিত্রাগীদমক মহাক অরেপ্পা ব্রাফম অমতা হায়দোকপা ঙমদে।

রজনীনা অমুক হায়রকই, "ইবুংঙো, মুন্না খল্লু। মহাকসি হন্দক্তি কন্না ঙমদ্রবনি, মাগা অমুক্তুং উন্নবদি ফৈ।"

"অদুবু, ইচে, ঐবু মানা চঙহনগদ্রা?" সত্যব্রতনা অমুক্কসু হংলকই।

"করিগী চঙহন্দনি, ঐ মঙোন্দা মদুগী মরমদা অমুক্তুং ব্রারী শাগে।"

রজনীনা সত্যব্রতগী মনাক্তগী হনখ্রগা চিত্রাগী মনাক্তা অমুক চঙলক্লে, অদুগা চিত্রাগী ফমুং মচীদা ফম্নগা ব্রারী শাবা হৌরকই। মহাক্না ঙসি মপামদা চৎপদা সত্যব্রত উন্নদুনা মঙোন্দা মাগী অনাবদুগী মরমদা খঙহল্লম্নে হায়না মহাক্না চিত্রাদা পাউ তম্নকই।

মদু তাবদা চিত্রা খরা ঙক্না শোম্থাংননা হায়রকই, "করিগী হায়রুরিবনো, ইনম্মা? ঐ মদু ওম্থোক্না ইকাইজখ্রে। ঐ মঙোন্দা করিমতা খঙহনবা পামদে। ঐ মাগা পুন্সী অসিগী অমুক নকশিন্নবগী ব্রা লৈতে। মহাক হৌজিক ঐঙোন্দদি মীতোপনি। ঐগী ব্রাখলনা মতম চুপ্পদা মাগী মরী অদু কাউনবা কন্না হোৎনরিবনি।"

"অদুবু, চিত্রা, নহাক্লা ঐঙোন্দা হায়খিবা অমতংদি লৈ – নহাক্লা মাগীদমক্তা নুংঙাইতবা ফাওরকই, নহাক্লা মাবু মাঙহনখ্রবনি হায়না। নহাক্লা মাবু মীতোপনি হায়না মাগীদমক্তা করিমতা খন্দ্রবদি নহাক্লা নশা নথক্তগী ৱাবা নত্তনা নঙনা মাবু মাঙহন্নে হায়বগীদমক্তসু করিগী অনুতাপ তৌরিবনো?"

রজনীগী ৱাহং অদুদা চিত্রা পাউখুম পীফম খঙদ্রে। মশা মথক্তা ফাওবা মুন্না খঙজদবা ৱাফম অসিবু মহাক্লা কনাদা ব্যাখ্যা তৌবা ঙমগনি?

চিত্রাগী মতৌ অদু উবদা রজনী ৱাহং অদু করিগী হংলূরিবনো হায়না মথক্তা মপূক্নীংদা খল্লকই।

ঙহাক্তং কা অদু ইচীক চীকখ্রে।

চিত্রা ৱাহং অদুগী পাউখুম তশেংনা পীরকপা ঙমখিদ্রে, মমায় ঙাঙনা তৃমিন্না অদুম লৈখ্রে।

রজনীনা মাগা সত্যব্রতগা ৱারী শারকপদা সত্যব্রতনা উৎলকপা মতৌ অদুগী মতুং ইন্না চিত্রাগী পূক্নীং খঙগে হায়না নাকোইননা হায়রকই, "করিগুম্বা মানা নহাক্লা নাবা অসিদা হংবা লাক্লবদি কমদৌনি?"

"ইনম্মা, মহাক্লা করিগুম্বা লাক্লবসু ঐ মাবু চঙহনবা পামদে। ঐনা হায়খ্রবদুনি ঐগী পুন্সীদা মাগা অমুক নকশিন্নবগী দরকার ওইদ্রে।"

রজনী খঙলে চিত্রানা করিগুম্বদা সত্যব্রতগীদমক্তা খন্দুনা অনুতাপ তৌবা মওঙদা ঙাঙলবসু মহাক্লা সত্যব্রতবু নৌনা মরী থম্বগী ৱাফম করিমতা মাগী পূক্নীংদা লৈতে।

মহাক্লা চিত্রাদা সত্যব্রতগী মরমদা ৱারী অমুক মখা তানা শারক্লে। মহাক্লা ৱারী অতৈ অতৈ অমুক শারকই – মহাক্লা বৃন্দাবনদা চৎলুবগী, লাইফম অতৈ কোয়রুবগী অসিনচিংবা।

চিত্রা ৱারী অদুনা হেন্না মাগী পূক্নীং নুংঙাইহনবগুম তৌনা হায়রকই, "ইনম্মা, ঐসু নাবা ফরগা মতাং চাবা মতম অমদা ময়াম্না চৎপদা অমুক্তং য়াওখিগে নীংলি, হন্দক চৎহৌদবদু য়াম্না নুংঙাইতে।"

"ফৈ, ঐসু চৎখিগনি," বৃন্দাবন অমসুং অতৈ লাইফম্নচিংবা চৎপগী নেশা চুরবী রজনীনা হরাউ-হরাউ হায়রকই।

তাঞ্জা অদুদা চিত্রাগী মমাসু কাদুদা চঙলক্তুনা মখোয় অনী ওনশিন্নদুনা ৱারী শাখ্রে, বৃন্দাবনগী ৱারীদু মখা অমুক চখ্রে।

রজনী ফনা কুইনা ফম্লগা ময়ুমদা হনখ্রে।

চিত্রাদু ঙহাক্কী মতুংদা উইরুম উইরুম তৌরগা তুমথখ্রে। অহিংদা লাইহৌ তৌদুনা নীংথিনা তুমদবদগী মহাক ঙহাক্তং পোখারসনু খন্দুনা মমানা মাবু হৌদোক্লে।

চিত্রা হেক তুমথরকপগা রজনীগা ব্লারী শাখিবা অদুগা মরী লৈননা মঙ অমা মঙলে। সত্যব্রত অদু অব্লাবা শকফম পুদুনা মাগী কাদা খঙহৌদনা খোঙথাং তপ্লা চঙলক্লে। মাগী কাদা রজনী অমদি ইমুংগী মী অতৈ খরসু লৈ। মখোয়না মাবু কা মচীদা মোরা অমদা ফমহল্লি। সত্যব্রতনা ইমুংগী মীশিংদা নাশোল ওইনা মাগী অনাবগী মরমদা হংই। মহাক মশামক্তি সত্যব্রতবু উবদা চেপ্লা হীপ্লগা মমায়দু অতোপ্লা নাকল অমদা ওস্লোক্লুনা লৈ, মঙোন্দা অমুক্তা ফাওবা য়েংলুদে। সত্যব্রতসু মঙোন্দা ব্লা মচেৎ অমতা ঙাঙলক্তে।

চিত্রা থৌদোক অদু য়াম্লা হৈনদবা, নুংঙাইতবা, মরিং মরাংবা অমগুম তৌই। সত্যব্রতনা মনাক্তা লাক্লিবা অদু মহাক য়াম্লা ঙক্লা থোকই।

মহাক্লা পেন্দবা মওঙদা মচীন্দা করিগুম্বা খরা শোন্দুনা মাবু চঙহল্লিবা অদুগী মরমদা মাগী ইমুংগী মীশিংদা ঙাঙবা হৌরকই।

তাঞ্জা অদুদা মাগী ফমুং ময়াদা মাবু শঙদুনা লৈরিবা মমানা মঙোন্দা হৌদোরকই, "চিত্রা, চিত্রা, করিনো নঙনা মুরুম মুরুম শোল্লিবদু?"

চিত্রা মমীৎ তপ্লা পাঙথোরকই। মহাক্লা ঙহাক তুমিন্না মমীৎ পাঙদুনা মাগী অকোয়বা অদুদা য়েংলকই। কা অদুদা মমা নত্তনা অতৈ কনামতা লৈরমদে, কাদুদা লৈবা উপু, টেবল, ফিয়ানখোক, অলমারী খুদিংমক তুমিন তুমিন্না লেপ্লি।

মতম অদুদতা চিত্রানা মুন্না খঙলকই মহাক্লা সত্যব্রতবু উখিবা অদু মঙদনি, মহাক ব্লাখল চমম্লরুবদু ফরকই। অদুদগী মহাক নাকল অমদা চেপ্লগা তুমিন্না ঙহাক অমুক লৈখ্রে।

"হুমাং শৌব্রা? নশাদু খরা নানথোকপিগে সে," মমানা গমছা অঙৌবা অমা থুগ্লুনা পায়রগা হায়রকই।

চিত্রা নুংশা শাগৎলকপা অদুদা ফি খরা ওমশিন্দুনা তুম্লুবদগী হুমাং শৌবনি, তশেংনা মশাদা লাইহৌ লাকপদি নত্তে। মহাক্লা মমাদা মাগী মথক্তা কুপ্লিবা ফি অমা খরা হাইদোক্লবা হায়রকই। মমানা মানা হায়বা মতুং ইন্না ফি অদু লৌথোক্লগা মমায়দগী হুমাং মরীক অদু নপথোকপিবা হৌরকই। মতম

অদুদা মহাক ৱাখল অমদা উংবগুম তৌনা করিমতা লেঙদে, মমীত্তু তৃমিল্লা ইতু তূথনা পাঙদুনা লৈ।

থৌদোক অদুনা মঙ ওইরমদ্রবদি মহাক্না কৈদৌরমগনি? মঙদা তৌরম্বা অদুগুম্না মহাক্না মমায় লৈথোক্লুনা পেন্দবা উত্তুনা করিগুম্বা খরা শাউনা ঙাঙলমগদ্রা নত্তুগা সত্যব্রতদা করি হায়রমগনি? মদুগী মরমদা মহাক করিমতা খঙবা ঙমদে। মহাক মসিমদি খল্লি থৌদোক অদু মঙ ওইরম্বা য়াম্না ফৈ, নত্তুবদি মহাক য়াম্না অৱাবা ফীবমদা তারমগনি। পুন্সী অসিমগী নকশিন্নবা পামদ্রবা মী অদুনা মাগী মনাক্তা লাকপদু মাগী খ্বাইদগী খাঙঙমদবা, তৌফম খঙদবা, নুংঙাইতবা মীকৃপ ওইরমগনি।

চিত্রাগী মমা অদু মাগী পীজগদবা হীদাক-লাংথক পীজরগা মাগী মনাক্তগী ঙহাক অমুক থোকখ্রে।

চিত্রা মথক্তা ঙায়হৌরবা মতমদা চেপ্পা হীপুনা ৱাখল খল্লগা মমীত্তা পিরাং শিন্থবা হৌরকই। পিগী মরীক খরা মাগী খজাইদগী মোন্দা চেন্থখিদুনা মোন অদু ইচোং চোংলি। হৌখিবা পুন্সীগী থৌদোক কয়া নীংশিংলুরগা মাগী থম্মোয়দা অৱাবা ৱাখলগী ঈথক কয়া নৌহৌনা হৌরকই।

লুখ্রা ওইরবা মতমদা মহাক্না পাখং ওইরিবা সত্যব্রতবু নুংশিবা হৌরকখিবা, মখোয় অনী লৌন-লৈনখিবা, অদুদগী নুংঙাইনদবা পেন্দবা কয়া থোরকখিবা, মতুংদা মখোয় অনীগী য়ুম্বানবগী লম্বী অদু মাঙখিবা, নুংশিরম্বা মীশক অদুবু শাউনীংবা হঙ্গোইবা পোকখিবা, মীতোপ অমগুম খল্লকখিবা – পুন্নমক অদু মহাক্না মথং মথং নীংশিংলকই।

হৌজিক্তি মহাক্না সত্যব্রতগা অমুক নকশিন্নবগী ৱাখল খন্দ্রবসু মাগী ৱাখলদা অচৌবা অহোংবা অমা তশেংনা লাকপা হৌখ্রে। মচাগা মরী লৈননা সত্যব্রতনা মঙোন্দা শাউখিবা অদুগীদমক মানা সত্যব্রতবু নুংঙাইতবা তৌদ্রে, মদুগীদমক মাবু ঙাকপিবা ঙম্রে। মহাক্না সত্যব্রতগা অমুক উন্নবা পামখিদবা অদু মাবু শাউবগী ৱাখলদগী নত্তনা মাগী পুক্নীংদা লৈরিবা অমকপা ৱাখল অদু হেন্না মকহনগদ্রা কিবদগীনি। (মহাক্না হৌজিক মাগী পুক্নীংদু শেংদোক্নবা খনবা ৱাখল অদুনা খ্বাইদগী মরু ওইনা খল্লি।)

# ১৭

নোংমা রজনীনা সত্যব্রতদা চিত্রা নাবগী পাউ তন্নম্বা অদুগী মতুংদা মহাক মদুগী মরমদা নুংঙাইতদুনা য়াম্না খল্লি। অদুবু সত্যব্রত মদুদা মহাক্কী করিসু উপায় লৈতবা, তৌফম খঙদবা মওঙ অমা ওই। অসুক মতম কুইনা মরী তৎনদুনা কায়নখ্রবা চিত্রাগী মনাক্তা হেক্তা চৎপা হায়বসি মহাক য়াম্না হঙ্গোইনা থোকই, মদু তায়োন্নবা, নাতৈ চাদবা অমা ওইগদ্রা হায়না মাগী মপূক্লীংদা ফাওই। অমুকসু চিত্রাগী কন্না নাবগী পাউ অদুনা মাগী পুক্লীংদা পোত্থাফম খঙহন্দবা, লৈফম খঙহন্দবা ৱাখল অমা কন্না পোকহনবা হৌরকই। নুমিৎ খরনিদু মহাক ৱাখলগী পোত্থাফম খঙদনা লেনখ্রে। মহাক খঙহৌদনা হেক হেক অৱাবগী নুংশামপী তোয়না হোনবা হৌরকই। অফিসতসু ময়ুমদসু মহাক্কী পোত্থাফম হায়বদু ঙহাক্তা খঙলক্তবগুম তৌরক্রে। চিত্রাবু লৌখিবা মতমদা খনখিবা অফবা ৱাখল, মাবু মতেং পাংবা, কত্থোকপগী ৱাখল অদুগী অর্থ অদু হৌজিক্তি মশা মথন্তদা য়াম্না তোয়না হংজবা হৌরকই। অসুন্না ৱাখল য়াম্না খল্লুরবা মতুংদা নোংমদি মহাক খঙহৌদনা খল্লকই মহাক চিত্রাগী মনাক্তা অমুক্তংদি চৎলগে।

চিত্রাগী অনাবগী ফীবম অদু ফৎচিল্লক্তদুনা মহাকপু হোসপিটালদা পুখৎখ্রে। মাগী সেবা অয়াম্বা মমানা নত্ত্রগা রজনীনা তৌই।

নোংমা রজনীনা চিত্রাগী মমা লৈত্রিঙৈদা মাগী ফমুং মচীদা ফম্নদুনা হায়রকই, "চিত্রা, ঐ নঙবু সত্যব্রতগা অমুক্তং উন্নহন্নীংই।"

চিত্রানা য়াম্না ঙমদনা মমীত্তু ৱানা পাঙখৎলক্লগা তপ্না হায়রকই, "করিগীনো, ইনম্মা?"

রজনীগী মপূক্লীংদা চিত্রাগী ফীবম ফৎচিল্লক্তবা অদুগী মরমদা খনবা ৱাখল অদুদি ফোঙদোকপা তৌদনা হায়রকই, "করিসু নত্তেদা, নহাক্না অসুন্না ঙমদদুনা

লৈবা অসিদা মাগা অসুম উন্নহন্নীংবগী ৱানি। নোংমা নহাক্কদি মাগা উন্নবা পামদবগী ৱাখল ফোঙদোকখ্রে; অদুবু, চিত্রা, মসিগী মরমদা নহাক অমুক্তংগা মুন্না খন্নহন্নীংই।"

"হুম, ইনম্মা, মদু অরেম্বনি, ঐ মদুগী মরমদা কয়ারক হন্না খনগ্রবনি, ঐ হৌজিকসু মাগা উন্নবা কৈদৌঙেদসু পামদে। ঐগী ৱাখল অসি ৱাইশংবা পাম্মী, ঐনা করিগুম্বা শিখিবা তারবসু ঐগী হৌখিবা পুন্সীদা তৌখিবা পাপকী ৱাখল অদু কাউরগা শিখিবা অসিনি ঐনা নীংজবা।"

রজনীনা তাঞ্জা য়েংদুনা সত্যব্রতবু কৌরগা চিত্রাগা অমুক্তং উন্নহনগে নীংদুনা ৱাফম অদু হায়রকপনি, অদুবু চিত্রাগী পুক্নীংদা করিগুম্বা অহোংবা ফীবম অমতা লৈতবা অদুনা মহাকপু নুংঙাইহন্দ্রে। মহাক্না হায়রকই, "অদুবু, চিত্রা, মহাক ফত্তবা মী অমদি নত্তে, নহাক নাবসিদা মহাক নোংমদি নহাক্কী ননাক্তা লাকপসু য়াই।" (রজনীনা সত্যব্রতগা উন্নদুনা নোংমা ৱারী শাখিবদা মহাক্না চিত্রাগী মনাক্তা লাক্নীংবগী মতৌ উৎলকপা অদুদি মহাক্না চিত্রাদা তমদ্রে। চিত্রাগী পুক্নীং মতা অদুদা মহাক্না মদু মঙোন্দা হায়বা পামদ্রে।)

চিত্রাদু হৌখিবা পুন্সীগী থৌদোক কয়া নীংশিংবগুম খঙহৌদনা থম্মোয় শোক্না কপ্পা হৌরক্লে। মহাক্না খোঞ্জেল নীক্না হায়রকই, "হুম হুম, ইনম্মা, মদু থোক্তনবা শীনবীয়ু, ঐ মদু খাঙবা ঙম্রোই। মহাক ঈশ্বরগুম্না ফবা মীসু ওইসনু, ঐ মাগা উন্নবা কৈদৌঙেদসু পামদে।"

অদুদগী মহাক ঙহাক তৃমিন্না লৈখ্রে। মীকৃপ খরগী মতুংদা মানা মাগী থম্মোয়দা থুপ্পুনা লৈরম্বা মানবা ৱা খরা ফোঙদোক্নীংবা মওঙদা রজনীদা অমুক হায়রকই, "ইনম্মা, ঐনা নঙোন্দা হায়নীংবা অমতং লৈ।"

"করিনো হায়য়ু।"

"মাগা করিগুম্বা মতাং চাবদা উন্নবা থোক্লবদি ৱাফম অসিদদি মঙোন্দা হায়বীয়ু – ঐ হৌজিক্তি কনাবুসু শাউবা নত্তগা দোষ তৌবা লৈতে, হৌখিবা পুন্নমক্তু ঐগী ইরাল ঙাক্তনি হায়না।"

মতম অদুদা চিত্রাগী থম্মোয় অদু অদুক্কী মতিক নৌথরকই, ফোঙদোকফম খঙদবা ৱাখলগী ঈথক কয়ানা মাগী থম্মোয় অদু পানা ঈহৌরকই। মতম অদুদা মঙোন্দা ফাওরকপা ৱাখল অদু সত্যব্রতবু তাথিবসু নত্তে, লনাইগী ওইনা নুংশিবমকসু নত্তে; মীওইবগী মরমদা লুথনা খল্লুরগা মথন্না থম্মোয়দা

ফাওরকপা ৱাখলনি। মীওইবনা পুন্সীদা তৌবা মরালগা, মখোয়না থেংনরিবা অৱা-অনা পুন্নমক অসিগা মরী লৈননা খল্লকপা অঙকপা পুক্নীং নৌথবা ৱাখল মখল অমনি।

"ঐখোয় মীওইবসি উপায় করিস্ লৈতে, নত্ত্রা, ইনম্মা?" মহাক্না রজনীনা হায়খিবা ৱাফম অমা নীংশিংলকপগুম তৌনা শোল্লাংননা হায়রকই, "ঐখোয়না পুন্সীদা করিস্ তৌবা ঙমদে।"

"উম, চিত্রা, পুন্নমকসি ঈশ্বরনা শীনবনি, ঐখোয়দি মানা ঈনশিনবা মতুং ইন্না তৌবতনি।"

"অদুবু, ইনম্মা, ঈশ্বরনা ঐগী পুন্সীদদি নুংঙাইবা শরূক তম্বীরমদ্রে। মহাক্না ঐবু পাপকী লম্বী অমদা ঈনশিনবীরম্রে," অসি হায়রগা চিত্রা নৌনা মমীত্তগী পিরাং শিঙ্গদুনা কপ্পা হৌরকই।

মখোয় অনী ঙহাক অমুক তূমিন্না লৈখ্রে।

চিত্রা জেলদা লৈখ্রবা মচানুপা রোশনবু শোন্দুনা অমুক কপ্পা হৌরকই। ফত্ত্রবা মী হাৎলুরবা মচা অদু মহাক্না নুংশিররোই হায়বা ঙমদে, হৌজিকসু সংসার অসিদা মঙোন্দগী হেন্না লূম্বা কনাসু লৈতে। নারবা মতমদা হৌজিক মাগী মী ইরৈ লৈতবগুম তৌরিবদু মচা অদু লৈরম্নবদি মাগী সেবা ফাওবদি নীংবা থুংনা তৌরম্বা য়াই হায়না মহাক্না খল্লি।

মথংগী নুমিৎকী অয়ুক্তদি চিত্রাগী অনাবা অদু হেন্না ফীবম লুশিল্লক্লে। মহাক মমীৎ ইপাঙ পাঙখিদ্রে, ৱা ঙাঙবদা য়াম্না ৱানা মতৎ মতৎ ঙাঙবা হৌরক্লে।

নুমিৎ য়ুংবা অদুৱাইদদি চিত্রা জ্ঞান তাদনা লৈখ্রে। মহাক স্বর হোনবদু মতৎ মতৎ হোনবা হৌরকই। ডাক্তরশিংনা মাগী অনাবগী লুরক্লবা ফীবম অদু খঙনা থোইদোক্না মীৎয়েং চঙবা হৌরক্লে। জ্ঞানদি তাদনা মঙোন্দগী থোরকপা অৱাবা চৈনা খাঙবগী খোঞ্জেল তারকই, "আ, আহ্!"

অদুগুম্বা খোঞ্জেল অদুনা কা অদু ইনিল নিন্না খোম্লাঙ য়ৈরকই। অতৈ থম্মোয়গী লায়না লৈবা মী অনীখকসু কা অদুদা লৈ। মাগী অৱাবা মৈচাক্কী খোঞ্জেল অদু তাবদা মখোয় কিবগুম তৌনা লেঙদনা লোংনা তূমিন তূমিন্না হীপ্পুনা লৈ। মখোয়গী ইমুংগী মীশিংনা চিত্রাগী অৱাবা মৈচাক খাঙবা মতৌ অদু উহন্নীংদবগুম তৌনা মখোয়না হীপ্পুনা লৈরিবা কাংথোলগী চৈখোক্তা ফি অমমম য়ান্দুনা থম্মী।

চিত্রাগী ইমুংগী মীশিংদু অনাবগী অরুবা ফীবম অদু খঙদুনা মায়থোঙ মক্লা চিন্তা তৌদুনা লৈনখ্রে, রা ইঙাঙ ঙাঙনখিদ্রে, মমাদি মাগী অরাবা মতৌ অদু য়েংবা ঙমদদুনা কপ্পুনা লৈখ্রে।

নুমিত্তুগী নুংথিলদা রজনীনা ময়ুমদগী চিত্রাগী মনাক্তা চৎনবা থৌরাঙ তৌদুনা লৈরিঙৈদা ইথা থাজদনা সত্যব্রতদু মাগী মনাক্তা লাক্রে। মহাক চিত্রাগী অনাবগী মরমদা মঙোন্দা হংবা লাকপনি। চিত্রাদু হোসপিটালদা লৈখ্রে হায়বদু মহাক্না রজনীদগী তারবদা মহাকসু হোসপিটালদা মাগী মনাক্তা চৎনীংবগী রাখল ফোঙদোরক্রে। রজনীনা খঙই জ্ঞান তাদনা লৈগ্রবী চিত্রানা মহাক লাকপা অদু কৈদৌঙৈদসু খঙগদবা মাস্রে। অদুবু সত্যব্রতগী অনীংবা অদু থুংহন্নবগীদমক্তা মহাক মাগা লোয়ননা নুংথিল অথেঙবদা হোসপিটালদা চিত্রাগী মনাক্তা লাকমিন্নরে।

চিত্রাগী মমা অমদি মাগী ইমুংগী মী অতৈগী মমাঙদা মহাক্না সত্যব্রতগা লোয়নদুনা চিত্রানা লৈরিবা কাদা হেক্তা চঙমিন্নবা হায়বা অদু মঙোন্দা হঙ্গোইনা থোকই। মহাক্না চিত্রাগী মমাদা হান্না সত্যব্রতনা মচানূপীগী মনাক্তা লাকপদুগী মরমদা মাগী পূক্নীংগী ওইবা রাফম অমতং খঙবনা চুম্মী হায়না খল্লি।

মহাক্না সত্যব্রতবু মপান্দা থনম্লগা কা মনুংদা মথন্তা হান্না চঙলক্রে।

মতমদুদি চিত্রাদু জ্ঞানদি তাদ্রবসু খরা পোত্থাবগুম তৌনা লেঙদনা তুমিন্না লৈ, রাবগী হাই-হুম্বা অদু তৌখিদ্রে। নর্শ অমনা মাগী ফমুং ময়াদা লেপ্পুনা চেকশিন্না মাগী ফীবম অদু য়েংদুনা লৈ। চিত্রাগী মমাদু মচানূপীগী ফমুং ময়াদা শকফম শোক্না ফমদুনা লৈ।

রজনীনা মঙোন্দা চঙশিন্দুনা সত্যব্রতনা মচানূপী চিত্রাগী মনাক্তা লাকপগী মরমদা তুমিন্না খঙহল্লকই।

চিত্রাগী মমানা রাফম অদু তাবদা খরা ঙকচাননা পেন্দবা মওঙদা মঙোন্দা য়েংলকই, অদুদগী থংনবা মীকুপ্তা মহাক মচা নাবগী রাখলদা অমুক লূপখিদুনা মদুদা পূক্নীং চঙদনা উরকই। মতম অদুদা সত্যব্রতনা মচানূপীগী মনাক্তা লাকপা নত্রগা লাক্তবা হায়বা অদুগী খেন্নবা অর্থ মঙোন্দা করিমতা লৈতে।

"মহাক মপান্দা লৈহৌই, চঙহল্লকউরা, ইন্দোল?" রজনীনা মঙোন্দা খরা লকক তৌনা হংলকই।

চিত্রাগী মমাদু পাক খুম্নক্তে। অদুগুম্বা তাঞ্জা অদুদা মহাক শাউবসু পামদে, অদুগা হয়াউবসু লৈতে। মহাক্না অসিতমক হায়রকই, "ফে, মহাক্না লাক্লবনিনা চঙহন্নক্লবসু য়াই; অদুবু মহাক্না 'সিদা লাকপগী করি অর্থ লৈবগে?"

সত্যব্রতনা মফমদুদা লাকপদা চিত্রাগী মমাগী অকনবা অথিংবা লৈতবগী মওঙ অদু উবদা রজনীনা মপান্দা লেপ্পুনা লৈহৌরিবা সত্যব্রতগী মনাক্তা থোরক্লে, অদুগা মহাক্না মাবু কা মনুংদা চিত্রাগী মনাক্তা চঙলক্লবা হায়রকই।

সত্যব্রতনা রজনীগা লোয়ননা খোঙথাং তপ্না চিত্রানা লৈরিবা কা অদুদা চঙলক্লে।

কাদুদা লৈরিবা চিত্রাগী মমাদি মচাগী অনাবদুগী সেবাদা পুক্নীং চঙদুনা লৈ, মঙোন্দা কৌরক্তে। কাদুদা লৈরম্বা মাগী মমৌনুপীনা সত্যব্রতগী ফম্নবা স্কুল অমা থারকই।

কাদুগী অচীকপা, মদুদা লৈরম্বা (অতৈ অনাবশিংগীসু সেবা তৌরম্বা) মীশিংগী অমকপা মায়থোঙশিং, চিত্রাগী অনাবদুগী অরুবা ফীবম পুম্নমক অদুনা সত্যব্রতগী পুক্নীংবু মফম খঙদনা অৱাবা, লাঙতক্লবা পোকহল্লকই। তাঞ্জা অদুদা মহাক্না করি ৱা ঙাঙগদগে হায়বদু করিমতা খঙদে, করিগুম্বা ৱাহৈ অমতা দরকার ওইদবগুম তৌই।

চিত্রাগী মমাদু মচাগী ফমুং ময়াদা তুমিন্না অমুক ফমদুনা লৈখ্রে, মচাগীদমক ৱাবদা মহাক অতৈ করিমতা পুক্নীং চঙদে। সত্যব্রতনা চঙলকপদা মানা অয়াবা পীরবসু মানা চঙলকপগী মরিং মরাংবা, তায়োন্নবা মানবা মতৌ অদুদা মহাক কয়া হৈনদবগুম তৌনা লৈ। মাগী মতৌ অদুনা উৎলি রজনীনা মাগা ৱারী-ৱাতাই শারিবা অদুনা অদুম য়ারে, মাগীদি সত্যব্রতদা করিসু থোইদোকপা ৱা হায়নীংঙাই লৈতে। মচানুপীগা মতম শাংনা খাইনদুনা হন্না য়েংলদ্রবা মীশক অদুদা মহাক ৱা করিমতা হায়বা পামদে। লাক্লবগী চঙহন্দবা ফজদবা মওঙ অমদা মহাক্না সত্যব্রতবু চঙহনবগী অয়াবা পীবতনি।

সত্যব্রত চিত্রাগী মমাগী মতৌ অদুদগী মাগী পুক্নীংদা লৈরিবা মাবু ৱারৌবগী, নুংঙাইতবগী ৱাখল পুম্নমক্তু শেংনা উই। মহাক ইকাইবনা মায় থম্ফম খঙদে। অদুবু তাঞ্জা অদুদা মাগী নুংদা ফাওবা ৱাখল অমদি অসিনি মহাক ইকাইবদু খাঙগে হায়দুনা লাক্লবনি। মতম অদুদা মাগী পুক্নীং অদু অদুগুম্বা লনাইগী নুংঙাইনদবা ৱাখল অদুগী ৱাংমদা লৈ।

মহাক চিত্রানা ফমুং মথক্তা জ্ঞান তাদনা লৈরিবা ফীবম অদু মীকুপ খরদং মায়খোঙ মক্লা তুমিন্না য়েংলকই। মাগী ময়াঙ কংলবা, কুচু তাইরবা, হান্নগী শকফম পুন্নমক মাঙথ্রবা শক্তম অদু উবদা সত্যব্রত থুক লাউরকই। মতম অমদা চিত্রাগী ফজবা শক্তম, কুচু, হকচাং অমদি ফীবমগী ফজবনা মাবু শুদ্ধংখি, লুখ্রাবীনি, মচা লৈবীনি খঙনা খঙনা মাবু নূপী ওইনা লৌখি, অদুবু মাবু লৌরবা মতুংদদি মাবু মপূক্লীংদা পেল্লক্তদুনা শাউখিবা, চৈখিবা, য়ানীংদবা কয়া উংখিবা পুন্নমক অদুগীদমক ঙসিদি মশাবু মথক্তা নিন্দা তৌরকই। মতম অমদা মাবু শুদ্ধংলম্বা চিত্রাগী ফজবা শক্তম, ফীবম অদুনা অদুগুম্বা ফীবমদা তাদুনা লৈখিবদু উরগা মাগী পূক্লীংদা মহৌশা ফাওরম্বা কল্লকপা, মিহৌবা, নুংঙাইতবগী য়াখল খুদিংমক্তু য়ান্না অর্থ য়াওদবা, অরেম্বা ঙাক্তা ওইনা খল্লকই।

সত্যব্রত মমায় মক্লা ফমদুনা লৈ, য়া মচেৎ অমতা ঙাঙদে। মাগী মমীক্তা পিগী ঈরা চেল্লি; মদু মী অতৈনা উহন্নীংদবগুম মহাক তুমিন্না লুকথদুনা লৈ। থৌদোক অদুদা মহাক হৌজিক ফাওবা করি তৌগদগে নত্রগা করি ঙাঙগদগে হায়বদু করিমতা খঙদে। ইকাইবা অমদি পূক্লীং নুংশিবা য়াখলনা মহাক্কী থম্মোয়দা পীক থন্না লৈ।

মহাক মরক মরক্তা রজনীগা য়া অমা-অনী ঙাঙনরকই, মাগী খোঞ্জেল অদু খরা ফাইনা তায়।

ঙহাক্কী মতুংদা ডাক্তর অহুমখক নর্শ অনীগা লোয়ননা কা অদুদা চঙলক্তুনা চিত্রাগী ফীবম অদু য়েংলরে। মখোয়গী মতুংদা চিত্রাগী মৌপ্বানূপা অজিতসু চঙলকই। মহাক ঙসায়মখৈ ডাক্তরশিংগা মচেগী অনাবদুগী মরমদা য়ারী শারুবনি।

ডাক্তর কাঙবু অদুনা চিত্রাগী ফীবমদু ফনা কুইনা কুপ্না য়েংলগা অজিতকা য়ারী শাদুনা থোকখ্রে। মদুগী মতুংদা সত্যব্রত রজনীদা হায়রম্নগা কা অদুদগী থোরক্লে। চিত্রাগী অনাবগী ফীবম অদুদা পূক্লীং চঙদুনা লৈরিবা মাগী ইমুংগী মীশিং অদুদা মহাক্লা করিমতা হায়রমদ্রে।

ডাক্তরশিং অদুগা য়ারী শাদুনা থোকমিন্নখিবা অজিতনা কা অদুদা অমুক হন্নকপদা সত্যব্রতগা ভেরেন্দাদা থেংনৈ। মহাক্লা সত্যব্রতদা কৌদুনা হায়রকই, "ইবাই, য়ৌবীরগেরা?"

মাগী ব্রাহে অদুনা সত্যব্রতবু পুক্লীং তেকখৎহল্লকই। মানা চিত্রাগী অনাবা হংবা লাক্লগা মাগী ইমুংগী কনাগুম্বা মী অমতগা মাগী মরমদা ব্রারী শাদনা থোরকপগী নুংঙাইতবদু খরা কোকখিবগুম তৌরকই।

অজিতকী মতৌ অদুনা উৎলি মহাক্তি সত্যব্রতগা মচেগা কায়নখিবা অদুদা মচেগী মায়কৈদা ঙাক্তা লেপ্তুনা সত্যব্রতবু থোইনা শাউবা, মলোম থম্বা তৌদে।

সত্যব্রতনা মঙোন্দা চিত্রাগী অনাবা অদুগী মরমদা হংবদা মহাক্কা হায় ডাক্তরশিংনা মচেগী ফীবমসি খরা লুনা হায়। সত্যব্রত মাগা চিত্রাগী অনাবদুগী মরমদা ঙহাক ব্রারী শারগা হোসপিটালদগী থোরক্লে।

লম্বীদা চৎনা চৎনা মহাক মঙগুম্বা থৌদোক অদুগী মরমদা খনবা হৌরকই। মহাক্কা মফম অদুদা চৎলুবগী অর্থ য়াওদবা, তাঞ্জা অদুদা মাগী দরকার লৈতবগুম তৌবা মতৌ অদু মহাক্কা খ্বাইদগী নুংঙাইতবা, ইকাইবা, পুক্লীং নুংশিবা থৌদোক অমনি। চিত্রাগী মমানা মঙোন্দা কৌরক্তনা লৈথোক্তুনা লৈবা, মখোয়গী ইমুংগী নুপী অমনা মাগী ফিদা থারম্নগা তৃমিন্না চঙখিবা, চিত্রাগী জ্ঞান তাদনা শকফম শোক্কা ফমুংদা তাদুনা লৈহৌবা ফীবম, কাদুদা লৈহৌরিবা অতৈ অনাবশিং, হীদাক্কী মনম, মহাক্কা রজনী নত্তনা কনাদসু চৎলগে হায়রমদনা থোরকপা পুম্নমক্তু মহাক চৎনা চৎনা নীংশিংলকই। সন্ধ্যাগী মী কৃংলবা লম্বীদুদা চৎলবসু মহাক মী অতৈ কনামতবু থোইনা উরুবা তৌদে, পুক্লীং হস্থনা ব্রাখল অমদা উংদুনা চৎলি।

মহাক্কা ময়ূম য়ৌবদা নুমিৎ তারে।

নুংদাং অদুদি সত্যব্রত মাগী কাদগী চখোক্তনা মানা চৎলুবা থৌদোক অদুগী মরমদা ব্রাখল থন্দুনা লৈ। মায়পাক্তবা, মাবু তরান্না ওকপিরক্তবা অদুগুম্বা খোঙচৎ অদুদা মহাক ইকাইবা, পুক্লীং নুংশিবা, নুংঙাইতবা পোক্লবসু অমরোমদা অদুম্না চৎলুবা অদুনা করিগুম্বা মওঙ অমদা মাগী পুক্লীংদু শেংবগুম নীংলকই। মহাক ফমুংদা ফম্না ফম্না ব্রাখল থল্লগা মমীত্তা পিগী ঈরা চেল্লকই। মানা পুকচেল চাউনা কখোকপা ব্রাখলদা মাগী নুপী ওইনা লৌখিবী লুখ্রা ওইরবী চিত্রাগীদমক মহাক্কা করি তৌবা ঙমখ্রবগে? মহাক্কা মাগীদমক্তা করিসু তৌবা ঙমখিদে। চিত্রাবু লৌরুরবা মতুংদা মাবু চুম্না মাগী মীৎয়েংগী, ব্রাখলগী নুংঙাইতবা পোকহন্নবা পোৎ অমা ওইনা উবা নত্তনা অতৈ করিসু ওইনা উবা ঙমখিদে, নুমিৎ চুপ্পা চিত্রাসি মাগী পুক্লীং নুংঙাইতনবগী হৌরকফম ওইখি। হৌজিক মাগী ব্রাখল অদু চমম্রদুনা মানা তৌখিবা থবক অদুগী মরমদা অরেপ্পা অমতা খঙবা ঙমদে, অদুবু থৌদোক অদুগী ঙমখে

মহাক চিত্রানা ফমুং মথক্তা জ্ঞান তাদনা লৈরিবা ফীবম অদু মীকুপ খরদং মায়থোঙ মক্না তূমিন্না য়েংলকই। মাগী ময়াঙ কংলবা, কুচু তাইরবা, হূন্নগী শকফম পুন্নমক মাঙখ্রবা শক্তম অদু উবদা সত্যব্রত থুক লাউরকই। মতম অমদা চিত্রাগী ফজবা শক্তম, কুচু, হকচাং অমদি ফীবমগী ফজবনা মাবু শুক্মৎখি, লুখ্রাবীনি, মচা লৈবীনি খঙনা খঙনা মাবু নূপী ওইনা লৌখি, অদুবু মাবু লৌরবা মতুংদদি মাবু মপুক্নীংদা পেল্লকক্তদুনা শাউখিবা, চৈখিবা, য়ানীংদবা কয়া উৎখিবা পুন্নমক অদুগীদমক ঙসিদি মশাবু মথন্তা নিন্দা তৌরকই। মতম অমদা মাবু শুক্মৎলম্বা চিত্রাগী ফজবা শক্তম, ফীবম অদুনা অদুগুম্বা ফীবমদা তাদুনা লৈখিবদু উরগা মাগী পুক্নীংদা মহৌশা ফাওরম্বা কল্লকপা, মিহৌবা, নুংঙাইতবগী ৱাখল খুদিংমক্তু য়াম্না অর্থ য়াওদবা, অরেম্বা ঙাক্তা ওইনা খল্লকই।

সত্যব্রত মমায় মক্না ফমদুনা লৈ, ৱা মচেৎ অমতা ঙাঙদে। মাগী মমীত্তা পিগী ঈরা চেল্লি; মদু মী অতৈনা উহন্নীংদবগুম মহাক তূমিন্না লূকথদুনা লৈ। থৌদোক অদুদা মহাক হৌজিক ফাওবা করি তৌগদগে নত্ত্রগা করি ঙাঙগদগে হায়বদু করিমতা খঙদে। ইকাইবা অমদি পুক্নীং নুংশিবা ৱাখলনা মহাক্কী থম্মোয়দা পীক থন্না লৈ।

মহাক মরক মরক্তা রজনীগা ৱা অমা-অনী ঙাঙনরকই, মাগী খোঞ্জেল অদু খরা ফাইনা তায়।

ঙহাক্কী মতুংদা ডাক্তর অহূমথক নর্শ অনীগা লোয়ননা কা অদুদা চঙলক্লুনা চিত্রাগী ফীবম অদু য়েংলরে। মখোয়গী মতুংদা চিত্রাগী মৌপ্পানুপা অজিতসু চঙলকই। মহাক ঙসায়মখৈ ডাক্তরশিংগা মচেগী অনাবদুগী মরমদা ৱারী শারুবনি।

ডাক্তর কাঙবু অদুনা চিত্রাগী ফীবমদু ফনা কুইনা কুপ্পা য়েংলগা অজিতকা ৱারী শাদুনা থোকখ্রে। মদুগী মতুংদা সত্যব্রত রজনীদা হায়রম্রগা কা অদুদগী থোরক্লে। চিত্রাগী অনাবগী ফীবম অদুদা পুক্নীং চঙদুনা লৈরিবা মাগী ইমুংগী মীশিং অদুদা মহাক্না করিমতা হায়রমদ্রে।

ডাক্তরশিং অদুগা ৱারী শাদুনা থোকমিন্নখিবা অজিতনা কা অদুদা অমুক হন্নকপদা সত্যব্রতগা ভেরেন্দাদা থেংনৈ। মহাক্না সত্যব্রতদা কৌদুনা হায়রকই, "ইবাই, য়ৌবীরগেরা?"

মাগী ৱাহৈ অদুনা সত্যব্রতবু পুক্কীং তেকখৎহল্লকই। মানা চিত্রাগী অনাবা হংবা লাক্লগা মাগী ইমুংগী কনাগুম্বা মী অমতগা মাগী মরমদা ৱারী শাদনা থোরকপগী নুংঙাইতবদু খরা কোকখিবগুম তৌরকই।

অজিতকী মতৌ অদুনা উৎলি মহাক্তি সত্যব্রতগা মচেগা কায়নখিবা অদুদা মচেগী মায়কৈদা ঙাক্তা লেপ্তুনা সত্যব্রতবু থোইনা শাউবা, মলোম থম্বা তৌদে।

সত্যব্রতনা মঙোন্দা চিত্রাগী অনাবা অদুগী মরমদা হংবদা মহাক্লা হায় ডাক্তরশিংনা মচেগী ফীবমসি খরা লুনা হায়। সত্যব্রত মাগা চিত্রাগী অনাবদুগী মরমদা ঙহাক ৱারী শারগা হোসপিটালদগী থোরক্লে।

লম্বীদা চৎনা চৎনা মহাক মঙগুম্বা থৌদোক অদুগী মরমদা খনবা হৌরকই। মহাক্লা মফম অদুদা চৎলুবগী অর্থ য়াওদবা, তাঞ্জা অদুদা মাগী দরকার লৈতবগুম তৌবা মতৌ অদু মহাক্লা খ্বাইদগী নুংঙাইতবা, ইকাইবা, পুক্কীং নুংশিবা থৌদোক অমনি। চিত্রাগী মমানা মঙোন্দা কৌরক্তনা লৈথোক্তুনা লৈবা, মখোয়গী ইমুংগী নুপী অমনা মাগী ফিদা থারম্নগা তুমিন্না চঙখিবা, চিত্রাগী জ্ঞান তাদনা শকফম শোক্লা ফমুংদা তাদুনা লৈহৌবা ফীবম, কাদুদা লৈহৌরিবা অতৈ অনাবশিং, হীদাক্কী মনম, মহাক্লা রজনী নত্তনা কনাদসু চৎলগে হায়রমদনা থোরকপা পুন্নমক্তু মহাক চৎনা চৎনা নীংশিংলকই। সন্ধ্যাগী মী কৃংলবা লম্বীদুদা চৎলবসু মহাক মী অতৈ কনামতবু থোইনা উরুবা তৌদে, পুক্কীং হস্থনা ৱাখল অমদা উংদুনা চৎলি।

মহাক্লা ময়ুম য়ৌবদা নুমিৎ তারে।

নুংদাং অদুদি সত্যব্রত মাগী কাদগী চখোক্তনা মানা চৎলুবা থৌদোক অদুগী মরমদা ৱাখল খন্দুনা লৈ। মায়পাক্তবা, মাবু তরাম্না ওকপিরক্তবা অদুগুম্বা খোঙচৎ অদুদা মহাক ইকাইবা, পুক্কীং নুংশিবা, নুংঙাইতবা পোক্লবসু অমরোমদা অদুম্না চৎলুবা অদুনা করিগুম্বা মওঙ অমদা মাগী পুক্কীংদু শেংবগুম নীংলকই। মহাক ফমুংদা ফম্না ফম্না ৱাখল খল্লগা মমীত্তা পিগী ঈরা চেল্লকই। মানা পুকচেল চাউনা কখোকপা ৱাখলদা মাগী নুপী ওইনা লৌখিবী লুখ্রা ওইরবী চিত্রাগীদমক মহাক্লা করি তৌবা ঙমগ্রবগে? মহাক্লা মাগীদমক্তা করিসু তৌবা ঙমখিদে। চিত্রাবু লৌরুরবা মতুংদা মাবু চুন্না মাগী মীৎয়েংগী, ৱাখলগী নুংঙাইতবা পোকহন্নবা পোৎ অমা ওইনা উবা নত্তনা অতৈ করিসু ওইনা উবা ঙমখিদে, নুমিৎ চুপ্পা চিত্রাসি মাগী পুক্কীং নুংঙাইতনবগী হৌরকফম ওইখি। হৌজিক মাগী ৱাখল অদু চমম্রদুনা মানা তৌখিবা থবক অদুগী মরমদা অরেপ্পা অমতা খঙবা ঙমদে, অদুবু থৌদোক অদুগী ঙমথৈ

লৈতনা ৱাবা, নুংনাংবা অদুদি মঙোন্দা কল্লা ফাওররে। মহাক্না অহানবদা মঙলানগী মতৌগুম্না শাগৎলুবা ফিদমগী ৱাখল অদু পুন্সীগী অওইবগী তমথিরবা চৈথানা মচেৎ মচেৎ তানা থুগায়খ্রে। মদুগা লোয়ননা মাগী পুন্সীগী থাজবা, আশা কয়াসু য়াওখ্রে। অদুবু ঙসিদি অদুগুম্বা লনাইগী ৱাখল অদুগীদমক্তা নত্তে মাগী মমীত্তগী পিগী মরীক খঙহৌদনা তারক্লিবা, মী অমা ওইনা চিত্রাগী পুন্সীগী মরমদা খল্লুবদগীনি।

নুমিৎ অদুগী নুমিদাংদা চিত্রাগী ফীবমদু হেন্না ফৎচিল্লক্লে। ডাক্তরশিংনা আশা লৈত্রে হায়রকপদগী ইমুংগী মীশিংনা মাবু ময়ুমদা পুথখ্রে। নোংঙাল্লমদাইদা মহাক মতম পুম্বগী ওইনা সংসারদগী বিদায় লৌখ্রে। অঙকপদি মহাক্না তাইবঙপাল থাদোক্লমদাইদা ঙহাক জ্ঞান খরা মরক মরক্তা লাকখি, মদুদা মানা মচা রোশনগী মমিংবু লৈয়েং ফাইনা শোম্বাংননা হন্না হন্না শোল্লম্মী।

নুমিৎ খরনিগী মতুংদা হৌনবী মতুং ইন্না মাগী শ্রাদ্ধ কর্মনচিংবা পাঙথোকপা লোইখ্রে। চিত্রাগী মমানা মচানুপী লৈখিদবগী পাউ অদু সত্যব্রতদা খঙহনখিদ্রে। মচানুপীগা কায়নদুনা কৈদৌঙৈদসু অমুক হঞ্জিন্নখিদ্রবা মীশক অদুদা পাউ অদু অমুক খঙহনবগী দরকার ওইদে হায়না মহাক্না লৌই, অদুম্না তৌবদু সত্যব্রতগী মতেং নীবগী মওঙ মানগনি খন্দুনা মহাক্না মদু য়াম্না পামদে।

রজনীসু তুমিন্না লৈরে, চিত্রাগী মমানা সত্যব্রতবু পাউ তাকপা, মখোয়দা চঙহনবা পামদবা অদুনা মরম ওইদুনা হীরম অদুগী মতাংদা মহাক থোইনা ঈচঙ থৌবা ঙমদে। অদুবু নোংমদি মহাক্না মপামদা চৎপদা সত্যব্রতনা অফিস কুম্লকপগা মতা চাদুনা থেংনরুরে। মহাক্না চিত্রা লৈখিদবগী পাউ অদু সত্যব্রতদা তম্লকই।

ৱাফম অদু তাবদা সত্যব্রতগী মায়থোঙ লাংশিনখ্রে। মহাক্না নহানমুক চৎলুবদা চিত্রাগী অনাবগী ফীবম ফত্তনা লৈহৌব্ল মতৌ অদু উবদা মহাক্কী মনাক্তা অমুক্তা চৎনীংখিবনি, অদুবু মহাক চিত্রাগী মমাগী মতৌ অদুদা মহাক্কী মনাক্তা অমুক হন্না চঙবা ঙমখিদ্রে। মহাক্কী থম্মোয়দা চিত্রাগীদমক তুমিন্না নুংঙাইতবা, অৱাবা কয়া পোক্লবসু মহাক্না ঈচঙ থৌনা মাগী মতেং পাংবদি ঙমখিদ্রে। মহাক্না য়াম্না নুংঙাইতবদি চিত্রানা জ্ঞান তারিঙৈদা মাগা ৱারী খজিক্তং শাবা ফাওবা ফংহৌদবা অদুনি। মাগী পুক্নীংগী ওইবা ৱা খরা মঙোন্দা খজিক্তং ওইরবসু শেংদোক্লম্লবদি মাগী নীংঙমদবগী মৈচাক অদু খরমখৈ কোক্লমগদবনি।

সত্যব্রত নুংঙাইতবা ৱাখলনা খুদুমচন্দুনা ৱা ঙাঙফম খঙদনা লেপ্তুনা লৈব্রবদা রজনীনা মঙোন্দা মাগা মরী লৈননা চিত্রানা নোংমা হায়রম্বা ৱাফম অদু তম্লদুনা হায়রকই, "ইবুংঙো, মহাক্না কন্না নারক্লবা মতমদা ঐঙোন্দা হায়রম্বা ৱাফম অমখক লৈ—মহাক্না কনাবুস্ শাউবা নত্ত্রগা দোষ তৌবা লৈতে, হৌখিবা পুন্নমক্তু মাগী মরাল ঙাক্তনি হায়না। ৱাফম অসিবু মহাক্না নঙোন্দা তম্বিয়ু হায়রম্মী।"

(রজনী সত্যব্রতগা মমাঙদা নোংমা উন্নবা অদুদা য়ুমদগী হোসপিটালদা হোবে হোবে চৎপগা মহাক ৱাফমদু নীংশিংখিদে; ঙসিদি চিত্রানা লৈখিদ্রবা মতুং অসিদা মহাক্না হায়রম্বা ৱাশিং অদু খঙহৌদনা নীংশিংলক্তুনা মঙোন্দা তম্বনি।)

রজনীগী ৱাদু তাবদা সত্যব্রত থুক লাউখ্রে, করিগীদমক্তা চিত্রানা ৱাফম অদু হায়রম্রিবনো হায়বদু মহাক ভাব তাবা ঙমদে। মহাক্লসু অদুগুম্বা ৱাফম অমতং চিত্রানা নারিঙৈদা মঙোন্দা ফোঙদোক্তুনা শেংদোক্কে খনখি, অদুবু মানা জ্ঞান তাদনা লৈখিবদগী মহাক্কী অনীংবা অদু মায়পাকপা ঙমখিদ্রে। ৱারী শানবা ফংহৌদ্রবসু মহাক্না চিত্রাগী ওইখিবা পুক্নীংগী ফীবম অদুদি কোন্না ভাবনা লাম্বা ফংবা ঙম্রকপগুম তৌরকই। মতম অদুদা মঙোন্দা লাকপা নুংঙাইতবা ৱাখল অদু করিগুম্বা ৱাহৈ অমতনা থাবা ঙম্ররোই।

রজনীগা কায়নরবা মতুংদা মহাক ৱাখল খন্না খন্না ময়ুমগী লম্বীরোমদা চঙলক্লে।

মতম অদু শরৎ থানি। মালেমগী শক্তমদা ঈং-তপ্পা মতৌ অমা লৈ। অতিয়াগী য়াক্না শংবা শরক খরদা ঙৌরুনবা লৈচিল মফোলশিংনা তোঙান তোঙানবা শকওঙশিংদা তাউদুনা লৈরি। নোংচুপ থংবা অতিয়াগী শরক্তা ফৈনা শাংনা শাংনা নোংজাবীশিং শন্দোক্তুনা লৈরি। মদুগী মরুমদগী তারমদাই নুমিৎকী মশেক্না অতিয়াদা শাংনা শাংনা মঙাল থক্তোরকপা উই। অসিগুম্বা শরৎ থাগী শক্তম অসিনা মাগী পুক্নীংগী অৱাবা য়াম্না হেনগৎহল্লি, মরমদি চিত্রানা মতম অমদা মাগী মনাক্তা লাকখিবা অদু অসিগুম্বা শরৎ থাদনি। অসিগুম্বা মতম অসিমক্তদা মহাক্না অমুক সংসারদগী বিদায় লৌখ্রে। ঋতুগী শক্তম অদুনা মঙোন্দা হায়ফম খঙদ্রবা চৈনা অমা পীরকই। প্রকৃতিগী শক্লোন পুন্নমক মাগী মমীত্তা অৱাবগী শক্লোন ওইনা উরকই।

নুমিৎ অদু ময়ুমদা হল্লক্লগসু মহাক নুংঙাইতবা ৱাখল অমদা লুপ্তুনা লৈ, পুন্সীগী হৌখিবা থৌদোক কয়াবু নৌহৌনা নীংশিংলুরগা অৱাবা ৱাখলগী ঈথক্না মাগী

থম্মোয়দা চাংজৌ পানা ঈহৌরকই। চিত্রাবু মানা নুপী ওইনা লৌরুবা অদুগীদমক মানা মশাবু করিগুম্বা মওঙ অমদা দোষ তৌজবা হৌরকই। সংসারগী মহৌশাগী ওইবা করিগুম্বা অচুম্বা নিয়ম অমা থুগায়রুবগুম, মদুগী চৈথেং ফংবগুম মাগী থম্মোয়দা অকনবা চৈনা অমা ফাওবা হৌরকই।

মহাক্না চিত্রানা মঙোম্দা পাউথাঙ ওইনা হায়রম্বা অরোইবা রাহে অদু অমুক নীংশিংলকই। অল্লাবা মৈশারকুগী মরক্তা মহাক্কী থম্মোয়দা পেনবা অমতংদি চিত্রানা মাগী পুন্সীগী লোইরমদাই মতমদা মাবু মী অমা ওইনা নুংশিবগী ইঙ্গিৎ খজিক্তং উৎলম্বা অদুনি, অদুগা মহাক্কসু চিত্রাগী পুক্নীংদা লৈবা রাখল অদুমক্তা লোয়ননা মাগীদমক্তা মমীত্তুগী পিরাং শিঙ্গুনা মাগী করিগুম্বা হায়ফম খঙদ্রবা লমন অমা শিংবা ঙমখ্রবগুম মপুক্নীংদা ফাওবা অদুনি।

মখোয় অনীগী মরী অদুদা পুন্সীগী অওইবা শক্তম্না য়ৈখায়দুনা শাগৎলম্বা রাখলগী মঙলান কয়াবু মচেৎ তানা কায়হনখ্রবসু মদুদা করিগুম্বা মওঙগী অঙকপা হায়ফম খঙদ্রবা নুংশিবা মখল অমা য়াওরি। মদু মানা চিত্রাবু খঙনবা হৌরকপা মতমদা পোকখিবা নুংশিবা অদুগী লোইনাইদ্রবা মশক্নি। মদুবুদি মহাক্না পুন্সী চুপ্পা কৈদৌঙৈদসু তয়াং তশোইনা লৌবা ঙম্নরোই। নুংশিবা অদুদা য়াওরিবা কল্লবা শক্তি অমদি লীচিং অদু লৌন-লৈনবগা ঙাক্তা মরী লৈনদবা, পুন্সী চুপ্পা মানা মশক মুন্না খঙবা ঙম্নরোইদবা, অদুগা অমুকসু কৈদৌঙৈদসু মদুগী ময়াই অদুদগী নাম্লোকপা ঙম্নরোইদবা পোৎশক অমনি হায়বদু মহাক কোন্নতা মপুক্নীংদা খঙবা ঙম্নকই।






অরাম্বম বীরেন সিংহ ইং ১৯৪৭ তা কাংভবম লৈকাই, ইম্ফালদা পোকই। মহাক্কী *In the Depths of Our Hearts* (1976) কৌবা ইংরাজীদা ইবা রারী মচাঙ্গী লাইরিক অমা কোঙত্রবা মতুংদা মণিপুরীদা *পদ্মিনী* (১৯৮১), *ইমুং অমগী রারী* (১৯৮৪), *অমৃত* (১৯৮৯), *ইখিল* (১৯৯১), *পুন্সীগী মরুদ্যান* (১৯৯২) অসিনচিংবা উপন্যাসশিং কোঙত্রে।

*পুন্সীগী মরুদ্যান* হায়বা উপন্যাস অসিগীদমক ইং ১৯৯৩ গী ওইনা মতোন্দা ভারতকী সাহিত্য একাদেমি এৱার্ড অমসুং মণিপুর ষ্টেট কলা একাদেমি এৱার্ড ফংখি।